# অসি ওইরেকো নুংশিবা

লাইশ্রম্চা তোতো
হাওরং কৈরেল

নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ (নোহাখোল)
য়ুরেম্বম

# নোহাখোলগী ৱারোল

লাইশ্রমচা তোতোনা ইবা 'অসি ওইরেকো নুংশিবা' হায়না মিংথোনবা ৱারী মচাগী লাইরিক অমা নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপনা পুথোরকপা অসি য়াম্না পুক্নিং থৌগৎনিংই । ৱারী মচা হায়বসি হৌজিক্কী মতমদদি য়াম্না মরু ওইবা সাহিত্যগী লৈচল অমা ওইরিবনি । অচৌবা উপন্যাস পানবগী মতম লৈরক্তবা, হিংনবগী লানফমদা লাম্থেংনরিবা মথৌ চিন্নবা অপাবশিংনা মথৌ তৌনা তৌনা পারগা সাহিত্যগী মহাও লৌজনবগী অমত্তা ঙাইরবা লৈচলনি ।

অইবসি মণিপুরগী সাহিত্যদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা মীশক অমনি । শৈরেং কয়াসু ফোঙনবা থৌরাং তৌরিবা অমসুং ৱারেংগী লাইরিক কয়াসু ফোঙখ্রবা অমনি । মহাক্কী কলম মচিন থৌই। ৱাখল মরিক চুম্না ফোঙদোকই । অইবা অসিনা ৱারী মচাগী লাইরিক অসি মণিপুর সাহিত্যদা লৈশাং তমহল্লকপগা লোয়ননা তুংদসু ফজরবা সাহিত্যগী লৈচল কয়া পুথোক্তুনা মীওইবগী সেবা তৌবা তাইবঙ মপূনা পীনবিবা ওইসনু।

কুঞ্জো সিংহ নিংঙোম্বম

তাং২১/৩/২০০৬

প্রসিডেন্ট

নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ, য়ুরেম্বম

# ৱাহৈ খরদং

লাইরিক মচা অসিবু ইজরিবা ইশামক্তি খ্বাইদগী লাইবক থীরবা মীওইশিংগী মরক্তা অমা ওইনা পোক্লম্বনা থাক-ৱাংনা লাইরিক লাইশু তম্বগী খুদোংচাবা ফংজরক্তে। অমরোমদসু ৱাখল লৌশিং য়াম্না লৈবা মী অমসু ওইজরক্তে। অদুম ওইনমক, ইনিঙবগী ৱাখল অমনা চহী নৌরিঙৈদগী হৌনা খর খর খোংচিঞ্জবদি অদুম লেপ্লক্তে।

১৯৭০ ইংগী ময়ায় চল্লকপদা, ঐবু রাম লাল পাল হায় মুলদা তাকপি তম্বীরকখিবা ওজা ইবুংঙো কাংজম পদ্মকুমারনা দি মণিপুর প্রিন্টিং এন্দ পব্লিসিং কোঃওপঃ সোসাইটি লিমিটেংকী প্রেস সেক্সন্দা পুশিনবীখি। তোঙান-তোঙানবা অইবা কয়াগী ৱারেং শৈরেং কয়া প্রুফ ককপা ওইনা পাবা ফংজরকখি। মদুনা মরম ওইদুনা খোংচিন্দুনা থমজখিবা ময়ামদু শেমজিন-শাজিন্দুনা লাইরিক মচা অমা ওস্তেক্লবগী ৱাখল পোকহনখি। মদুগী মহৈ ওইনা ১৯৭৩ ইংদা 'ফোঙদোকপা' মিংথোনবা ৱারী (নোভেল) লাইরিক মচা অমা ওজাগী অচৌবা মতেংনা পুথোকপা ঙমজখি।

১৯৭৩ ইংদগী পুন্সিগী লানফম কয়া মায়োক্লরকপনা খুঙ্গংগী লমদা থেংনরিবা অৱা-অনা অমসুং অৱাৎ-অপা কয়াসি মতৌ করম্না মায়োক্লদুনা মায় পাক্লা লৌউ-শিংউবগী য়াওল অমা পুরক্লুনা শেল-থুমগী ফিভম ফগৎহনবা ঙমগদগে হায়বা ৱাখল্লোল অসিনা চম্না হিংজগে খঞ্জরবা পুন্সিসিদা ইথিন তৎতনা পিদুনা লৈতাহনখিদে। মসিনা লমজিংদুনা খোঙথাং-১, ১৯৯৫, খোঙথাং ২, ১৯৯৭ অমসুং খোঙথাং-৩, ২০০০ ইংদা পুথোকচখি। লোয়নননা অতূম্বা মৈগী চীঙ (শৈরেং) ১৯৯৭ অমসুং য়েনিঙ থাগী চীঙশাং (নোভেল), ২০০০ ইংদা পুথোকচখি।

মতমসিদা, অইবশিংগী পোখোকশিং মতিক ময়ায় ৱাংখৎলকপা অসি খম্থরুরগা ঐনা ইজরিবশিংসি লাইরিক ওস্তোকপদা নিঙহম্নবা পোকপদগী থবকসিদগী পোখাজরগে খঞ্জরুরে। অদুবু নোহাখোলগী মরুওইবা মেম্বরশিং খর থেংনদুনা ৱারী শান্নরুবদগী ৱাখলগী য়েনিঙ হল্লকপগুম তৌরকখি। তৎতনা

লুপ অসিগী লোয়ন-শিল্লোনগী ঈচেলনা ঐগী শিকপ্পবা ব্রাথলগী ঈপাক্ত ঈনোৎ পিরকপদগী হৌরকপা ঈথক্কী ঈশোমদা মতম কুইনা তাবুনুংদা তাদুনা লৈখ্রবা মচু ওক্লবা চেনাশিংদা খোৎচিন-ইশিনখিবা ব্রারেং-শৈরেং তাওথরকখি।

ব্রারেং মচাশিং খর খুনগৎচরগা মতমগী লোয়ন-শিল্লোনগী ঈচেলদা কাবক-শাবক লুপথোকচরুগা 'অসি ওইরেকো নুংশিবা' মিংথোঞ্জদুনা খুদোলজবনি। মসিমক্তি, পুন্সিসিদা নোহাখোলগী শিংবা ঙম্ররোইদবা লমন অমা তোন্দুনা অদুম্মক লৈহৌরগনি।

অমনা, লাইরিক মচাসিগী অফোঙবা অমা ওইনা লাইরিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিরকখিবা এনঃ বিরেন, ইনাওসিগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

ইরৈচা, অখঙ-অহৈশিংনা নৈনবীরগা অশোয়-অঙাম খিবিক তাকপিরকপা হরাওনা লৌজবগা লোয়ননা হোৎনজমন ফংলে খম্না নুংঙাইজগনি।

লৈপাক ব্রায়েল থৌদাফম
হে কংলা!
কংলানা লৈপাক ব্রায়েল্লিবা লম
কংলাগী লৈপাক
কংলা-ই-লৈপাক-কংলৈপাক!
ইমা নঙগী লোয়ন-শিল্লোন
ফম্বাক থক
খুদোল তমজরি নচাগী লাইরিক
'অসি ওইরেকো নুংশিবা'
লৌশিনবীয়ু লৎনদ।

লাইশ্রমচা তোতো
হাওরং কৈরেল, ইম্ফাল ব্রেষ্ট

# য়াওফম

# লুপা অমা মখায়

- কৈদৌরজাৎনো, ঙসিসিবু দাক্তরসি থেঙঙিদা ! করি খুদোংচাদবা য়াওরজাৎনো ?

মুরুম মুরুম শোন্নে, কস্ত্রেক্তরদুগী য়ূমগী কাজাওদুদা থারিবা সোফাশিংদা ফন্নিবা অঙাং ওইরিঙেদগী হৌমিন্নরকপা মরুপশিংদু । ময়ায়দা, তেবল মথক্তা লৈরিবা শত্রং বোর্দতা মীৎয়েং থম্ন পুক্লিঙ থিংজিন্নরি । তোঙান তোঙানবা শিনফমদা হিংনবগী লাম্বেংনরিবা, নুমিদাং খুদিং ঙাইহাক পুন্দুনা অন্না পোথানরিবা কাঙবুনি ।

- শগোলদু শামুদুগা শিন্নথোক্লি ।

- হুম ! ঙাইথো খোঙমী অমা ওইজখি।

- হেরা ! করি পোরোম্নোনে অদুবো ? খোঙমীসি হেক চাবগা মাই শামুসি লেম্না শিন্রা ?

- চুম্মিনহে ।

নোংমগী ফন্নু ফন্নুবা মায়কৈ মায়কৈ মীচঙনি । পূন্নিবশিংদু অমা হেক ঋাংপদা ইনুং নুংঙাইনদে ।

- অচঙবা মীগী য়া ঙাঙনরুনু ।

লেকচররদুনা শত্রং পোদু থাংনা থাংনা হায়রকই । মখাসু তারকই,

- হৌজিক্ত শোন্নবদু য়ৌশিল্লকপনা হাল্লেদনা ।

দাক্তরনা চঙলকপদু উবদা ইঞ্জিনিয়ারদুনা নোকুনা হায়রকই,

- লেঙশিম্বীরকউ দাক্তর ! ফম্ফমসি হাঙদুনা সুম লৈবসি নুংঙাইনদদুনা কদায়দা থিরুসিগে শোন্নরম্মিবনি । নহাল লায়েংবা লাক্লম্বীদু লায়েংম্বা লাকপা নত্তে, দাক্তরবু য়েংশিন্বা লাকঅম্বনি হায়নৈ । মতমসি য়াম্না ফৎত্রে । চক্ষু তুমিন লৈবনা হৌদোং উপ্পরে ঙাঙনৈ। চুম্বা লাম্বেদি খঙদেকো ।

ময়ামদু য়্রা হেক নোকই ।

তঙাং তঙাংবা মায়থোংদু অঙৌবা রুমালনা তৈথোক তৈথোক্লা সোফাদা ফমথে দাক্তর । য়্রা-লান অমত্তা ঙাঙদে । ফাগী ফরাংদা তৌদুনা ময়ামদুবু নোকহন্বনা মাগী নুংঙাইজবোইনা তৌবনি । অদুবু করিগুম্বা অমত্তদা পুক্লিঙ চঙদবা মতৌদুদা লেকচররদুনা তপ্না হায়রকই,

- ফাগীদি ফাগীনি হায়বু, ঙসিসি দাক্তরগী মায়থোংসি য়াম্না নুংঙাইতবে মমি অমদি তারে। ঐখোয় ময়ামসি ঙসি ঙরাংদা লোয়নরকপা নত্তে । কনাগুম্বনা উশিং থওইদবা উৎলকপা য়াওরবদি ঐখোয়সু ইশাগী ঈকাই খুম্নবদি ঙাকপা মথৌ তাই ।

- অদুই য়্রা নত্তেদা ।

দাক্তরনা খুম্নকই,

- শাংলবা মতমসি ঐনা অনাবা কয়াগী সেবা ভোজরকপসিদা মশিঙ খঙদনা অনৌবা পুন্সি অমা ফংলে খম্না হরাওনখিবা য়াওগ্রে । অশিববু দাক্তরনা খুদুম্মক চন্না ঙমদবনিনা পুন্সি লোমখিবসু কয়ানি । অদুক হকচিন্না নুংঙাইতবা ফাওবদি ইয়াও য়াওখিদ্রি । অদুবু ঙসিসি নুপী অহল অমা লৈখিদবসি ঐগী থম্মোয়দা নুংঙাইতবা ফাওবদা নত্তনা পুন্সিসিদা কাউঙন্নরোইদবা থৌদোক অমা ওইহৌরনি।

য়ুম্বুদুনা য়াম্না ঙাইঙম শিঙমদনা হায়রকই,

- অদুই য়্রারীদুনি ঐখোয়না তানিঙইসি । শত্রংসি ঙাইহাক লেপখিসি।

নহা অমদা ওনশিন্দুনা মখা তারকই,

- হৈ অরুন ! করি করিনো য়্রারী নুংঙাইনবা শিন্নাঙঙুনে। খর মীৎশিং নাশিংঙুনে ঐখোয়গী ইরন্থিদা তিনগে হায়রদি ।

অঙৌবা রুমান্দু থুপচিন থুপচিন্না দাক্তরনা য়্রারী হীরকই,

- থা অমরোমগী মমাঙ, নোংমা ঐখোয়না অয়ুক্কী ভিজিৎ রাউন্দ চৎপদুদা নুমিৎ কয়ানি হাঙদুনা লৈরকপা ফমুঙ অমদা অহল ওইরক্লবী নুপী অমা য়াতাদুনা লৈবা উই । মাগী মপাদু হেক য়ৌরকপদা কংলবা অমদি চেংলবা মখূৎ অনীদু য়াম্না য়ানা থক থক নীক্লা লোয়্নদুনা থাঙৎ, তরু তরুবা মমীৎ অনীনা শংত্রিক ঐঙোন্দা য়েং, নমত্তে তৌই । শিগী ঈরানা মমীৎ থুন্নকই তনিক তনিক্লা করিনো খর হায়রি । ঐনা নিঙলিবদুমক ওইরম্রে । মহাক বেঙ্গোলীনি। ঐগী ওইথংবা নাকন্দা লেপ্লিবী নর্সতু গুয়াহাতিদগনি । মানা হায়,

- দাক্তর ! মহাক্কি য়াম্না য়ারে । চাদ থক্তবসু কুইরে । মচানুপাদুগা অমুক্তং উনম্রিবা ফাওবদংদি শিনিগুম্রি । অমুক্ত নুংশিবীরু হায়জরি ।

ঐনা খণ্ডজবমখে কুপ্না য়েংলে । করিগুম্বা নুংঙাইতবা য়াখল অমদগী চাদ থক্তদুনা অসুম শোন্থরকপা মাম্নি । মশাদা থোইদোকপা শাথীবা লায়নাগী লাইওংদি ফংদে । মশাদু খর কনথংনবা হিদাক লাংথক খর কাপ্পবা নর্স অদুনা শিম্নরে ।

একাউন্ট ওফিসারনি শক্তাকপা, নুপীদুগা লৈমিন্নবা নুপা অমদগী খঙলে; নুপীদু অমত্ত ঙাইজবা মচানুপা অমসুং মমৌনা হন্দোকপিরম্বদগী ওফিসার অদুগী ইমুঙ মনুঙগী থবক ইনথাং নোমদুনা লৈরকপনি । মখোয় পূন্না চহী খরগী মমাঙদা ইম্ফালদা লাকখিবনি । অহল ওইশিন্নকপদুদা মচা মমৌগা লৈমিন্নবনা ফরনি হায়না ওফিসারদুগী নুপীনা তৎতনা হায়রুবদগী মফম খণ্ডখিম্রবা মচা মমৌগী থন্নুবদা নুংঙাইতবগুম তৌখিদুনা চাদ থক্তবদগী মশা শোক্রকখিবনি । মাগীনি হায়বা কনামত মফমসিদা লৈতে । অহলদুগী ওইরিবা ফিবম, অমরোমদা মফম-মরাং খণ্ডখিম্রবা মচা মমৌগী থন্নুবদা নুংঙাইতবা ফাওরকই।

ওফিসারদুগী ইমুঙগী মীসু অমুক অনীরক লাক্রম্বদগী লাকখিম্রে । নুংঙাইতদুনা ঐনা লনাই ওইনা হিদাক-লাংথক লৈদুনা পীজ পীথক্রে । অনাবশিং য়েংশিন্না চৎপা খুদিং, ঙাইহাক্তং ওইরবসু পন্দুনা সেবা তৌবী । ঐনা খল্লিবসি মাগী কংলবা চীন্নান্দুদা অমুক্তং মোমোন নোকহন্না শুন্নবদি ...।

মরক থৎনা য়ুম্নু, কম্প্রেক্তরদুনা হংলকই,

- করিগীনো দাক্তরনা অদোমগী জাতিসু নত্তবা নুপী অহলদুবু অদুক নুংশিনা তৌবীরুরিদুবো ?

- দাক্তর অমা ওইনা ঐনা সেবা তৌজরিবসি অনাবদুনি, জাতিদু নৎতে । অদুগা ঐগী থম্মোয়দা ফাওরিবা মীনুংশি অসিনা মীওইবা মশেলগী মরী-মতাদুনি । অদুম ওইনমক, ঐনা থারিবা হিদাক অমত্তনা মাবু কনথংহন্না য়ারে । ইমাগুম্বীনিকো খন্নুরগা পুক্নিঙসি নিঙহন্নবদি লৈত্রি । অমরোমদসু মচানুপাদুগা উনহন্নিঙবনা পুক্নিঙসি লৈতাদে । ঐনা খঙনিঙবনা লাংতক্নরিবা অমনা মানা য়াম্না লুনা চেকশিন্না শেন্নদুনা থমজরিবা পোৎয়োম মচাদুনি ।

অয়ুক্তুদা, ভিজিৎ রাউন্দ চৎননবা শেম শারিঙে, য়াম্না তোয়না পুক্নিঙ চঙনা য়েংশিন্নীরিবা নর্স অদুনা হায়,

- দাক্তর ! নুপী অহলদু চোইরোন-পারোন ওইনা মচানুপাদু লাক্নিবরা

তৎতনা হংই। অদুগা মাগী পোৎয়োম মচাদু শিৎ শিৎ নান্দুনা মুম্না য়েংলগা মোন ময়াদা কোন্দুনা থম্মি।

- সিস্তর ! ঐসু নুংঙাইতদুনা মওল মওল খল্লিবনি ইংলিস পেশর অমদা হাপ্তোকখিসিরা হায়না। নত্তনদি লৈফমসু খঙদবা মচা মমৌদুদা কমদৌনা পাউ পীরুনি ? ঐঙোন্দা য়াম্না পেন্দবা অমা পোক্লিবসিনা, শাগোম্নদুনা লৈমিন্নরিবা ওফিসারনি হায়বদুনা করিমত থৌশা-ব্রাশাবীদবগুম তৌরিসি করিগীনো ?

- দাক্তর ! কৈদৌরগা খিত্তংদা ওইরসু কনথৎহন্বা ঙমখিগদগে ? থারিবা হিদাকশিংসিনা কান্নবা ইপী পীদবগুম তৌই।

- হিদাক্কী মহৎতা ঐসে মচাদুগুম মমাঙদা লেপ্তুনা মোমোন্দং নোকহন্বা ঙন্নবদি মা শোয়দনা ফগৎলকপা য়াই। অদুবু লোন ফাওনদবনিনা ঐগী অনিঙবসি মপুঙ ফাহনবা ঙমদ্রে।

- মহাক কুইনা হিংখিনি থাজদ্রে। শোর হোম্বদা য়াম্না ব্রাশিন্নক্রে। মরক মরক্ত ব্রাখলসু মাঙবগুম তৌরে।

- ওইনিঙবা ওইজসনু। অশিববু ঐখোয়না মায়থীবা পীবা ঙমদ্রি হায়দুনসু তৌফম থোকপা ইথৌদি মীরায়বা য়াদে। হিংবা অমসুং শিবা হায়বসিদি থব্রায় পান্নশিংদা পীবীরকপা মহৌশাগী খুদোলনি। অমা নৎত্রগা অমদি ঐখোয় ঙাইবা তাই। ব্রারবসু ব্রানা সিস্তরশিং ঐগী অনিঙবসিদা তেংবাংবীদবা য়াদ্রে।

মচানুপাদুদা পাউ ফংহন্নবা হোৎনবা খুদিং অরেম্বা তারে। ফংদবনরা নৎত্রগা মমাবু মীরায়বনরা খঙবা ঙমদ্রে। অনাবগী ফিবমদি ফগৎলকপা লৈদ্রে। মাগী ফিবম অদুক ফগৎত্রবসু পোৎয়োম মচাদুবুদি খক মীরায়জদে। অরোইবা মাগী শোর হোস্ত্রিফাওবদি দিসচার্জ তৌররোই ইমাগুম অঙম্বা হোৎনরগে খল্লে।

ইঞ্জিনিয়ারদুনা লাঙতক্লনা হংলকই,

- অদুক য়াম্বা নুপী, নহা অহল অনাবশিং লৈরিবশিংদুদদি ইমা ওইনা খল্লুব্রগা লোনসু তিন্নদবী অদুদনা ইমা ওইনা খঙ্গীরুরিদুবো করিগীনো ?

- মমাবু মীরায়বীরবা মচাদুবুদি মমানদি কাউঙমদ্রি, নুংশিজরি। মানা অতোপ্পগী য়ূমদা চহী কয়াচুপ্পগী নোমজমন করিনো খর তুংশিঙ্গরিবদু মচাদুগীনি খন্না চেৎনা থমজরি। শিন্নজনিঙলি। মচাগী থম্মোয়দা নুংশিবগী ঈচেল তৎপ্রবসু মমাগী থম্মোয়দদি মচাগী নুংশি ঈরী খম্বা লৈতে। খল্লু খল্লুরগা

হেন্না নুংশিরকই । চেল্লিবা মমা অমগী থম্মোয় অদুদনি ঐনা ইমাগুম খল্লুরিবা। দাক্তর অমদি নর্সশিং চিবোন চিবোন ঙাঙনরিবনি, " দাক্তর প্রেম্না বেঙ্গোলী হনুবীসিবু অসুক লুনা হোৎরিসিবু করিগীনো ?"

ঙম্বমখৈ হোৎনজরবসু অনাবদু খজিক্তংদসু ফগৎহন্বা ঙমদ্রি, অদুগা মমা মচা উনহন্বসু । পুক্লিগী অরোইবা তাংকক্ত খোয়রাংলবা থম্মোয় অমগী মতেং খজিক ফাওবা পাংবা ঙমদবসিদা পুক্নিঙসি লৈতাফম খঙদে । অমুক্তা হেন্না ফাওরক্লিবা পেন্দবসিনা শাগোম্নরিবা ওফিসারদুনা হন্না ফাওবা য়েংলমদবসিনি ।

ঙসিমক্লি ঐনা থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইত্রিবা । অয়ুক্কী চাক চাবা তোক্লগা ঙাইহাক ফম্লিঙৈ, তেলিফোন রিং তৌরকই । করিমত খল্লুদনা পায়খৎলুবনি । নুপীগী তনিক তনিকপা খোঞ্জেলনা নর্সনি শক তাকপগা লোয়ননা হায়রকখি,

- দাক্তর ! বেঙ্গোলী অহলদুগী ফিবম য়াম্না ফৎচিল্লক্রে ।

- সিস্তর ! ঐ য়াম্না থুনা লাক্লগে ।

পুক্লিঙদা থুক লাওনা, তৌফম খঙদনা খুমখি । হোস্পিতাল হেক য়ৌবগা কাদু তম্না পরপ পরপ চঙশিল্লি । অরোইবা শোর হোনগদবগী ঙাইদুনা লৈরম্রে হনুবীদু। মীকুপ খরখক্কী তুংদা মচাদুবু শোঞ্জবগুম লেঙলম্বা চীম্নান লেঙখিদ্রে । ব্রানা হোল্লম্বা শোর লেপখ্রে । অঙৌবা ফিনা মশা থুংনা কুপসিন্বীরে । খঙহৌদনা ঈহৌরকপা মীৎলুগী পিরাংনা অরোইবা কায়না য়াথং পীরে।

কনা খঙহন-উহন্নিঙদনা, মানা চেৎনা থমজরকপা ঐনদি য়াম্না খঙনিঙলিবা পোৎয়োম মচাদু শেম্নবীনবা কনা লৈত্রে মতাগুম ইফোং ফোংনা মোন ময়াদুদা তাদুনা লৈরি । খোয়রাংনা ঐনা নর্সতুদা হায়,

- সিস্তর মানা লুনা শেম্নজরম্বা ময়োমসি হাংদোকউ । করিনো য়েংসি।

- ফনি দাক্তর ! হাংদোকচগে । ঐসু য়াম্না খঙনিঙলিবনি ।

মরোল মরোল চেকশিন্না য়োন্নিবা ফিশিংদু মানা হাংদোকই । মনুং ইথং থংবদুদা ফিজেৎ অমনা চেৎনা কিদুনা য়াওরিবদু খোক্তোকই, হায়রকই,

- দাক্তর ! শেল ময়েক লুপা অমগা মখায় অমগা য়াওরি ।

- অতৈদি ?

- খোইদোকপা য়াওবা উদে ।

- মুম্না য়েংউ ।

- য়াওদে দাক্তর । ⌴

এপ্রিল / ১৯৯০

# মঙলনে তৌরিসিবো

"লাঙ্গাওগী মতমদুবু অসুম্না তৌরমগদ্রা ?" ব্রাখলনি ব্রাহংনি মরোমদোমগী, রিক্সো মথক্তা ফমদুনা চুবা মেৎলগা য়েংলিবা নহাদুগী। লানহৌগী ঈরাং নমথনবগী মিংদা ঙাকশেন কাঙবুনা নুপী অমা ঈজৎ মাঙহন্বীরম্বগী, লমচৎ নাইদবা সিফাইশিংদু মতিক চাবা চৈরাক পীদবগী মহেরোয় অমা ফারগা মাঙহন্বীখিবগী, মরাল লৈজদবা নহা অমা কাপ্পুনা হাংতোকপিরম্বগী বন্দ কয়া তৌনৈ। লমদমসিগী মীওইশিংবু মখোয়না ভারত মচা ওইনা উদে। মদুমক্তা মখোয়না অসুক তমথীবা শাজৎ লীচৎ চৎপা ঙন্নিবনি। লাউনৈ খোংনৈ। ইনৈ পাউচেদা। পুঙ কুনমরি, কুম্বাতরুক, নিফুনিপান্দ নত্তনা মতম কক্তনা তলব পীদবগী, হাপ্তবগী অসিনচিংবা মশিঙ খঙদবা অচৌবা মচা বন্দ পরেং; নোংমগী শূর-নোম্নগা চারা তাঞ্জবশিংগী চাকখুম বন্দ পরেং, মরী ইরৈ হেক লৈনৈ। চাকা বন্দগী শাফূনা মী ইতাক তাকহল্লবা সহরগী লম্বীশিং চাউনা উরে। নোংমৈ খিল্ল খিল্লদুনা সিফাইশিংগী গাড়ীশিং য়াঙনা য়াঙনা থৌদুনা ঙাক শেল্লি। করিবুনো কনাবুনো ইখঙ খঙনদে মখোয়না ঙাকশেল্লিবদু। শম্বলনা হৱাই মতোন চারেংসু হায়নৈ।

রিক্সো মথক্তা ফম ফমদুনা য়েংলি রিক্সো থৌবশিং মী ইচৎ-চৎনদবা, লম্বীগী মতাই মতাইদা লেপ্তুনা ঙাক-শেল্লিবা সিফাইশিং। অহল ওইরম্না অমনা খোয়রাংনা লাউরকই,

- খঙদ্রেদা ইনাওশা ! অহলশিংনা শোক লিশিং অনীগী অদুম্নাইদা পূম্নোই লোইরনি হায়নবদু চুমদৌবু মানশিল্লকএদা তৌরিসে। নখোয়বু তৌরিশিংসি উরগা অহলশিংনা লীবা লাঙ্গাওগী ম্নারী নিঙশিংলক্তা ?

ব্রাহে খরদু তাবদা নহা ওইরিবা তোন্দোম্বা পূমতন তম্বরকই। নিংঙমদনা হায়দোকখি,

- কাম্নদেদা ইয়াম্বা ! শিদৌ লৈরদি চানিঙ চানিঙবা পংচাদা চাথোকঅগা থোক হেক শিদোকখিবা, লোইরে ।

নহা অমা ওইনা শাগৎচরকপা য়াখল, য়াহে খরদুগা, উয়িবশিংদুগা পুমতোই তোইমিন্নে।

- খুৎলাম খাং ফাও হেক কৌদেহে । ঙসিসিবু য়ুমদা হন্নরগা তুম্মুবনা ফরম্রা চাবা চাদবা ?

অমনা অমুক লাউরকই ।

- ইচাশা ! শগোলবন্দলোমদা চৎপা য়াবা য়াওরিব্রা ?

মখ্বাং কোল্লবা অহল অমনা তোন্দোম্বগী রিক্সো মমাঙদা লেপ্লগা হংলকই। রিক্সো মথক্তগী ফন চোংথরগা মানা খুল্লকই,

- বাজী ! করি পুদৌনো ? ইপা ইচা হেক্ত চৎমিন্নখ্রসি । সুম্নায়দা সুম ফম্বসি তল্লকএ ।

- ইবুংঙো ! শোরাংকী ফি-রোল অদুগা হম্রাই-চেঙম্রাই খরদনিদা য়ামপোৎ নত্তে ।

- চৎলসি বাজী ! পোৎ-চৈদু হাম্বুরসি, কাখৎপিরো ।

অহলদুনা পীরকপা লুপা তরাচৎপী অনীদু লেম্না ফংবগুম খন্না হাপচিল্লগা ময়ূম তম্না থৌরক্নে । পাকখল মচাদুদা রিক্সো ঈনশিল্লে । মচা হল্লকপা তাবদা মশা ঙমদদুনা ফমুঙদা হিপ্লিবী মমানা কৌরকই,

- ইবুংঙো ! ইবুংঙো ! তোন্দোম্বা ।

- ইমা ।

- ইচা হল্লকএদনা ?

- হল্লকএ ইমা । কোক চিকপদু খর ফরব্রা ?

- উম ! খরদি ফরে । ইমাদি চাক্ত অমত্তা চানিঙদে । নঙ চেং খর য়াম্লুরো । থোংঙগা চারো । য়েঙ্গাংদি ঙয়াং নহাল লৈরকপা লৈরমখিনি ।

- ঐগীদমক হোৎনবদা ইমা য়াম্না য়ানা উরে ।

মচাগী চীম্বান্দগী থোরকপা য়াহৈশিংদু তারগা কংলবা চীম্বান্দা মোমোন নোক্না মমানা খুমই,

- ব্রাদে। ইমা করিমত ব্রাদে। সিবু ব্রাবা কৌবা য়াব্রা ? মচাগীদমক মমা মপানা হোৎনবা হায়বসিদি হৌনশানি মীওইপোক্কী। নগুদ অফবা ওইরকউ। মদুনা ইমাগী অব্রামন্নি। ইমানা খিত্তং নুংঙাইতবা হায়ববু লাইবক থীদুনা লুপ্রা ওইহৌবসিনা মীনা তৌনরিবা সিগুম্না ইচাবু ননিঙ তম্না নহে তমহন্বা ঙমদবসিনি।

- ওস্থোক ওস্থোকপা অখোয় ইমাসিদি। মীগুম্না ঐসু ইহে অদুম তন্রি। ইনাক-কৈরাক খুন্বশিংনা জীপ কার, গাড়ীমচা-মশু তোংদুনা চৎনৈ। ঐসু রিক্সো থৌদুনা অদুম চৎলি। ইমা ঐ করিমত ঈকাইবীদে। কৈসু খল্লুনু ইমা। নিঙথিনা পোথারম্মু। করি চানিঙই ? লৈরক্কে।

- ইমা করিম চানিঙদে। চেংদুদা ব্রাল্লকউ।

'চৌধুরি গ্রোসরী' খুল্লক্কী মমিং লৈবা দুকান্নি। শরক য়েংলগা পরপ পরপ চঙশিন্দুনা দুকান্দারদুদা লুপা তরাচৎপী অমা পীরগা হায়,

- চেঙ কেজি মরিদা পীউ।

পীরিবা পৈশাদুদা অমুক য়েং, নহাদুদা অমুক য়েং দুকান্দারদুনা হায়রকই,

- লুপা তোরাগা অনিথোঅবা ব্রাৎলে।

- করিগী ? ঙরাংদসু তিভি অদুগা রেদিওদা চেঙ কেজি অমগী মমল লুপা অনী মথায়নি হায়রগা নঙনা য়োল্লিসিদি লুপা মঙা মখায় তারেনে ?

- ওদু কোরি তৌরে ? অহোঙবা চেঙ লৌগে হায়রদি তিভি ওদু রেদিওদগী লৌরো।

- নঙ ঙাওব্রা ? রেদিও তিভিদগীবু চেঙ লৌনব্রা ?

- ওদুনা হায়বোনি। ঐগী চেঙদি ওরিজিনেল চাব্রলনি। মখোয়গীদি চামোদা নিফুদি বালু পথরনি, নকলী চাব্রলনি। ওনি মোথায়গী চেঙ ঐগী দুকান্দ লোইহতে। পৈশা পুরো। কোনা দুকান্দা থিরো।

নোংমতং চেঙ ব্রান্বা থোক্লকপা তোন্দোম্বা ইঙাও ঙাওরে। পৈশাদু পায়রগা তপ্না তপ্না থোরকই, খল্লি,

- করিনোনে ঐখোয় লৈবাক্কিবো ? সরকারনা অমা লাউ, দুকান্দারনা লৌনিঙবা লৌ। চেঙ ফাওবা অসলী নকলী !

ব্রাখল অমা থংলাক লাকপদৌনা শোল্লকই,

- উম ! চুরজাংনি । কোম্পেনিগী পোৎ পুন্নমক নকলী নৎত্রগা ওরিজিনেল নৈকো । মহৌশাগী নুংশিবা, থাজবা, কখোকপা, অচুম্বা পুন্নমক নকলী নৈরকপনা ওই তারে ঙসি থব্রায় পাম্বশিংগী মরক্ত লৈনরক্লিবা মরী । হুম ! কান্নদে । য়াম খর লৈরগা চৎলগে । ইমা ইচাগী মরক্ত নকলী য়াওরক্লুনা তোকঅরনি ।

অয়ুক অঙখদুদা তোম্দোম্বা মাগী থবক চৎনবগী মফি-ময়োল শেৎনা শেৎনা মমাদা হংজে,

- ইমা ! হিদাক-লাংথক্কা লৈরমখোরা ?

- লৈরুরনু ফররনি । ইমা কৈসু তৌদ্রে ।

যুদ্রোয়রিবা ওফিসারগী লোয়নবী মেম সাহেপ্পা তাজসনু মতাওম মচানুপা য়াইমদা চৈরকই,

- হৈ ! হৈ ! য়াইমা ! লাইরিক তম্বনা লাইরিক তম্বা, রিক্সো-উসো থৌবনা অমা; শিনফম তিন্নদেকো । ভাব তাব্রা ঐনা হায়রিসে ?

মচানুপাগা চীন্দা পৌদানদুনা লাউনরক্লনি পাখৎচদুনা মচানুপাদা হায়রকই,

- ইবুংঙো ! নঙগী চৎকদবা থবক চৎলো । মতমসিদবু লুম্ব্রা যুম্বানবু কনানা থৌশা-য়াশাবীলদগে ? কনাদা লান্দ্রুগা লোইরে । ঐখোয়গীসু লাইনা তম্বা অমদি মরাকচখিনি । শূবা নোম্বা লেপত্রগা লোইরে লাইরবা ঐখোয়গীদি ।

- ইমা ! মখোয় ইনাক খুল্লি হায়দুনা ঐখোয়না মোইদগী নিরগা হিংবসু নত্তে । মখোয়দা করিগুম্বা অমত্ত লাম্লুবসু লৈতে ।

- হৈ ! নুপামচা ! মখা তাগনু । নঙনা চৎকদবা থবক্তো চৎলো । কায়দববদা মতম মাঙহনগনু ।

মপুক্লিঙ নুংঙাইতনা থোকখি তোম্দোম্বা । যুদ্রোয়বনিনা নোংমা ফাদোক মচা মচা তোৎন তিন্নয়বসু কোন-লিক ফাওবা টকাইদুনা চঙদে ইমুঙদুদা । নুংঙাইথোকপা অমদি মতম লেপ্তোকপগী হৈনবী লৈবা খুম্নাইনিনা মীগী মীব্রা লৈকায় কোয়বা, লাইরবা ইমুঙগী ফদি-ফরা মপান থোকপা হৌনশানি ।

জিরি পার্কিংদা রিক্সোদ্ খাম্মি । অচৎ-অওক ঙাইহাক য়েংই তোম্দোম্বা । থুংলবদা ঙায়রিবা বস অমদগী শম্নাং কোয়গক্করিবী নুপী অনী লুমতক্লা শাংলপ তৌবা খাউ অমমম য়ান্দুনা কুমথরকই । কোয়য়েং য়েংলগা অমনা তোম্দোম্বদা হায়রকই,

- রিক্সো, অস্বায় ফাওবদা থিগ্নীয়ুদনা।

- কদায় য়ৌদৌনো ?

- হাওবম মরক অস্বায় ফাওদনিদা।

- অস ! ভারাদি য়াম্নিবো ।

- হোইদা ! ভারানা ভারানিদনা।

ঙাঙন ঙাঙনা নুপী অনীদু পোৎ-চৈ শৎ শৎ হাপকৎলি । তোংখৎলে । অশম্বা লম্বী ফাও ফাওদুনা থৌরকই ।

কুমথহৌরে হাওবম মরক মনুঙদা । পিশুমলোমদা ফাওদোকখিবনা নুংঙাইরনি খন্দুনা থৌরক্লে । পুক্টৌ ফনেক শেৎপী অহল অনী ময়োম মচা অমমম পায়দুনা চৎলি । মাবু হেক উবদা অমনা হায়রকই,

- তান চারেদা ইনম্মা । ইবুংঙো রিক্সো ! ইমাখোয়বু শিংজমৈ ফাওদা থিগ্নীরম্মুবা । য়াম্না ব্রারেবো নুংশাসিদা ।

খামদুনা তোংখৎহল্লে । খর অহল ওইবীদুনা হায়রকই,

- ইমাইপেন্মা ! করি নুংশা খুশানো ? ওমচক্লদনা শিদৌবোহি নিঙইদা । ফনা চাউরিবা জগানি । ফম্ফম লেপফম ফাও হেক লৈতেম্মি। অসিনিদনা শঙ্গ তৌবাইদো । মরাইবক ফৈ ইচে তমু, মচা অমত্ত হেক শোয়দে। পাল্লাশিংদুবু ইবেমশা ! লুপা লিশিং অনীগী ঙকয়াদা তারম্মি ।

- হাকমনগ্রেদা ইনম্মা । মীনা পু থাং ঙম্নরোইদা, শোরাৎ মান্দ্রে । লাই হরাওবে কুমহৈদৌনা তৌপ্লে । ঐদি ইচাশিংদা শোরাৎক অমত্ত শোগ্নীরনু হায়রম্মনি । কৈকাম্নো ইচা ইশু লাইরতাম্নবা ।

- ইবুংঙো ! নঙনা শাপ্পবসিদা নমায় খুমজিল্লিদুবু কমদৌরিজাৎনো ? লৌথোকউবা । নঙ উবদা ইমা শোর ফুনদৌরেবো ।

- হোই হোই ! লৌথোক্লে, ইমানা অদুক নুংঙাইব্রদবু ।

- লোইনা নমায় হেক হেক খুম্নরিসিবু শক লোৎলিবা হায়দুরা ? কৈদৌরিজাৎনো ?

- নত্তেদা ইমা । নুমিৎচুপ্পা আ কাচিন কোয়া চৎলিবনিদো হিংননবা রিক্সো থৌদুনা । লম্বীগী উফুল-ব্রাইফুল ময়ামসি অয়ুক য়াহৌরকপদদি নাতোন-খনাউদা লোইনা হেক্ত লৈরম্মে । খর ঙাকথোক্লবা তৌবনিদা ইমা ।

- হোইনহে ! মদুসু চুম্নিবনিনে । উফুল হৌদবা লম্বীদি লৈবু লৈত্রেদো।

"হইয়াও, হইয়াও" মুরেনবা অমসুং অঙৌবা মচুগী জিন্দীশিং নোংমৈ থিন্দোক থিন্দোক্তুনা পাইবগুম থৌজিল্লকই। তোন্দোম্বনা হংলকই,

- ইমা ! সুব্রায়সিবু কৈদৌবা য়াওজাৎনো ?

- খঙদেদা । ইমাখোয়সু শোরাৎ মফমদগী হেক থোরকপগা নঙগী গাড়ী তোংদুনা লাকএ । সুমহায়না সুম তৌদুনা লৈরসিবু; থৌদুম থৌ । হয়েং খবরদা মরাইনা য়াওজরকঅনি ।

চিঙঙা মখোঙদা থম্বীরগ্রে অহল অনীদু । ব্রাহেং লৈকায় পার্কিং হেক য়ৌবগা শোর হন্দোক্তুনা মমায় মমীৎ তৈথোক্লিঙে রিক্সো থৌবা অহল অমনা হংলকই,

- হাই ! তোন্দোন ! নঙদি চৈ চাবা য়াওরক্লা নঙনা লাকইবা লম্বীদুগা ?

- কৈদৌরে তায়াইমা ?

- ক্লাকৈথেল্লোমদা চঙখিবা থোরকপা মখে চেক তৌই তাবা; মমায়-মমীৎ খুম্বমখৈদি অমত্ত মাদোক্তমানে ।

খল্লি তোন্দোম্বা,

- অস ! ইমাদুনা হায়রমগ্রবা ঐসু চৈ চারমগনি । লাই অমনা কম্বীরজাৎনি ।

নুমিদাংগী চাক চামিন্নবা মতম নত্তনা মমা মচা নে তানা ব্রারী শানজবা ফংদে । চাবা মচেৎ, তুম্বা মচেৎ গুম্বমখৈ হোৎনজবা মখোয়নীগী তঙাইফদবা মথৌনি মীমান্নবা ঙম্নবা । চাক চানা চানা মমাদা হায়জে,

- ইমা ! বাবানা লৈরম্বা তিনসি কুইরে । কোত্তুিং চাদুনা মাঙখিবা তারে । য়ূম মচা অমত্তদি শানবা তৌসিন্না ?

- হোই হোই, শাসি ।

মচাগী পুক্লিঙ থৌগৎতুনা খুমজে,

- ইমাসু ঙম্বমখৈ হোৎনগে । মতম থিত্তং ফরকপগা ঐনা য়াওরিবা মরুপসি ফংবগা চানরনি ! নঙসু নিঙথিনা তুংশিন্নবা হোৎনৌ । হাই ! হাই ! অদুগনে নুপামচা । শেল তুংশিন্নিবনি হায়দুনা লাইরিক তম্বা চৎতবদি য়াদেকো । ইমাগী হায়ববু নঙনা লোইরে । নঙগীসু কনাবু লৈরি ? কন্না কনানা ইমা ইচাদা য়েংলিবা মীৎয়েং, ঙাঙনরিবা পুম্বা চীন নাকোং মেন্দুনা খাঙলিবনি, নঙদা মী ওইহৌরদি খন্দুনা । মতমসিদা লাইরবা, অতোন অতাগী মীচঙ

লৈতে। মদু খঙনা চৎলুকো। ইমাগী থম্মোয় শোকপা থবক অমত্ত তৌবা য়াদেকো।

- তৌরোইদা ইমা! ইমানা তাখি উখিবা লৈত্রা?

- লৈতে! লৈহনগনু। ঐনা নঙবু ঙাকপি শেম্বীবা হায়রবসি চুম্নতগী মপাম্মেংগী য়ানি। নশাগী পুক্লিদি নশানা ঙকচ-শেল্লগদবনি। শেমজগদবনি। চনিঙ তানা খম্বূরগা থবক তৌ।

নুমিৎকী মশেক লোইরমদাই, লম্বী কৈথেল মীনা কৃক কৃক উম্নবা মতম্নি। বস পার্কিং অদুদা রিক্সো খাল্লগা হমাং তৈথোকপা লোইফাংত্রি তোন্দোম্বা। শন্নাং কোয়গক্লরিবী নুপী অনীদু বস অমদে কুমথরকপা উই। নিঙশিংলকই য়াংখৈ চৎপী পীরম্বদু। অমনা কোয়য়েং য়েংলগা মবু উবদা নোম্মি নোম্মি চঙশিল্লকই। হায়রকই,

- নহাক নোংমা ঐখোয়বু খিম্বীখিবদু নৎত্রা সোম্বো?

- হোই! ঐসু নিঙশিংজরম্মিবনি।

- অদু, নহাক্নৌনা অমুক্ত খিম্বীদবা য়াদ্রে।

মখা তানদ্রে।

শমজিল্লকপগী অথুবা লম্বীদা "হুইয়াও হুইয়াও" থৌজিল্লকপা জিপ্সী ময়ামদুনা তুং মাঙ চপ্তুনা রিক্সোদু খাম্মি। পুলিসশিং ফন ফন চোংথরকই। মফম চানা চানা হেক কাপকদবা মাম্না ফিবম শেমদুনা লেপ্লে। লম্বী অচৎ-অওক পুমথিং থিংই। তোন্দোম্বা ইঙক ঙক্লা কোয়য়েং য়েংই। পুলিস অমনা লাউরকই,

- হে! রিক্সো! নঙ কুমথরকউ।

কুমথদুনা ইপা পাখৎনা লেপ্পি। অমুকসু হায়,

- নখূৎ থাক্সৎলু।

ইনপেক্টর, চঙশিল্লগা নুপী অনীদুদা হায়,

- ইবেম্মা অনীসু অমুক্তা কুমথসিদো। য়ারৌবীবদি য়াদ্রে। ঐখোয়গীসি দিউতিনিনা তৌদবা য়াদদুনা তৌবনি।

অনীদু য়াম্না নিঙবা কায়বগুম্না মায়থোং লাংশিম্না হৈনিঙদনা কুমথরকই। নোকফেৎ তৌনা মানা অমুক হংলকই,

- ইবেম্মা! নখোয়না পুরিবা যজন্ত্রবা খাঙিশিংসিবু করি করি য়াওরিগে?

তৌফম খুম্ফম খণ্ডদনা কুইরু কুইরু য়েংনরগা অমনা খুন্নকই,

- কৈসু য়াওদে । খুৎলায়নি ।

ইন্সপেক্তরদুগী ইঙ্গিংতা নুপী পুলিস অমা চণ্ডশিন্দুনা নুপী অনীদু চেক তৌই । অমনা চণ্ডশিন্দুনা খাউদু মুন্না য়েংলগা চেন চিংথোকই য়েংই। অমুবা চেগুম্বা অমনা য়োন্নীবদু উই । মদু তপ্না হাইদোকুনা য়েংই । খণ্ডলে শিদোক্লবা নোংমৈগী মচাক্নি । মানা হায়রকই,

- ইবেন্মা ! নখোয়না অসুক লুমথ্রসিবু পুরকইসি ব্রারন্মনি । ঐগী গারীসিদা পুবীরগে । লাকও, লাকও । নখোয় অনীসু নিঙথিনা কাখৎলো ।

পুলিস অমনা তোন্দোম্বদা হংলকই,

- হে ! পোৎশিংসি কদায়দেনো নণ্ডনা পুরকইসে ?

- জিরি পার্কিংদৈনি ।

- কদায় পুদোইনো ?

- ঐদি খণ্ডজদে ।

- করি ? খণ্ডজদেকাইনা ।

মমায় মমীৎ খণ্ডদনা ফুজিল্লি ।

- অয়ো ইমা ! অশেংবনি । ঐদি করিমত খণ্ডজদে নুপী অনীসিনা পার্কিংদৈ হাপ্লকপনি ।

- নচীন থীনু ।

ফুজিল্লি । কাওশিল্লি । মতৌদু য়েংবা নুংঙাইত্রমানে, নুপী অমনা হায়রকই,

- মানা হায়রিবদু অশেংবনি । মা করিমত খণ্ডলোই মাবু ফুবিগনু ।

ইন্সপেক্তরদুনা শাউরপ্না খুন্নকই,

- এ ! ঐখোয়না শেৎলিবা ফিজোলসি ইবেন্মখোয়না হেক শেৎলোদনা ।

গাড়ী অচৌবা অমা গো গো থৌজিল্লকই । মখোয় অনী অহম চণ্ডদুনা ইনখৎপোই লংখৎপোই হাপচিনখ্রে তোন্দোম্বা । মমীত্তগী মশি তরং তরং শিন্দু, খঞ্জে,

- মণ্ডলনে তৌরিসিবো ? □

জুলাই/১৯৯২

# নিঙোল চাক্কৌবা

- চাউবীমপা ! হো ! তাবীরিব্রা চাউবীমপা ?

মাঙ্গোলদা ফমদুনা পীক্লিবা মচা মতম্বাক্তা পম মায়োক্লরিবী ইবেমচানা মপুরোয়ববু কৌজে। কোয়েৎ য়েৎনা য়েৎনা ইমুঙদগী থোরক্তুনা মনাক্ত লেপ্লগা চাউবীমপানা হংলকই,

- কৈদৌরগে হা ?

- কমদৌসি হায়রিনো তৌরিসিবো ? নোংমগী চাকখুম মৈ মুৎতনবা থম্বদা কোক্সি চেকখায়দৌরে । নুমিৎ নিনী হুম্নি অমনা জেনেরেল ইষ্ট্রাইক্লি হায়দুনা মপাল থোকপা য়াদনা লৈরে । হৌজিক্লা অমুক কার্ফিউনি-উর্ফিউনি হায়দুনা ঔরে। ইমুঙসিদা চানিঙাই থকনিঙাইনি হায়দুনা করিগুম্বা অমত্তসু তারক্রে। অঙাংশিংসিদি খঙদবনিনা চাগেগা থক্লেগা য়ৌ য়ৌ তৌরকঅনি ।

- খঙদ্রেদা চাউবীমা ! ঐনা তৌদৌসি করিনো ।

শোর শাংনা হোম্বরগা মখা তারকই,

- লৈবাক মীয়ামগীনিনা তৌদবসু য়াপোত্ত, হৌজিক শূরগা চারা নোংখম্লবা লাইরবা ঐখোয়দদি ওম্বোক্লা ব্রানা খাঙজপ্লবা; লাইরেম্না লফুৎ কাবে ফিবমদা তারবনিনে তৌরিসে ।

মরাইবকপু ব্রারৌদুনা শোঙ্গরকই,

- য়াদে লাইবকসিবু ওম্বোক্লা য়াখিদ্রে । অঙনফৌনেনা থর তৌবদুসু ঈচাওনা লোইনা পুবীপ্রেদো । অদু চাউবীমা ! করিনো উপায় অমা তৌদুনা ঙসি নোংমা নিনীদং লেপ্লনবা হোৎনবসি, নঙবু ইঙস্মক ঙস্মরোইদ্রনে ?

- খ্বাং কোয়রসিদা কল্লাদনো হংলুগদৌরিসিবো ? ঈকাইবমা য়াওরেদা নুপা !

কোরৌ মশেক্তি শামজিল্লক্লে । নুমিৎ কয়ানি পাৎ কুম্বা য়াদবদে ঙাফা ঙায়োন লেপ্লকপনা খম থেংনা য়ানরে লৈত লাইরশিং । তারমদাইগী নুমিৎতা অমুক য়েং, মাগী নুপীদা অমুক য়েং, নাপীনা থুম্রবা শুমাঙদা নিংদোল চেংশুম চেংগানা তৌফম খঙদা হৃক্কৎ হন্দা চৎলি চাউবীমপা। মায়থোং মকা লামদ্রবা মপুরোয়ববু চিংনা য়েংলগা হায়রকই,

- চাউবীমপা ! মোইরাংথেম তাদা মনিদা থর হায়রুবনা ফগদ্রা ?

- খঙদ্রেদা নুপী ! য়াবু য়াবীরক্কদ্রা ? য়াৎত পাদবনিনা ঐখোয়না থেংনরিবা অব্রাবসি মখোয়নদি খঙবীপোৎ নত্তেনে । ঐখোয়সু ফন কন্না শূ-নোম্মি । করিমত কান্নদে । তাদা মনিখোয়না য়ূম্বু শাব-ও, গাড়ীনে-নুংলিনে, কমদৌরিজাৎনো খঙদে । অদুবু ফরে; শিবদি য়াদবনিনা ঈকাইরসু ঈকাইনা হংলুবাইদুনি । পীরকঅ পীরকএ,পীরক্ক পীরক্কে । অদুগা নঙসু ঐবু ঙাইদুনা অদুম লৈবদি তৌরনু । নুমিৎসে তাশিল্লকএ ।

চৎননবা শেম শাই । মাগী নুপীনা তহা তহা হায়রকই,

- ঙাইখো নুপা ! ঙসি নুমিদাংগীদি থোকঅবা অমা তৌরসি । য়াম্না লুবা অমা লৈরে । ঐদি ইকাউবু কাউথোক্লুরে ।

- নোই নুপীগী হৌনবী মচিৎ মচিৎ হেক তৌবসিনা; করি অমুক তৌরকএ ?

- লৈতবনা য়াখঙদে হায়দু হেক তৌই, নুপা নঙসু । করিনো - ? নিঙোল চাক্লৌবা হায়দো হংচিৎনে হংচিৎ । ইচানুপীনেনা লুহোংবদুদা করিমতসু হাপ্লিখিদ্রে । করিনো অঙম্বা ফি অমত্তং, ফনেক্লা কৈনো খুদোল তম্বীদুনা হাউ হাউতবা চাক চারা অমত্তং চামিন্নবা হায়সিদি হৌনৈদনা । অদুবু হৌজিক খূত্তা পৈশামসু লৈতেদো তৌরিবা । অদু নুপা ! তাদা মনিদা নিঙথিনা হায়নদুনা লুপা চামঙামুক্তদি লৌনবা তৌসিরা হায়বা ?

- অস ! হৈরাংলিঙৈ য়ুরাংঙি হায়দুনিহে । চেঙপোৎতা মাইরেন হেক তোপ্লে । মাই নিঙোল চাক্লৌবা হায়দুসু নংহৌররোইদৌনা অসুক য়ারিঙৈসিদা হাথু হাথু হেক য়ৌশিল্লকই তৌরিসে ।

মকোক্তগী কোয়েত্তু মথূৎ য়েংনা শৎ লৌথোক্লগা দারীদা ফিদা থারগা ঙেক ফমজিল্লি । মথূৎ অনী খুরকচন, খু পুন্দুনা মালংদা য়েংলগা হায়রকই,

- হয়ুম শিদবা ইবুংঙো ! নঙদা ঙায়রে শিদ্রিসি । ননাই ঐখোয়দি হিংঙিরা শিরিরা খঙদ্রেদা ।

চাউবীমানা মপুরোইবদা চিংনা য়েংলগা নিংঙমদনা হায়রকই,

- অঙাংমচাসি চেন্নিরঙেদদি নঙনা হেক শূরিমখে ঐসু অঙম অঙবা নত্তেং পাংলিদুনি । নঙনা য়াবা উরগা লৈফম চাফম খঙপোৎ নৎতেনে ঐসু । করিদি তৌরুনি হৌজিকপু, অঙাং অপিখকসিগা ?

- হুম, কান্নদে ।

অফিং অফাই ফূক হৌগৎলি । ফিদা থারম্বা কোয়েৎ লৌথৎলগা ফ্রং কম্মেকই । কোয়েৎ য়েংনা য়েংনা মখা তাররকই ,

- চৎতৌ লৈরবনিনা চখোকউবনা ফতারে । অমুক্ত হায়নদবা মীদুদা ইস ! ঈক্তি ঈকাইগ্রেদা ।

কোম্মেওদা হকচিক লাংদুনা ফন্নি মনি । মনাক্ত পরপ পরপ হেক্তা চঙশিল্লি চাউবীমপা । মাবু হেক উবদা অহলদুনা হায়রকই,

- হৈমা ! চাউবীমপা ! ইনাওনা লাকথোক্তুনা হাথু হাথু লাকপবু কৈদৌবা য়াওরে ?

- তাদা ! ননাও খুরুমজরি ।

- লাউনে লাউনে, ফম্মিন্নসি লাউ ।

- য়ানিদা তাদা, ঐ সুরাইদা সুম হেক্ত ।

কোয়েৎ লৌথোক্লগা থাদুনা ফম্নবা হোৎনৈ । অহলদুনা হায়রকই,

করিনোনে চাউবীমপা তৌরিদুবো ? ইয়াম্বগা ফম্মিদা হেক্ত ফম্মিন্নসি লাউনে ইবো ।

চঙশিন্দুনা ফম্মি । অহলদুনা মখা তানা হংলকই,

- করি হায়নিঙবা লৈগেনে হা ? সে সে ..... ।

চুরুট মৈখেৎ পী । হায়,

- চুরুপসি মৈ চাক্লকউসে ।

- য়ানিদা তাদা । থক্লকপদসু ঙায়রি ।

- নঙনা থক্লকপদুনা নঙগীনিদনা হা ? সিনা ঐনা লাম্বনিদনা সে সে । লৌই । মৈখেৎ খেৎতুনা চম্মি । মৈখু শাংনা কামথোকই শুরু শুরু নৈরদুনা হায়রকই,

- ঈক্তি ঈকাইগ্রবা তাদা । য়াম্না খুদোংচাদবা অমা লৈবদুদা তাদদে মতেং অমত্ত নিজগেনা লাকচরিবনি ।

- হায়মুনে হায়মুনে । ইয়াম্বনা অঙম্বা ওইরগনা ইনাওগী নতেং পাঙনিদনা । ঙমদবা ওইরগদি ঙমদ্রেদনা হা ?

- সুমদৌবনি তাদা । হংচিংসি নিঙোল চাক্নৌবাইদু ওইরমানে ।

- হোইনে হংচিং তারে হায়নে । অদু নিঙোল চাকৌবা কৈদৌরবা ?

- নচানুপীদু লুহোংবদসু ননাওনা খুদোংচাদবদে নিঙথি নুংঙাইনা তৌবীখিদ্রে । চাকৌবসিদা অঙম্বা য়াম্বা য়ামদবৈ ব্রা নত্তবীদা কৈনো অমত্তংদি তমজনিঙই। অদুদা তাদানা হেন্না খঙবীরিদুনি । লৈবাক্তী ঈরাংসিদা পাৎত কুমদুনা খর হোৎনজগদবসু য়াদ্রেদো । অঙনফৌ খরা তৌই, ঈচাওনা লোয়না পুবিদ্রে। ব্রারে তাদা । অঙাং ময়ামসিগা মতেং মতেং ওইননবা তাদদগী লুপা চামঙামুক্তদি কৈনো কৈনো ওইরবসু পীবীয়ু হায়জরসি হায়দুনা নচলনুপীগা ঐখোয়নী তাম্নরগা লাকচরিবনি তাদা ।

শোর মপী শাংনা হোন্দোকই তাদা মনি । নিংঙমদনা খুন্নকই,

- ইস ! চাউবীমপা ! হায়দোক্তনা হায়রবনিসে ইনাওগীসে । ইয়াম্বনা নতেং পাংদি য়াম্না পাংনিঙপ্রবা অদুদনে -

খুদোম্বী খিল্লদুনা শমথরকই,

- তু ! আ শুমাঙদা খিল্লিবা গাড়ীসে চাকৌবা নংনবনেএদনা পুশিল্লকইবনি নচাশিংনা । অরৈবা শেল পূম্নমক তেংলে । পীগদবা খরসু ব্রাৎলি ।

তাবদা চাউবীমপা মায়থোং লাংশিল্লি । নিঙবা কায়না খুন্নকই,

- খুদোংচাদ্রবদি কমদৌনি তাদা । ঐগী দাউননি ।

- অদুবুনে ইবুংঙো ! ইয়াম্বা য়াম্না নিংঙমহৌরোই। ইনাওগী পুক্লিঙ ব্রাখল ঐ মুম্না খঙই । অদু শুমদৌরসি, ঐনা অঙম্বা খর মতেং পাংলগে । ইচাগী লুহোংবা মতমদুদসু লায়েংবা চৎলিঙৈদা করিমত তৌবীবা ঙমহৌদ্রে । হয়েং অয়ুক্সে নহাক লাক্কেরা নৎত্রগা ইচলনুপী ঙাইহাক্তং লাকহনগেরা অমা তৌরো । অদুগনে অমুক শিংবা শিংদবৈ ব্রাখল তৌগনুকো । ঐনা তৌগদৌরিবসে মতেংনিকো । ইয়াম্বনা নঙবু য়াম্না নুংশিজে । লৈত লাইরজরবসু মতীং লৈবা ইনাওনি খঙ্গরিবনি ইয়াম্বনা ।

ঙাঙলম্বা মায় খরদি হন্দোকচে । নিংঙমদবা ফোঙদোক্লকই,

- খঙদ্রেদা অদা ! ননাওনা হিংলিবা পুলিসিদি শিদবৈ হিংলিবাইদুনি । অহল লমম্না চাগম্বা য়াজংবা শুপনবা লাইরবাইদু ঐঙোন্দা চপচানা থোকএ ।

- হেন্না ইবো ! অদুক নিঙহন্নবা হৌনদেদা । ইয়াম্বনা ব্রারম-নংলম্বদু ঙরাংদনিনে হা ? নঙসু উরি খঙলিবদুনি । হোৎনবা লেপকনু । চেকশিল্লু

মতম মাঙহনগনু । নোংমা দং হেক খুদি থীবদা মীওইবা হায়বসিদি হেক্ত মনুংঙাইজবপোৎনিদা । অদু , ফরে নুমিৎসু তাশিল্লকএ মমন্ত্রনি , লম্বী মতাসিগা । হয়েংদো শোয়দনা কনানো ঙাইহাক্তং চথোরকও ।

লৈকায়দা কোয়চেন চেন, লৌথোক লৌশিন তৌদুনা চাক্তি থোঙৎলে ইবেমচা । অঙাংশিংদু চাকখুম্মাঙদা ফম ফমদুনা চাক ঙাইরি । চাক লাম্মে হায়বা য়াও, অমুক নুংথিল শামরুবগী ব্রারদুনা উইরকপা য়াও, তৌরিবশিংদু তাশিন উশিন্নদনা চাক্তুদা মুন্নদি খন মৈথৌ কনশিল্লি। মথূৎ খিত্তং হেক হাঙবগা মচাশিং য়েংলগা থেমজে,

- নিঙাই তৌগনুকো ইচাশা ! হংচিত্তিনে নচেটৌবীদো হাউবীকা য়াম্না পুরগা লাক্তৌরিনি ।

- নওনা হায়জিন্নগা লাকসু লাকওইদৌদা ।

- ইসে ! শোয়দনা লাক্কনি । ঙাকা থোংঙগা ঐথোয় ময়াম হাউনা চাগদৌরিনে । থাজদ্রগা নোই পাবা লাকঅগা হংজৌনে।

উইরিবা অঙাংদুনা কপ্লি কপ্লি হায়রকই,

- লাক্লিঞ্জ লাকচৌ, লাক্লিঙদ্রা তোকচৌ, চাক থিরকও তুম্মিজ্ঞেবা ।

- লাঙগনুকো । নপা লাকঅমানেহে ফূজনিকো । ঐদি হায়রিসিনিকো ।

মচাশিং চারা হেল্লদ্রা খন চিংনা চিংননা চাউবীমপা চাকখুম তম্না চঙলকই; চাক থোংলম্বা উবদা হায়রকই,

- এ ! থোংদি থোংলম্মিদনা । ঐদি ইবেম্মা ! চৎপা ফাওবা মঙদা চৎপগা চপ মান্নরেহৈ ।

- অদু , করিমত কান্নরক্লব্রা ?

ইবেমচানা চিংননা হংজে ।

- খিত্তংবুদি শাকে হায়বৈ ব্রানি । মীনা অঙম্বা মতেং পাংবীরকপনবু ঐথোয়গী অব্রাবা কোকঙম্বা হৌনব্রদো ।

- পৈশা লৈতে হায়বৈ ব্রারা নৎত্রগা পীনিঙদবেরা ?

- মীগী মবুক্ত খম্নবু ঐনা কমদৌনা উরুনি ? নঙ হয়েং অমুক ঙন্তা ঙাইহাক্তং চৎলূরো । তাদনা পীনিঙবা খর পীরকঅসনু । করিনো অমুক খম্নবা হায়দুনি । তাদদুসু মকোক্তি অদুম শাবজাৎনিদা । তৌবদিনহৈ নুপী ! অঙাং য়াম্মম্বসিনা ব্রাবসি খরসু হেম্বজাৎনিদা । নুপা নুপী চঙদনা শূ নোমগদবা

মতমদা নঙনা অঙাং অমা হেক চেন্থম তৌ, শূনোম্বা ফরক হেক তা। সুমহায়না সুম তৌরিঙৈদা লাইরবদা মতেং অদুম পাংশিল্লনিনে। মীওইবগী কোম্না শিংবসে, মসিদং নংলমদ্রদি খরদি ফরমদৌজাংনিকো।

মচানুপা অহল খোম্বা ঈশৈ ঙংদুনা হঙ্জিল্লকই। মমানা কৌরকই,

- ইবুংঙোচৌবা।

- হাউ ইমা !

- নঙনা কদায়দা অমুক চংলুরিনো, মতম্নগা ফত্তবসিদা।

- কৈসু চত্তে ইমা ! খোয়দৌ শাউগত্থুনা কার্কিউ কমদৌরিবগে খঙনিঙদুনা পাউ ঙাইরকপনিদা।

- অদু কমদৌরে ?

- হংচিং চাক্লৌবে য়েংলগা খর কোমখোকপ্রে।

মপানা হরাওনা হায়রকই,

- ফরেহে নুপামচা। ঐ তৌফম খঙদদুনা ঙাওচংনরবনি। নচেদুসু চাক্লৌপাউ চংলুরবনিনা শোয়দনা লাকঅনি নিঙোলশিংগীদি নিঙোল চাক্লৌবা হায়বসিদি মমল নাইদ্রবা থৌরম অমা ওইরিবনিদো চহী অমদা অমুক্তমক থোকপা। হায়দি হায়হেদেয়ে হয়েংগী ব্রাসি অদুবু পন্দবা য়াদদুনা পম্না হায়দুনি। হয়েংসে য়েনখোং অহাম্বদা ইপা ইচা পাং কুমসি। নহাল থারম্বা লূলাং কাইদুনা অরৈ-লৈত খরদা ওইরবসু ঙাকপা ঙম্রা য়েংসি। নমানা নঙগী বাজী মনিখোয়দা চংলসনু। ঐখোয়সু ঙম্বা কারক্লগা নংননবা শীন্দোক শীঞ্জিন তৌবা হায়দুনি। ইচাশা ! অব্রা অনা থিবা য়াদ্রেকো। চাউবীমা ! নঙসু চাক ঈশিংকতু লোইশিন্নবা তৌরো। খর ঙম্না পোত্থানবা তৌসি। তৌগদৌরিবা থবক্সে হেল্লা নত্তেকো।

হিপচৈ হায়দু মঙায় ফমুংথক্ত, লৈত লাইরগী মৈরীনা মৈত্রায়রকপদা মীৎ কক্লা'মা উইশিন্না য়াদে মমা মপানীদি। কূপ্লবা মীৎকুপকী তাম্হাদা কনা ঙাইরমদনা চংখিবদু মতম্না, ঙাইনরিবনি মীওইবনদি মথৌগীদমক। হৌজিক্লা করি চাবা, হোরেম্না কমদৌবা মসিদা খম্বদা ফুম্বঙনরবী মমানা মচানুপা হৌদোক্লকই,

- ইবুংঙোচৌবা ! ইবুংঙোচৌবা ! য়েন খোংপ্রে। নোং ঙাম্বনা হাল্লকঅনি। নপাদুসু খর হৌদোকউনে।

- হোইদা হোইদা । ঐসু তূম্বপোৎ নত্তেদা । তৌগদৌরিসি খল্লুবদা মীৎসি উইশিন্না য়াদে । অ-হ-হম, নুপামচা নত্তসু হৌপৎলো। তল্লি হায়দুনা লৈথোকপা য়াবা নত্তেদো । নরাইবক্কুদি লৈখিদ্রবা ঐগী ইচা ওইনা হেক পোক্লরেদো । খর ব্রামিন্নবা তারে কমদৌনি ।

নোংঙাল্লমদাইদুদা, মপা মচা চৈঙাক, নৌ, ঙা হাপ্পবা থোপ্পচিংবা থৌরাং তৌদুনা হিগী মায়কৈ পাংলক্লে। পাৎপানগী হৌনশা, লৈচিন্না মেরাগী থাশি অহিংগী অমম্ববু তেংবাংশিল্লি । মচানুপানা হিদু ঈন্না ঈন্না শোল্লকই,

- পাবা ! তনগ্রেদকো, মমগ্রসিদা তৌরিসে ।

- পাৎয়ায় য়ৌবগা ঙাল্লকপগা মায়জরনিদা ।

বেড়ি মচে অমা মৈখেৎ থেত্তুনা চম্মি । চিংনা চিংনা শমথরকই,

- কমদৌনি ইবো ! নরাইবক ইরাইবক্কুদি সুমদৌরো তন্নক্কবনিনা । সে, সে, থৌরসিসে ।

ঈশা মাপলগী অপূম্বা মিংলেন্নি লোত্তাক পাৎ । লৈমা নিংথৌ কয়াগী থৌদোক ব্রারী অমদি শাবী শানৌ কয়াগী নুংশি নুংওন ব্রারী শিঙবুল কয়া লোত্তুনা থল্লিবী, লমদমসিগী কংলৈরোলগী লমায়দে শেত্তোক ফাত্তোকপা য়াদ্রবী পাৎনি লোত্তাক । অকোয়বদা অরিবা খুজ্ঞাশিংগী থব্রায়নি ওইনজফম্মি। থাপ্ন থাপ্নবা মালেমগী মক্কম কয়াদগী পাইরকপা উচেক-ব্রায়াশিংগী শাইদাংফম্মি । হিদুনা ঈমায়দা ঈপোম হৌনা চেল্লকপদা চাত্তারম্বা উচেকশিং শজু শজু পাইথোক্লরি ।

অমম্বগী ফিরুক হাইদোরক্লে । য়াঙনা চেল্লম্বা হি তপথহল্লে । মপানা হায়রকই,

- ঙাইথোনহে নুপামচা লূফম য়ৌরমানে । সুম কাই কাইদুনা চৎগ্রসি । হে, লোত্তাক লাইরেম্বী ইমা ইবেম্মা ! থৌজাম্বীয়ু।

তাইজেপ অমা অনী য়েংই । ঙা ইয়াও য়াওরমদে শোল্লকই,

- করিনোদা ! ঙাশিংসিসু মমীৎ মনা শিজ্জৎলকইবা হায়বদুরা কৈনোদা; ঙসি মঙা তরুক্কি লেঙদ্রবা লূ-লাংসিবু নিঙথি নুংঙাইনা অমত্তা হেক চঙদেদা ।

কোরৌগী মশেক্লা মালেম শীল্লক্লে। কুঙনা থারম্বা লৈচিলসু পাথরক্লে । মচানুপানা তাইজেপ অচৌবা অমা কাইনবা হোৎনৈ । লাউরকই,

-পাবা ! মসিমদি খর ফজনা য়াওরমদৌ মাল্লি । খুৎ ফাওই ।

- চীন্দুং ইল্লদি ফনিদা ইবো ।

মচানুপানা হয়াওনা লাউরকই,

-এ এ ! পাবা ! অয়োক ঙা ফজবা অমা য়াওরে । ঙাক্রা, শমজেৎ ঙা, এ ! ফনা ফজনা য়াওরেহে পাবা ।

মখোয়নী চঙদুনা হিখত্তা থাঙৎলে । ঙাশিংদু খোঙ্ডা হৈজিল্লি । মপানা শোল্লে,

- তান চারেহে নুপামচা ! অয়োক ঙাসিনা নচে চাক্লৌবে লেম পানা কোমরনি ! থেঙখিনি নমা কৈথেল চৎ'নংনবা খর য়াঙশিনশিসে ।

নুমিৎসু কোক্তোন তল্লক্রে । মচানুপানা হায়রকই,

- পাবা, বাজী মনিনা খরসু পাংবীনি হায়রদি য়াদৌ মাল্লে । কাননবা তৌরসিরা ?

- হোই হোই ! কাখিবোইনা সোমদা সুম কাই কাইদুনা চৎপ্রসি । থৌরো থৌরো ।

হিমায় লৈদুনা মচানা য়ূমতম্না হোল্লকই । মপানা মপূক পেঞ্জনা পাউমেল্লকই,

- ইবুংঙো ! নঙগী বাজী মনিনা ঐনা চঙখিবদা হয়াও হয়াও তৌবীরকপদো ইপা পেনখ্রে । নখোয়সুনে মীগী তৌবীমল হায়বসি খক কাউরোইদবনি । নঙ বাজীবু লুনা নিঙগদবনিকো ।

ইখঙ খঙহৌদ, নোংমৈ কাপ্নবগী খোঞ্জেলনা মপা মচাগী ব্রারী খংথৎ থদৎলি । ইপা পাখৎনা মপানা লাউরকই,

- কদোমদনোহে অঙাং ! খর কন্না থৌজিনশিনহে ।

অওক-অথোম, মায়কৈ খঙদ লেপ্তুনা কাপ্নরকই । কন্না কন্না লাউনবগী খোঞ্জেলসু তায় । লাপত্রে তোরবান য়ৌগদবা । মখোয় অনী চঙদুনা হিদু খোঙজেন য়াঙনা হোল্লকই । " পাবা " হায়না কন্না লাউরকপদুদা হন্না য়েংলুই । উরক্রে হিনুঙদুদা থরো থরো ওল্লিবা মচাদু । মানা ননখায়দুনা তুরবা থোপ্তুগী হৈদোকপা ঙাশিংনা ঈঙাঙ ঙাঙনা চোং ফম্বদু উরকপদা খংলাউ লাউরকই,

- কৈদৌরে ঈগী ঈ ঙাক্ত ?

ইপা পাখৎনা চঙশিন্দুনা মচাবু কোনখৎলি । শোল্লি,

- কৈনোনে তৌরিসিবো ? ইচাবু নোংমৈনা পাল্লবা হায়দুরা ?

মচাদু থল্লগা চৈঙাক তাপ পায়দুনা মপান য়ৌনবা হিদু হোল্লকই । হেক য়ৌবগা ফন চোংথদুনা হিদু কংফান্দা চিংখৎনবা হোৎনৈ । " হোল্ট" কল্লা লাউরকখিবা খোঞ্জেলদু তম্না য়েংই । উরকই অরাংবা ফিজোল শেৎপশিংনা পায়রিবা নোংমৈশিংদু মঙোন্দা মতোন ওনশিন ওনশিন্দুনা লেপ্লিবশিংদু । অশাউবা পেন্দবনা মাঙ থা থম্মোয় শোক্লা লাউরকই,

- নখোয়না ইচাবু নোংমৈনা কাপ্লিবা করিগীনো ?

মপান্মোম অনী ভিংথোক, মথবাক ওনশিন, কপ্লা কপ্লা লাউরকই,

- কাপ্লু, নখুৎ পেম্মা কাপ্লু । হাৎলো , ঐবুসু কাপ্তুনা হাৎলো ।

কপ্লা কপ্লা হঞ্জিন হঞ্জিন লাউরকই । মখোয় ময়াম চঙদুনা হিদু কংফালদা শোরো শোরো চিংখৎলি ।

- পাবা ঐ য়াম্না ব্রারে ।

লাউ খোংদুনা থরো থরো ওল্লিবা মচা তম্না চেনশিনগে তৌই ।

- হিলো মৎ।

মাঙ থাদুনা লেপ্লিবা অমনা খংলাও লাউরকপগা লোয়ননা অনীনা মখুৎ নামা নামা পায়দুনা ফায় । মানা লাউই,

- নরোলদু ঐ খঙদে । ঐবু করিগী ফারিনো । থাদোকও ।

খরনা হিনুঙদুদা ফাক শেত্তুনা থি হুমই। লুচিংবদুনা হংলকই,

- য়ে বচ্চে কোন হৈ ?

খুমদে । অমুকসু নুপামচাদুদা খুদোম্বীনা থিন্দুনা হংলকই,

- হে ! বুধে ! বতাও য়ে বচ্চে কোন হৈ ?

- ঐ খঙদে, করি হায়রিনো ।

- খন্দে ! শালে বুধে । ইস্কো মারো । থীক্সে মালুম হো জায়েগা ।

অমনা চঙশিন্দুনা খুবাক্লা থাই, হংলকই,

- য়ে লড়কা কোন হে ?

কল্লা লাউদুনা খুল্লকই,

- নখোয়না তৌরিসি করিনো ? নোইনা ঙাঙলিবদো ঐ খঙদে । নোইনা নোংমৈনা কাপ্লিরিসে ঐগী ইচানে ঐগী ইচা । করিনো তৌরিসিবো ? মঙলা খঙদ্রে।

খোঞ্জেল থোক্লা কপ্তুনা তেংথারকই,

- ইপাই ইবুংঙো ! ইচাবু য়াম্না ৱারম তারেনে ।

লুচিংবদুনা লেপ্তুনা য়েংলিবা সিফাই অমা কৌরগা হায়রকই,

- শর্মা ! শর্মা বুখে ক্যা কহা হৈ ? খীস্রে পুছো য়ে লড়কা কোন হৈ ? চঙশিল্লকই । হিনুঙদা তুন্নিবদুদা মখূৎ খিন্দুনা হংই,

- হাই ! বাবা নুপা অসি কনানো ?

- ঐগী ইচানে ঐনা হেক পোকচবা ।

লুচিংবদুদা পাউদম্মি,

- সাহব ! বুখে কহা হে কি য়ে লড়কা উস্কা বেঙ্গ হৈ ।

ওনশিন্দুনা অমুক হংই,

- নহাকখোয় কদায় চৎলে ?

- ঙা ফাবা চৎপনে । মসি ঐখোয়গীদি হিংনবৈ থবক্তি । নোই অদু অদা লায়রি । ইচাসে অমুক্ত য়েংজগে ।

হোৎচিন্দুনা মচাবু কোম্লগা তেংথারকই ,

- ইচা কৈদৌরগে ?

অমুক চেস্লোকই । মকোক্কী কোয়েৎ লৌথোক্কুনা মখূৎ অনীনা শুরু শুরু নৈ । চেনশিন্দুনা অমুক কোম্লি। অঙাংদুনা য়াম্না ৱানা হায়রকই,

- পাবা ! ঐ য়াম্না ৱারে । দাক্তরদা অমুক্ত পূবীরো ।

তারগা তৌফম খঙদনা লাউরকই ,

- করিনো ঐনা তৌগদৌরিবসিবো ?

নিংঙমদবা অমা ফাওরকপগুম তৌনা শর্মা কৌবা সিফাইদুনা ৱাকৎলকই,

- সাহব ! হম ইস বচ্চেকো আস্পিতাল লে চলে । ইস বুখেকা বচ্চা সচ হি হোগা ।

মুম্না থল্লগা মঙক নোম্মি লুচিংবদু । হায়রকই,

- অচছা ! চলো ! অস্পিতাল লে চলে ।

মকোক চাউহাই হাইরদুনা মপাদুদা হায়রকই,

- অচ্ছা বাবা ! আপভী চলে । জল্দী আ । □

# পেন্সন ঙকয়াসিদা

"কাং কাং কাং" খিঙই কাংশীদু স্কুল চৌকিদার। অঙাংশিং চেনশিন্নরকই স্কুল শুমাঙদুদা। শাজে অমা পায়, কাদগী পরপ পরপ থোরকই অহল ওইরক্লবা হেদ মাষ্টর। দান্নীদা লেপ্তুনা লাউরকই,

- লাইন বন।

অঙাংশিং পরেং লেপ্লি। লাউই,

- সাবধান। অঙাংশা লূ- হেনবা হায়বসে লাইগী ঙমথংনি হায়নরিবনি। নথোয় নথোয়গী লৈজা লৈজবা শেংলি চারিবশিংদু লুনা নান্না শেং চাগদবনি মদুনা অনা অয়েক কয়া ঙাকথোকপদা নত্তনা পুক্লিঙ হকচাং নুংঙাইহল্লি। হকচাং ফনা লৈনবগী মচাক অমা ওইহল্লি। নথোয়না লু নান্না লৈনবা হোৎনবা হায়বসি মতম পুম্নমক্তা কাউরোইদবনি। অদুগা নহে-নশিং তম্বদা পুক্লিঙ চঙগদবনি।

মথংগী য়েরকপা কাংশী খোঞ্জেলগা লোয়ননা অঙাংশিং মাই মাই কাদা চঙনখি। থোঙ্গাল্লোমদা য়েংলগা ওজাহলনা শোল্লি,

- করিনোনে, হৌজিকফাও' ওজা অমফাও লাক্লদ্রিসিবো ? নুমিৎ খুদিংগী সুমহায়না সুম তৌরদবু কদায়দৈ ক্লাসিতি এদুকেসন্নো ? তৌফম খঙলক্রেদা।

মাগী ক্লাস্তা চঙদুনা রোল- কোল তৌই। ওজা চঙবীদ্রবা ক্লাসশিংগী অঙাংশিংনা লাঙবদা তাকফম ফাও হেক খঙদে। ফাষ্ট পেরদ লোইশিন্নকদৌরবা ফাওবা ওজা অমত্তা লাক্লদে। ওফিস কাদগী রেজিষ্টার ময়ামদু লৌথোক্লগা কোল্লগা থোরকই। ওজা নুপী অনীদু তুঙথ মাঙথ তবী তবী চঙলকই। মথোয়দা

হাইফেৎ য়েংলদ্রগা কা কাদা মথং মথং চঙদুনা রোল-কোল তৌই । করিসু থৌশাদনা ওজা অনীদুনা ওফিস কাদুদা ফজনা ফমথরগা মাপী মাপী ব্যাগতপী মপোৎ মচে লৌথোক্লদুনা মকে শেম্মে । অমনা পোৎ-চৈশিংদু হাথু হাথু লোইশিন লোইশিন্না হংলকই,

- তাচাউবা ! পুঙ তাদৌ কয়াম য়াৎলি ?

- তাবু তারেদা ওজাইবেম্মা !

ওজা নুপী অমদুদা ওনশিন্দুনা মখা তারকই,

- অদুদি ওজা ! মথং পেরদতা ফুক্কৎনবা হায়দু তারেনে ?

- হোইদা ওজা, কনানা ঙমপোৎ নত্তেদা হাথু হাথু ।

পেরদ লোইবগী কাংশী য়ৈরকই । রেজিষ্টর ময়ামদু কোল্লগা ওফিস কাদুদা চঙলকই ওজাহলদু । শাউবনা মায় ঙাংলপ্লা নোককফেৎ তৌনা হায়,

- ওজাশিং য়ৌদি য়ৌবীরকএদনা ?

নুপী অনীদু হাইফেৎ য়েংনরগা চপ মান্নমা খুদ্রকই ,

- হোই ওজা !

কোল্লকইবা ময়ামদু তেবলদা থম্বগা লোয়ননা তপ্লা মায় ওনশিন্দুনা ফমথৈ । হায়রকই,

- ওজা অনী অমসু য়ৌরক্লিমানে তৌরিসে, পরিক্ষাসু নকশিল্লক্রে । সুমহায়না সুম তৌনরদি অঙাংশিংসি কমদৌনি ? মীব্রা মীশা য়াম্মা তানবা তাগ্রে ।

- ওজাহল ! ফনা ঙম্মা হোৎনজরিপোৎনি । নুপী হায়দু ওইশিল্লুরকৌনিনা ইমুঙগী ময়ামদু লোইশিন খমজিল্লমদবসু য়াদেদো । রিক্সো তোংদনা অমুক লাকএ । অদৈ, বস্তা অমুক কাখৎলে । বসনেনা তৌরিদুনা পুঙশিংদা চৎক্রে । মীশিংদা চৎলে । ঙানম হেক নমদ্রিফাও থৌদবা । স্কুল য়ৌরকপদদি, মতম চানা থুংবা শুঙম হেক ঙমদবা ওজা ।

খর মচীন য়াংবীদুনা খুদ্রকই । অমদুনা অমুক পাংশিল্লকই,

- ওজা ! মখোয় অচৌ অশাংগী ত্রান্সফর খুৎতৌসে ফরক য়াম্মা তাইদা ।

ওজাহলনা মোং হাদনা হায়রকই,

- এপোইন্টমেন্ট ওর্দর লৌনরমদাইদা ইয়া য়ানখিবদুদা মখোয়সু অদুম য়ানি হায়দুনা তৌবা ওইরমগনি। তৌগনি হায়দুনা তৌরুরবনিনা ওজাশিং ব্রারসু ব্রানা মতম খরদংসিদি থব্রায় খিত্তং য়াওশিল্লীদবা য়াদ্রে।

মচীন খর য়াংবীদুনা নোক্লা নোক্লা খুন্নকই,

- ওজাহলদি নুপাসু নুপানি। মূমসু নকই। অদুই মথক্ত পোথাদৌসু কুইদ্রবনিনা ওজানা খর ব্রাবীবাইদুনি।

অমদুনা অমুক শমথরকই,

- অদা তারে উপায় লৈত্রবনিনা। ব্রাখ্রেদা ওজা তলবনগা ফংনদ্রে চখোক চৎশিনগী ভারাফাও খুদোং অমা চাদ্রজাৎনিদা ওজা।

খর কা খর কাদ, তাকপিবোই তাকপিদবোই হৌখি। খঙজপোৎ নত্তে অঙাংশিংদি হৈরিব্রা হৈত্রিব্রা? লাইরিক তম্লিবনি হায়দুনা স্কুল কাজরিবনি। অঙাংগী হৌনবী, ওজা চঙদবা ক্লাসশিং লাঙলি। নুপামচা অমনা স্কুলগী মাঙ্গোলদা লেপ্লগা লাউরকই,

- লাওহে, লাওহে! ওজা নোবিন খোংবান তাথ্রে।

লাঙলব্বা অঙাংশিংদু মহৈ মহৈ লাউ লাউদুনা চেক্লোরকই,

- ওজা নোবিন খোংবান তাপ্রে এ। লাওহে লাওহে খরা লৌখৎপিরুসি।

ওজাশিংদু মথং মথং থোক্লরকই। অঙাং ময়াম য়োমদুনা পুশিল্লকই লৈখোম-লৈনাং ইতৈ তৈরবা ওজাদু। ওজাহলনা হংলকই,

- ওজা নোবিন! কমদৌরিজাৎনো অসুক পাকপ্রবসিদা?

লৈয়েং ফাইরি ফাইরি মথব্রায় নুংঙাইতনা পাউদম্লকই,

- ওজাহল! ঙসিসি য়াম্লা মওং অমা তাদবদুনি। চাকখুম লৈরঙগী লৈতেং ওইরিবা চফূ উয়ান্দু লৈরঙ কাজনবগী মচাক য়াওদবদুনিদা ওজা। থা অনী অহুম তলব ফংলক্লবনিনা দুকানশিংদুসু ওজা ইবুঙো! নচল নুপীদু হেক উবদা দুকান থোঙ লোম্বে ফিবম লাকপদুদদি অঙাং ময়ামগী খল্লগা মরূপ-মপাংশিংদে খর লাকথোক-লাকশিন তৌগে থোকচরকপনি। উচিন-নাচিল্লা খরদি

পাংবীরক্কে । অদুদা মমাম নুংঙাইহবোইনা খর খর পায়মিন্নরুরে । ঐনা তোংজরিবা সাইকলসি বাইক্কী য়াখল তৌরগা স্কুলদা ঙাইহাক্তং ওইরবসু চঙজরমগেদনা থৌজরকপনি । থোঙালদা লৈশীন্বা নংহৌদদুনা খোংবান্নোমদা চংখিবৈ য়ানি ।

ওজা নুপীশিংদু মচীন খুমদুনা নোকই । ওজাহলনা হায়রকই,

- ওজা নোবিন ! বাইক ওইনা খল্লম্বৈ ফবৈ য়ানি । কদায়দে ! তাতা ওইনকা খল্লম্মদি খুদোং অমা চারম্মোইদা ।

- অদু ওজা !

মফি-মরোলকদু লৈ লৈদুনা য়েংলগা হায়রকই,

- ফিবমসি মওং অমা ইতা তাদৌ মান্দ্রে । শোইদু কোম্না তৌজরগে। য়ূমদা অমুক্তা চৎচরুখিগে ।

নোংমা ওজাহলনা সাইকল ঈন্দুনা চঙলকই । চৌকিদার উবদা হংলকই,

- চাউবা ! ওজাশিং অমত্তা লাক্লদ্রিব্রা?

- অমত্ত য়ৌরক্রি ওজা ।

- ওজা তরেৎ নিপাল লৈগদবা স্কুলসিদা ওজা মঙাখক্তনি লৈরিসি । মসিদা ওজা মরিখক লাকপনা খ্বাইদগী মশীং য়াম্না লাকপা নুমিৎ ওইরে । কমদৌদনো ঐবু ভাব অমা তারক্লে তৌরিসে ।

- ওজাহল ! হে হৈতবা, অঙাংশিং লাঙদনবাইনা ঐসু য়ারীদা লীরবসু হায়দুনা মেনখৎচরিবনি । কৈরোয় লৈকায়না ঙাঙনরিসিগী হায়রদি মথং চহীদদি ওজাবু, লাইরিক তম্নবা অঙাংশিং লাক্কদৌ মান্দ্রে ।

ওজা নুপী অনীদু তুঙথ মাঙথ চঙলকই । ওজাহলনা হায়রকই,

- ওজাশিং লেঙশিন্বীরকউ । পুঙসি তারক্কদৌরে ।

বেঞ্চ অদুদা ফমথৈ ওজা অনীদু । ওজাহলনা মথা তারকই,

- ওজাশিং ঐবু খুম্ফম অমা খঙদ্রে । নহারোল কাঙবু অমা লাক তকখৎ, ক্লবকী সেক্রেটরিনি, অদুনি অদানি হায়দনা লাকঅ লাকঅগা থিগৎ

হজংলবদা ঐ হায়কম তৌকম খঙলক্লেনে । ওফিস্তসু ফন কয়া হায়জরগোংনি অব্রাংপা ওজাশিংসি খর থুনা অমুক্তা থাবীরকউ হায়দুনা । হোইদা হায় । হোইনদি ক্লাস মেনশিঙসু য়াপোং নত্ত, অমরোমদনা ঐখোয় ওজা মঙাখক লৈরিসিফাও নোংমত মশীং শুনা কানদ্রে । মসিদা রিপোর্ট তৌরে ব্রারৌননিদো ।

চীনফেন ফবী ওজাদুনা খুন্নকই,

- ওজানা রিপোর্ট তৌরুনি, অটৌ অশাংনা শরেং-ঙারেন চাখিনি । ওজানা হূ ওইননি । কৈকায়ো ওজা ! অদুগী শরুক য়ান য়ানবা সুম হোংনসি ।

মথং নুমিৎতনি ওজা নুপী অনীদু কয়া মকে শেন্ত্রি । অমনা লাউরকই,

-তা চাউবা ! ওজাহলদুসু লাক্লেদা, ব্রার্নিং য়ৈবা য়ারদি য়ৈশিল্লসে । তাদনা অঙাংশিংদো ঈশৈক খর শকহল্লো ।

- ব্রার্নিং য়ৈজরগে । ওজাহলদি ঙসিসি অহলশিংগী লাইদা লূক খর কংকনি, খর থেঙতক লাক্কনি হায়রম্মি ।

ওজা নোবিন মোমোন তৌনা ওফিস কাদুদা চঙলকই, মখূৎ লোম্নরদুনা হায়রকই,

- খুরুমজরি ওজাশিং ! থেঙঙদ্রাইনা পরপ পরপ লাকচরিবনি । পংথেঙদি থেঙলমদ্রিদনা ।

মখূৎ অনী শুরু শুরু নোইরদুনা বেঞ্চতুদা ফমথে । ওজা নুপী অমনা ইঙক ঙক্না হায়রকই,

- করি নুমীৎনো, ওজা নোবিয়া লাইবক্ত লৈশাকা ফজনা নমদুনা ইথা থাজদনা লাকইসিবো ?

করিমত নাচুংদনা খুন্নকই,

- ঙসিসি ওজা ঙরাংগী মথংনি । নোংমগী থোকউ থোকউবা হায়দুনি ।

ঙাঙনা ঙাঙনা এতেন্দেন্ট রেজিষ্টরদু ফাক্তোকই, কলম হাংদোকই । শোঞ্জে ,

- ফনা কুইরজাৎনিনে ঐনা শোইকা তৌগ্রিসি।

খোৎচিন্নি। কাংশী য়েরকই। ওজাশিংদু রেজিষ্টর পায় পায়দুনা থোক্লে। ওজা নোবিন লাইরিক কন্না তাক্লি,

- অঙাংশা! ঐখোয়না পৃথিবী মতুম তাই হায়বসি মমাঙদা নৈনখ্রে।

মখূৎ অনীদুনা দস্তরদু লৈরদুনা মথা তারকই,

- সে! সে! য়েংউ, সুমদৌনা মশা মতোমতা য়েংওইননা লৈদুনা নুমিৎপু কোয়দুনা চৎলি। খঙঙব্রা?

নুপামচা অমনা মমীৎনা অমদা য়েং মখূৎনা মাঙদা ফন্নিবা অঙাং অমগী মশম ফৎ চিংলগা খুন্নকই,

- খঙজরনি ওজা।

- অদুদি নঙ হায়য়ু পৃথিবীগী মওং মতৌ কমদৌই?

- ওজানা নহান্নুক লাকঅম্বদা তাকপিবদনা কোন্নাদৌনা মতুম তায়। মথংদনা বোলদৌনা তুম্বক তুমই।

- অস! লোইরেহে। নঙগী পৃথিবী মতুম খুত্তাসিদি শেৎলিহে। ফরে। হৈ য়োলহৈবা! নঙ অমুক হায়য়ু পৃথিবীনা কমদৌনা চৎলি?

- ওজা, ওজানা অহান্না তাকপিবদনা খুংনা উংবদৌনা লৈরগা চৎলি।

- ফজে! নখোয় ফনা ফজনা খঙেঙ। কান্নপোৎ নত্তে। সে! য়েংউ পৃথিবীসি ইপাক পাকই।

মখূৎ থিন থিন্দুনা তাকখৎলকই,

- সোমদা য়েংউ, সোমদা অমুক য়েংউ। ইপাক পাক্কা?

- পাকই ওজা।

- হো! অদুনি, অদুগা নুমিৎনা নোংপোক্ত থোকই, নোংচুপ্তা তাই। অসুন্না ...।

মখূৎ য়েৎনা নোংপোক্তগী নোংচুপলোমদা ব্রাংনা থাজৎতুনা হাইরগা মথা তারকই,

- নুমিৎনা পৃথিবীবু কোয়। খঙঙব্রা?

- অদুবুদি ওজা ! অখোয়সু অদুম খঙজে ।

- হো ! অদুনি । নোইনা খঙলিবদু চুম্মবনি ।

মথন্ত শোঙ্জে,

- তস ! সুমহায়না হেক তাক্লিন্না । কনানা ঙমদোইনো খুৎসু খুৎলায়স্ য়াওদবা, তলব মতাসিগা ।

চোঙ্ক দস্তর পায়রগা শোরনা মখুৎ কামথোক কামথোক্লনা ওফিস কাদা চঙলকই । এঃ আইঃ ফন্নন্বা হেক উবদা মখুৎ লোন্না হায়রকই,

- এ ! ওজা লেঙবীরকঅম্মি ?

মাগী মতৌদুদা নোক্মি নোক্মি তৌনা এঃ আইঃ না খুন্নকই,

- ওজা নোবিন । ওজানা সুমদৌনা তৌবীরম্বসি ওস্থোক্লা নুংঙাইজগ্রে । ময়াম্মা কালিতি এদুকেসন কাইদনা লাউনরিসি লাক্কদবা হেক মাল্লি ।

- ওজা, নোংমা নোংমগী থোকউবা হায়দু তারে ।

- অদুবু ওজা ! অঙাংশিংদা পৃথিবী ইপাক পাকই হায়দুনা তাকপিরিদুবু অঙাংশিংদু কৈনোমা ওইনা চৎথ্রনিনে ।

- ওজা, তলব মতাসিগা খুৎশু খুৎলায়সু য়াওদনা পৃথিবী মতুম তাহনবসি ব্রাপ্রবজাৎনিদা । পাকপদুনা মখোয়দা খর খুৎলোয় ।

ওজাশিংদু থিক থিক নোকই । মানা মথা তায়,

- মখোয়না খর খুৎলোয়জবদুদা মদুনা ফরেদনা তাকচরবনি ওজা ।

ওজাশিংদুদা ওনশিন্দুনা হায়রকই,

- ওজাশিংসু খন্দুনা অমুক্ত য়েংবিয়ু । প্রাইভেৎ স্কুলশিংদা তৌনরিবা পৃথিবী মতুম তাবা অদুগা নুমিৎকী অকোয়বদা কোয়বা, মসি ফিল্ম ওইনা কাপ্তুনা অঙাংশিংদা য়েংহল্লিবনি । কদায়দে, ঐখোয়না সিদা ব্লেকবোর্ড ব্রাউরি ব্রাউরিবসিদা চোঙ্কনা মমি তাবোই তাদবোই হোৎনবসিদি কমদৌবীবগে ওজাশিংবো ?

মায় ঙাংতক্লা, নোক্লিঙদা নোক এঃ আইঃ না পাউখুন্নকই ,

- ফরে ! ওজাশিং অৱাৎ-অপাদু ঐ খঙজিল্লরে । সরকারগী শেন্থুমগী

ফিবম ফত্তবনা তঙাইফদবা মচাক ফালনচিংবা ফাওবা মতিক চাহন্না ঙমদ্রি। অদুবু ওজা, খুৎশু খুৎলায় য়াওদে অমদি তলব মতম চানা পীদে হায়দুনা ওজা অমগী তৌফম থোকপা অদুগী ব্রাংমদা তৌবীগনু। 'ওজা' হায়বা মিঙ্গৌদুগী ঈকাইখম্নবদি ঙাক্পিবা চুমগনি। করিগীনো হেদ মাষ্টরনা হৌজিকফাও লাক্ত্রিসিনা ?

লেপ্লা লেপ্লা চৌকিদারনা খুন্নবই,

- ওজা ! ঙসিসি ওজাহলগী অহলশিংগী লাইদা করি করি খর কংকনি, খর থেঙতক লাক্কনি হায়র্বম্মি।

- ওজাশিংদি খঙবীদবরা ?

চৌকিদারনা শোন্থাংননা খুন্নকই,

- ওজাশিংদি ঙরাং -- ।

মখা তারক্ত্রিঙৈদা ওজানুপী অমনা হায়রক্তনবা চৌকিদারদা ইঙ্গিৎ তৌই। শোর হন্থরগা চৌকিদার তুমিন লৈখ্রে। ওজা নোবিন্না ব্রাখল তৌনা শোন্নকই,

- ওজাহলদি স্কুল কাদবা অতাঙবনি। থেঙলবসু শোয়দনা য়ৌরক্কনি।

এঃ আইঃনা মখা তারকই,

- অদুবু নোংমা নিনী ব্রাৎলিঙৈদা চে অমদি পীফম থোকইদনা। চৌকিদারনবু ছুটি পীবা ঙমপোৎলা ? ওফিস্তনা য়েংশিনবীদে-খোৎচিনবীদে ঙাঙলন্নিবা, অদুগা মশানা স্কুল কারমদে।

মাগী ব্যাগতগী চে অমা লৌথোক্লগা ইনা ইনা ঙাঙলকই,

- ওজা নন্দোনা স্কুল কাদ্রিসিসু কুইরমানে ? কমদৌরিজাৎনো ওজাশিংনা তৌরিসি ?

ওজা নুপীদুনা খুন্নকই,

- ওজা ! ওজা নন্দোদি মখোয় লৈকায়গী স্কুলদা ত্রালফার তৌরমানে।

- এ ! ঐনা য়েংশিঞ্জরিবা স্কুল অমগী ওজা ত্রালফার তৌবদা এঃআইঃ ইশামক খঙলক্রুবা ? ঐনা থিজিনবা ব্রাৎপা তারজাৎলা ? ফরে ওজাশিং ! অব্রাৎ-অপা ঐ নোত তৌশিঞ্জরে। সে ! চেসি ওজাহলদা খর শিন্নবীয়ু।

ঙসিগীদি ঐ য়ৌনবা তৌজরগে ।

- ফনি ওজা !

ওজা নোবিন্দা য়েংনরগা ওজাশিং ইশি শিনা নোকই । নোক্লা নোক্লা ওজানুপীদুনা হায়রকই,

- বা ! অখোয় ওজা নোবিনগী দাউসিদি । ঙরাং নহাক ওইরম্মুদনা হা ?

- ঐগীসু লাই লৈ । সিগুম্বসি ঐদি মঙদা হেক্তা ফাওই ।

ময়াম ব্রা নোকই । চৌকিদারনা ব্রারৌনা হায়রকই,

- এঃ আইঃসিসু শক্তি খুক্কেং অমনি চৌকিদারনবু ছুটি পী ঙম্বরকা হায়জিল্লি । ঐদি ইচম চম্না পাউ অদুক তমজবে ব্রানি ।

হাথু হাথু সাইকল থৌরকই ওজাহল । তফিং তফিং গাড়ীদু ফক্লাং নাকন্দা ঙাশিল্লি । কা মনুঙদা অঙাং ময়াম ব্রা ব্রা লাঙবদু কোয়য়েং য়েংনা ওফিস কা তম্না চঙলকই । ওজাশিং ব্রারী শাদুনা নোক্লি । ওজাহলনা চঙলকপদা তুমিন তুমিন লৈনৈ । ওজাহলনা হংলকই,

- ওজাশিং ক্লাসকা অমত্ত চঙনদ্রজাংলা ?

- এঃআইঃ চৎখিবদা ঙায়রি ওজা !

- লাকঅস্ত্রা ?

- হোই ওজা !

নোবিম্না খুমই । এঃ আইঃনা শিন্নরম্বা চেদু পী । হায়রকই,

- চেসি ওজাগীনিনেনা শিন্নরম্বনি ।

ফাক্তোকুনা পাই, শোল্লকই,

- অস ! গেজন ঙকয়াসিদা । □

# কনানা হায়জিল্লকইনো

অশংবা, অঙাংবা, হিগোক, মচু কয়াগী কুফেৎ কাফেৎ ঙাল্লিবা বম্বশিংনা অমম্বা অহিংদা মফম তাক্লিবা "রেষ্টুরারা ইন্টঅনন্নেল" তম্না কার অদু য়াঙনা থৌরি । ঐনা য়াম্না উননিঙবীদু শোয়দনা উনরনি খম্বদা ইতোমতা মোমোন তৌজরিবনি । মফম চানা পার্ক অদুদা গাড়ীদু থান্নে । কুমথরগা পুক্লিঙসি তয়াং তশোই রেষ্টুরারদু তম্না চঙশিল্লি । পাক চাউরবা হোলদুদা শাবী শানৌ কয়াসু চিকথনবা য়াও, হরাও তয়াম্না নোক-খেবা য়াও ফম্মরি । লাক্লিবা ময়ামদুগী পেন্নবা হোংনজবদা মমীৎ-মনা কুপ্পা শংদে থৌগল্লোয়শিং । মদুনা শেন্দাল লম্বীনি মথোয়গীদি । অহাঙবা য়েংদুনা তেবল অমগী নাক্তা ফমথরে ইদোম । হৈনজবীনি ঐগীদি কোল্ড বীয়ার; হংই । পুথোক্লকই । হৈদুনা থক্লকপগী গ্লাস তংখায় চনফাৎত্রি । নাকন্দগী নুপীগী খোঞ্জেলনা কৌরকই,

- হাই রঞ্জন !

খংয়েং য়েংথোক্লবদা ঐনা য়ানা ঙাইজরিবীদু ওইরম্বদা হরাওনা খুমই ঐনসু,

- হাই সোমা ! হাই অঞ্জলী !

খূৎ তিংথোক্লদুনা শোক্লে মথং মথং । য়াম্না হরাওনা সোমাজীনা হায়রকই,

- হ্বাট অ গুদ চান্স !

মখূৎ অনীদু চেজেৎ পায়শিন্নরগা মখা তারকই,

-ভেরী ভেরী লকী তুদে ।

ঐগী ইজিংতা মথোয় অনী হরাও হরাও ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা তেবল য়াংমদা লৈরিবা চৌকিদা ফমথে । য়াম্না য়ারুবগী মওং তৌনা সোমাজীনা শমথরকই,

- ও - হ ! দিয়ার রঞ্জন ! হ্বই আজ ভেরী তাইজ তুদে বিকজ ওফ অ লোং জঅনি ।

ঐনা নোক্তুনা অঞ্জলীদা য়েংলুই । মানদি মাগী মরুপ্তুনা হায়রিবদু ঐনা থাজদবা মাল্লবজাৎনি । মুন্না ঐঙোন্দা য়েংলগা মমীৎ-মনা তথক তথক পাউমেল্লকই,

- ইতস রিয়েল, রঞ্জন !

ঐনা মোমোন তৌনা বীয়ার লিক্লিদু মখোয়রোমদা ঈনশিন ঈনশিন্না হংই,

- হোয়াঅ হেভ ইয়ু বিন তুদে ? প্লিজ হেভ ইত।

মমাঙদা থল্লরিবা গ্লাস অদুদা হৈনা হৈনা সোমালীনা ব্রাঠী হৌরকই,

- বুই হেভ বিন তু ভিজিৎ মাই ফাদঅ । বিকজ আই ফিল দ্যাত হিজ গোইং তু বি সমথিং ব্রিক ।

- ইজ দ্যাত সো ?

- নো । হিজ বেতঅ দেন আই থিঙ্ক বিফোঅ ।

- দো আই এম তাইঅ ব্রিথ ড জঅনি ।

মমীৎ মনা তথক তথক, মখূৎ মশাকদু মরেঙ মরেঙ চৎলদনা অঞ্জলীনা পাউদম্লকই,

- আই এম ভেরী হেপ্পী তু সি ড লিতল ব্রাতঅফোলস এন্দ ড লিতল ব্রার্দস ওফ ভেরিঅস কলঅজ । নেভঅ বিফোঅ আই'ভ ভিজিতেদ সচ অ নেচঅল বিউতি ওফ অব্রজ । তুগেদঅ লেতস হেভ এ ফাইন্দ জঅনি অফতঅ সমদে রঞ্জন !

- ওফ কোঅস ।

মানা মথব্রায় তানা হায়রকপদুদা ঙাইহাক ঐ তুমিন ব্রাখল অমা থল্লুরে । মমীৎ মনা ক্রোক ক্রোক ওৎলদুনা মানা হংলকই,

- হ্বাট হেপন রঞ্জন ?

- নথিং ।

তনৌ তনৌরবী মখূৎমশাদুনা ঐগী চীব্বান্দা তক নম্লম্লগা মচীব্বান্দা চুপ্পী । শোল্হাংননা নাকোং ময়াদা সোমালীনা হায়রকই,

- লেতস মিত এত মাই রুম তুনাইট । আই এম লোংগিং ফোঅ এন্দ ভেরী ফোন্দ ওফ য়োঅ ফোল্ক তেলস ওফ কমিদিজ । ও কে ?

ঐনা হেক নিঙজরিবদুমক মাগী অপাম্বা ওইরম্বদুদা ঐনা নোক্তুনা ওক নোম্মী । মখোয় অনী তেবলদু থাদোক্লবা শেম শানা শানা অঞ্জলীনা হায়,

- কেন আই সর্ভ ইয়ু এনিথিং এলস ?
- নথিং, নো থেঙ্কস প্লিজ ।

নুমিৎতুগী হোলদুদা ফন্নিবা পুম্নমকপু মীৎ পেলহনগদৌরিবী অনীদু নৌরবা খূৎশাশিংদু খৎ, হম্না হম্না য়েংদুনা চঙগ্রে ।

অয়ুক নুংথিল মথৌদা পুক্লিঙ চঙনরুবা, ঙাইহাক অৱা পোথাবা লাক্লুবা অমদি মফমদুগী খুদোংচাবা লৌনদুনা নত্তবা থবক্কী অরোন অথুপ ৱারী শানবা মখল মথেলগী কৈথেলগুম্বনি হোলদু । ইঙ-তপ্লবা ম্যুজিক্কী খোঞ্জেলনা পুম্নমক্কী পুক্লিঙ শুমহৎলি। স্ক্রীন অদু তপ্না হাইদোক্লকই । পাক চাউরবা ষ্টেজগী ময়ায়দা নিঙথিনা ফিজেৎ লৈতেংদুনা লেপ্লিবীদুনা মোমোম্নমা চিঙ-লেম্না মাইক্রফোন পায়দুনা লাউথোরকই,

- মৈঁ সংগীতা, আপ সবকে স্বাগৎ । আজকে লিয়ে আপকে সেবামে উপস্থিত হোংগী সোমালী ঔর অঞ্জলী ।

ময়ামদু খুবাক প্রোক প্রোক খুনৈ । মথা তারকই,

- জলদসে জলদহি আপকে আংখোংকে সামনে হমারে ইসি ষ্টেজপর দোনোং হাজির হো রহী হৈঁ ।প্লিজ তেক এ রেস্ত এন্দ ইনজোই ফোঅ অ লোং এন্দ বেতঅ লাইফ । থেঙ্ক ইউ ।

হকচাংগী মরুওইবা কয়াৎশিং কুপ্না থুংবোই থুংদবোই শেৎলিবা ফিজোলদুগী মথক্ত হকচাং ফাওনা উরবা পারবা, ভৌরুনবা ফিনা লৈতেং ওইরবা শকহেল্লবী অনীদু ম্যুজিক্কী অহৌবা খোঞ্জেলগা ইরোইনা পুম্নমক্না মীৎয়েং থম্নরিবা ষ্টেজ অদুদা মথং মথং কুমথরকই, নিঙথিনা য়েক- খোৎলবা মায়থোং ৱাং চাউনা ফল্লবা থবাক, মীৎফম হোংনিঙদ্রবা নিঙ অমদি অমনা অমগী হেল্লি হায়ঙমদ্রবী অনীদু পুক্লিঙ পেম্না য়েংনৈ । খুবাক খুনৈ । ঈথক ঈপোম হৌরবা শাথেক্ক লোয়ননা চেম্না চোংনা জগোয় শারি । তারিবা পুক্লিঙ হূরবা ঈশৈদুমক তঙাং তঙাংলবা চীম্বান অনীদুদগী থোক্লকপগুম তানরি । মরক্ত যন্ত্র কয়ানা পীরকপা তাস্থাদা নৌরবা হকচাংশিংদুনা থক খা তুনা নোমদুনা শারকপা জগোয়না পুক্লিঙ তুজুংবা ফাওনা ঈথক ঈরাংহল্লি । খঞ্জল্লিবনি ঐনদি সোরারেনগী জগোয় শাবী হায়দুবু অনীসিমুক নিঙথিরমগদ্রা । অদুবু ঐগী ওইনদি ঙাইবদা ৱাজরবনি । মীৎসিনা উনিঙলিবদি মানা ইনাক্ত হিপ্তুনা ঐগী ৱারীদা মপুক্লিঙ পেম্না নোকচবদুনি ।

পাক চাউরবা ক্লীন্দুনা ষ্টেজদবু মীৎয়েংদগী তপ্না তপ্না লাপথোকহনখি। খঙহৌদনা, অহৌবা খোঞ্জেল অমনা নাকোং কায়গদৌগুম য়েন্নকই। ফূক হৌগৎতুনা খংউই উইশিন্নুবা মীৎসি পাঙথোকই। শংবান্নবা ঐগী কাংখল মনুঙদা, পাক্লবা মোম্পাক মথক্ত ফন্থগুম তৌই। থাজদদুনা মীৎসি তৈথোক্লুনা অমুক য়েংই। খেন্নবা কৈসু লৈতে। খল্লি,

- অস ! ওন্নোকপা মঙনিহে।

ইমুঙগী মীনা লাঙনরকপদগী খঙলে অহৌবা খোঞ্জেলদু থোঙ কাওখান্নরকপনি। মী চঙলকপে শউম তায়। করিনো খন্না মীৎনা শিংনা ফমুঙদগী কুমথগে তৌরিঙৈ তোর্চ কাপ কাপ্লুনা অন্নাংবা ফিজোল শেংপা নোংমৈ পায়বশিং চঙলকপদু অশংবা বন্থকী মেঙলবা মঙালদা উরে। অমনা নোংমৈ মতোন্না কাংখল খংহাই হাইদোক্লগা মায়দা তোর্চ কাপশিল্লকই। লূন্নবা খোঞ্জেলনা হংলকই,

- তুম হো রঞ্জন য়া নহীঁ ?

তন্দে -মান্দে ঐনা খুমই,

- হাঁ রঞ্জন হুঁ মৈঁ।

- তো উথ উথ। জলদীসে উথ।

য়াখলসি চফক্লে। তৌফম খঙদনা কুমথৈ। চুবাদা নোংমৈ মতোন্না নন্নগা অমুকসু হংলকই,

- কহাঁ হৈ হাথিয়ার ? বতাও।

- কৈসা হাথিয়ার ?

মানা পায়রিবা নোংমৈদু নোন্নগা মখা তারকই,

- জৈসা। জৈসা হাথিয়ার। ইনফোর্মরনে হমে সব কুছ বতায়া হৈ। ছচ বতাও। নহীঁতো তুজে কুছ অচ্ছা নহীঁ হোগা।

হায়ফম তৌফম খঙলক্তে। তনিক তনিক্লকই থম্মোয়সি খোয়রাং খোয়শাউননা হায়দোকখি,

- ঐসা হথিয়ার-উথিয়ার হমারে বিলকুল নহীঁ হৈ । বিশ্বাস ন করে তো মুজে , তলাশি লে লো অপনা মর্জীসে ।

মরৌলৈনা মানা খুম্নকই,

- হাঁ হাঁ থীক সমজ লেগা ।

মানা য়াথং পী,

- তলাশ করো ।

চঙলক্লিবা ময়ামদুনা মোম্পাক হাইগৎলি, কনানা উপু হাংদোকই । লময়ায়দুদা ফিরোল, ভি ডি ও কেমেরা, কনাই মমল নাইদবনি খন্না থমজরিবা পোৎ-চৈ পুম্নমক পুমচাই চাইখায়রকই । উরগা, মীৎসি ঈরা চেল্লকই । থম্মোয় পুবা ঙম্নক্তে । ইরমদমসিদা ফিলম কয়া পুথোক্লবা হোৎনজবা নত্তনা লমফৈ অমগী য়াখল লৈজদ্রবা ঐহাকপু শাথীরবা মরাল পীশিন্নবা হোৎনবীরিবা ঐদি য়াম্না ঙক্লা থোকই । মসি থোকহন্নবা কনানা অতম্না হায়জিল্লকইনো খঙদে । মাগী তোংজবনা করি ?

ফনা কুইনা থি-হুম্রে । মানা সিফাই অমদা হংই,

- কুছ মিলা ?

- হ হ কুছ নহীঁ ।

- অচ্ছা । ইস্কো বহার লে চলো ।

মখোয় অনীনা চপ্তুনা ঐবু মপান্দা পুথোরকই, অসিগুম্বা থৌদোক্সি থোকমল্লদুনা লৈকায়গী ইমা ইবেলশিং নোংশা কৈগী নাকোংগুম শিংনরে । লৈরক-কোনশাং অমদি য়েন্নখা-য়েনখুন মৈরা পরেংনরকপদু ঐনা মাঙ্গোলদগী উরে । সিফাইশিং কোয়য়েং য়েংনরগা মুরুম মুরুম ঙাঙনৈ । শুমাঙ হেক য়ৌবগা মানা হংলকই অমুকসু,

- জুথ মৎ বোল । সচ সচ বতাও । কহাঁ হৈ হাথিয়ার ?

হং হংদুনা ফূজিল্লকই । ঐনা খুম্বা মখোয় তাদে । ফূ- চৈবগী মখোল অমদি চৈনা খাঙবদা ঐনা লাউ থোংবা তারগা নুপীশিংনা " মী হাৎলে " লাউনবা তায় । ইমা অমসুং ইচলশিংনা কপ্তুনা 'অমুক্ত কনবীয়ো' লাউবদু তাবীদ্রে । লেপ্তে ফূজিল্লি । উরম তারম্বা পূম্বা তপ্না তপ্না মমি অদুম শামখ্রে । ❑

# ইশুগী মরান্দি নত্তে

শুক্লবা লোকুশুনি । মীয়ায় চল্লক্লবা অহল অদু থবক শূরিবশিংদুগা তান্না-তিক্লদুনা চাইনা তারিবা উ বিমশিংদু গাড়ীদা হাপ্পদা খুদোংচাগদবা মফম অদুদা পূনশিন্নবা হোৎনরি । মানা হায়রকই ,

- অশাংশা ! পীক্কে পীকউ, চাউগে চাউ, উ হায়বসিমক্তবু ইংরাজীনা হেক লাউ - খোংদ্রিমখৈ চৎলোইদৌনি । সে ! সে ! ঈনশিকো ঐ লাউরক্কে । ৱান তু-থ্রি ।

নোক্তুনা মখা তারকই,

- তো ! য়েংউ ! চেম্মু চেল্লিসিনি ।

ময়ামদুসু লাউরকই,

- সে ! সে ! ৱান - তু - থ্রি ।

লাউই, ঈপ্পি উয়ামদু । ইশুজরবসু লোকনুশুদুদা শূরিবশিংদুদি ফি খোংনদে । মশা পূম্বা হমাং চোৎনৈ। খশুনৈ মী অমনা মরিন হেক থুপ্পবদা খুদোংথীনিংশাইনি শাইহাকসু কনানা চুরুট, কনানা বিড়ি থক্তুনা হমাং হন্দোক্লে । চিক চিক লাউনা ইশুলবা ঈশিংদু মপূক পেন্না খুজোক খুজোক থক্লবসু য়াওই । নহা অমনা নোক্ল নোক্লা হায়রকই,

- ঐখোয়না ঈম্বদি উশিংসি ইচৎ চৎলু য়াদে । পাবুঙ হেক য়াওরবদি কিব্র কৈনো শাংনা শাংনা চেল্লিনেসে ।

- অদুনিনে ইবো । খশুজিনগদবদি নখোয়না থবক শূবনি, ঐনা থবক্সি মতৌ করম্না কোম্না শূগদগে খন্না লৌশিং থিবদুনি । শূবদি অরায়বনি লুরিবদি মতৌ করম্না থবক্তু লায়না শূগদগে হায়বসিনি ।

নুমিৎ তারক্কদৌরে । নোংচুপ চিঙদোল্লা লুমখিদুনা মশক্তি উদ্রে, অল্পাবা চিঙমায়দা তারিবা মশেক্ত মঙায়রে । মহৈ মহৈ লাউনরকই,

- ইশা ইশাগী খূৎশু খূৎলায় পায়নরসে । মমশিন্নক্লনি । কুমথনবা তৌরসি ।

খোলা তম্মা মরী মরী কুমথনরকই । চেং-চাক লৌবা চৎলুবা নহা অমা অহলদুগী মনাক্ত চৎলি । মানা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনা তপ্না হায়রকই,

- পাবুঙ ! নমৌ নুপী রিতাদো মচানুপা অমা পোকহৌরে ।

- হাই ! তানিঙদে । ওইদ - পাদবা ঙাঙগনু চাউবা। অরেম্বদা ফূরক্তুনা তোক্কনি ।

- অশেংবনি পাবুঙ ! ঐনা হায়বা থাজবীদ্রসু, হন্দক পাবুঙনা য়ুম থোকখিবদা অদুম খঙদৌ লৈরে ।

নহাদুনা তশেং তশেংবা ওইনা হায়রকপদুদা খল্লি,

- করিনোনে মানা হায়রিসিবু ? ঐবু য়ুমদগী লাকপসু পংকুই কুইদ্রি । মমা অমা ওইবা য়াবগী ফিবমসু তাখি উখিবা লৈতে । কমদৌরিজাৎনো ?

- মমপ্রনি পাবুঙ ! খর কল্লা চৎসি । পাবুঙনা চানিঙই হায়বা মনা মশিং য়াম্মা পুরকপনি ।

ঙাঙনা ঙাঙনা মানা মাঙ থাগৎতুনা চৎলি । চহী কয়া চুপ্পা মমীৎতা মচা উবা ফংলক্রবী মমৌনা মচানুপা অমা ফংজরে তাবদা নুংঙাইবা ফাওজে । ময়ুম পাল্লবী নুপী অমদা মচানুপা হায়বসিদি চাংদম্মনিঙায় লৈত্রবা লন্নি । অদুবু অমরোমদা চিংনবা ব্রাখল অমনা নুংঙাইজবদো মপূংদি ইফা ফাহন্দ্রি ।

খরনা চাক থোঙ্গৎলকই । খরনা নাকন অমদা মৈ থাগৎলকই । কনানা ঈশিং লুমখৎতুনা মখোঙ মখূৎ হাম্নরকই । থারিবা মৈজাউদু ইকোয় কোয়না ফমদুনা নিংথমগী অইঙবদৈ ঙাকথোক্লদুনা চাকঙাই ব্রারী শানরি । নহা অমনা হায়রকই,

- পাবুঙ ! মসিগী উকোল্সি তম্পাক্ত থাংদোকঅগা খিল্পা য়ারদি ঈনাক খুন্নিবো ।

চাক থোংলিবা অমনা খুন্নকই,

- ফৈজা শাগৎলু, থোঙৎপিরক্নে ।

ময়ামদু হ্না নোকই ।

- ইচাশা ! অহল -লমম্না হায়নবা লৈ । উনা উনা মাঙই হায়দুনা উমঙ কৌই । হৌরিবা উপাললশিংসি তম্পাক হেক য়ৌবগা সনা ওনগনি । হ্রাখলসিদা মীহৌচাউবা কনানা পংয়ান্দা য়াম্থৎলি । নোংজু-নুংশা, পুথোক্লবা গাড়ী অমদি লম্বী থোংনা মরম ওইদুনা পুথোকপা ঙমহৌদদুনা উনা উনা, খঙনা খঙনা অরেম্বদা পৎ পুমদুনা অদুম মাঙই । ঐখোয়না মুন্না খঙফম থোকই, উমঙ হ্রামঙ হায়বসি থব্রায় পাম্বশিংগী থব্রায়নি । উপাল-হ্রাপাল অমসুং নাপী-শিঙবী হৌদবা লম্বু লৈকঙলা কৌনৈ । মফমদুদা থব্রায় পানবা লৈবদি লায়রদনা চখোক-চৎশিন তৌবা ফাওবা য়াম্না হ্রানা থোকই । কান্নদবদা, মীহৌদুনা উপাল অমা য়াম্থৎপা হায়বসি উচি কল্লক্লুনা ময়ুম মৈ থাদোকপগুম্বনি । ঐখোয়না মমল পীদুনা লৈজরবা উকোম্নী হায়দুনসু মথৌ তাদবদা উপাল অমত্ত খক য়াম্থৎলোইদবনি । মদুগী অফ ফত্তগী মহয় ঐখোয়না অদুম ফংজগদবনি ।

- অস ! ফাইরেল থা য়ৌরকঅদি ঐদি থবক শূবকা চঙলোইদৌনি ।

নহা অমনা শোল্লকই । অহলদু ঙক্লা হংলকই ,

- করিগীনো অদুদি ?

মমায় মমীৎ তানা তানা অমনা খুন্নকই,

- পাবুঙ ! মাদি ফাইরেল থারাইচ্লবনি । লৈচিল-নোংফাই খিত্তং হেক উবগা চিঙদোন্দা চেনখৎখিদৌরিবনি ।

- আ ! আ ! করিগীনো নঙনা চিঙদোন্দা চেনখৎলিদি ?

- নুমিৎকী মৈশা ফংফাৎত্রিঙৈ অয়ুক্তুদা লশিং মফোনগুম ঙৌরুনবা লৈচিন্না ঈয়ৈ তুরেলগী থোঙনুংদা য়াঙনা পাইরকপগী খুফজসিদি পাবুঙ ! করিগা চাংদম্নরুনি । হাইদোরকপা লৈচিলগী মপেনা মরু কোক্লবা উপালশিং পূময়োৎ পূময়োৎ য়োংখিবগুম মরেপ থুম্না পাইরকপা ; বা ! ঐনা লৈচিল মথক্তা খোঙনেৎনা খঞ্জে সোরারেনগী লৈবাক্লুম ।

- উম ! চুম্মি ।

অহলদুনা শৌগৎতুনা হায়রকই,

- খূৎশেমগী ফজবনা চুম্নতগী মীৎকী কূম্মেনি । অদুগা মহৌশাগী ফজবনা পুক্লিঙ হূনা, থম্মোয় তুজুংনা ফজবনি । খূৎশেমগী ফজবা, মহৌশাগী ফজবদা তাংজদুনা হিংই । ফরে অদু ইচাশা ! চাক-ঈশিংদু লোইশিন্নবা তৌরসি । খর ঙম্না পোথাসি । থবক্সি খর য়াঙশিন্নবা হোৎনসি । ঐদি সিদা কুইনা লৈথোকপা য়াদে । পৈশিল্লিবা ময়ামসে মাঙহন্দনবা হোৎনসি ।

নুমিৎ খুদিং লোয়নদুনা লৈমিন্নবনিনা নহাদুনা লোম্না লোম্না শারকপা ব্রারীদগী খঙলে; মীনুংশি খঙদবা খঙদবী অনীগী অপাম-মীহৌ ইরাঙদা, ফাঙমহৌদবা পুক্লিংগী ইথিন্দা হক্তিন্নরুবগী মহয়নি নব্রাদু । মশাগী মরাল মীনমজদুনা মীরক তিন্বা য়ানবগীদমক পোকপদা ঙায়রিবা অঙাংদুবু হুন্দোকপিরম্বনি । মসিমসু খঙলে, মচা মমৌ অনীগী লূনা তিন্নজবা অমগী মতেংদগী মখোয়না অঙাংদুগী মমা মপাগী থৌদাং পামজনা য়ারুবনি ।

মানা মপুঙ মরৈ ফারক্লবা মতমদা মথম্মোয় শোক্না শিঙনরক্লদবা অমদি খুন্নাই অসিদা য়েংলক্লদবা মীৎয়েং, খল্লুরগা অহলদুনদি ইপাম্মক পামজদবনি মচা মমৌনা তৌরিবদু । অদুম ওইনমক, নীঙবা কায়জরবী মমৌগী হেন্না শাথীনা থম্মোয় শোকপা ওইনা থোক্লদ্র খল্লুরুরগা মাগী অপাম পামদা অমত্ত ফোঙদোক্লিঙদ্রে । খঞ্জরে,

- হোইদা ! মরাইবক্ত করি তন্নম্বা, কনানা খঙপোৎনো ! থোকঅবা অমা মরায়না লৈরম্মনি ।

কুচু-কুমেন্দি হেল্লি অঙাংদু । অদুবু ইশুম-শুম্বশুম উবদুদা অহলদুগী পুক্লিঙ লৈতাদে । মমাগী খোম থকপা ফংজদ্রবা, মখূৎ চুপ্তুনা নিংঙায়দনা তূন্নিবা অঙাংদুগী খল্লুরগা মমিত্ত ঈরা হৌনা মখা চিকই । নিংঙমদনা হায়রকই,

- হাই ! হাই ! অঙাংশা ! দাক্তরগা নিঙথিনা তানরগা করিনো মচি ওইগদবা হিদাক-লাংথক খর শঙ্গোমদা য়াম্বরা খোৎপরা পীথক্লবা তৌনহৈ ।

- হোই ! হয়েং দাক্তরদা য়েংলুরগে ।

চৈরক ঙাঙলক্লনি কিজদুনা ইপান থানবা ফাওবা হায়জবা ঙমজদ্রবী মমৌদু মপুক্লিঙ খিত্তং লূম্না খুমজরকই ।

খঙহৌদে । নুমিৎনা অমুক থোকপা তাবা ঙাইরিঙৈ মমীৎ-মনা উরক্লে । লৈমিন্নরবদি হূই হৌদোংদসু নুংশি হায়নৈ । অশেংবসুনি । মপুগী তম্পাক্ত নোকখেনা শান্নজরিবা মশুদু নুংশিনা নোক্তুনা লক্লজে । মথবাক্ত চুপ্তুনা চুপ -চুপ থকই । উরগা অঙাংশিংনা খুদোম্বী থিন্দুনা নোকই । ফিংবা য়াদবা ইপা পাখৎকনবা অমদি ইরোয় লোয়নবগুম তৌই অঙাংদু । মদুনবু হেন্না লুনা অমসুং চেকশিন্না তৌনবগী মরম অমদুম ওইনরে । ইমুঙগী মীশিংনা য়াম্না নুংঙাইজদ্রিবনা মাগী তোয়না নাগম্বা অদুগা হৌমিন্নবশিংনা ষন শাদুনা চৎনরফাওবা উপচবা ফাওবা ঙমদবদুনি। ময়াম্নদি হায়নৈ,

- মমাগী খোম থক্তদুনা খর শোন্দম নাদম্বনিদা । মাসু মানা থোকপা অদুম তৌজরক্কনিদা ।

অয়ুক নুমিদাংব্রাই মশুদু পো পমদুনা অব্রা পোখাজৈ। ষন শাদুনা চৎলক্লবা মতমদুদদি হেন্না লূম্বগুম তৌরক্লে; খঞ্জে ,

- মসিনিনে ! মীওইবগী মরী-মতা হায়বদো, নুংশিবা নঙনা পুনবিবা ।

অচৎ-অওক, খঙন-চান্নবা কনানা হংই,

- নুংশিব্রা নশুদুবো ?

- খঙদেদা, নুংশিরিবা হায়দুরা নুংশিদ্রিব্রা । মতম কুইনা সিগুম্বসি উরক্তুগা খংউ উরকপসিদা পূক্লিঙসি ইনৌ নৌবগুম তৌরকইবনি ।

কনা অমনা হায়রম্মি,

- ইচানা চাবমখৈ চারগা লেমহৌবদুনা ইশুনা অমুক শুমদোক্কদৌরিবনি । হৌনশানি মীওইপোক্কী । মসিগুম্বা ময়ামসিনা পূনশিল্লগা শি হায়দুনা "পুন্সি" কৌনরম্মিবনি ।

ব্রাফমসু খঙদে অদুগা নুংঙায়ফমসু । ঙাইরিঙৈ চৎথি মতমদি তাক্লমদ । হৌখি নুমিৎ থা মথং মথং খঙহৌদে । নুমিদাংব্রাই ব্রামৈ চাকপিনি পুন্সিসিসু । খঙহৌ উহৌদবা, থৌশাহৌদবা কয়া পুন্সি চেংজেন লোইরমদাইদা খঙলক উরকপগী মহয় ওইনা শ্বর হোম্বা শংদবমখৈ মীৎ উইশিন্দুনা লান্নিবনি । তঙাইফদবৈ তঙাইফদবা ঙাক ঙায়রম্বদুদা নিংদোল চেংগুম- চেংগাননা পুন্সি ঈপাক ঈয়াইদা লেপ্তুনা মীৎলু পিরাং ঈহৌনা নিংঙমদনা হৌখিবা পুন্সিবু

নিঙশিংলি । অব্রাবা অমগী মথক্তা অমনা ননশিল্লকপা, অব্রাবৈ লৈরোন ময়ামগী নিঙশিংবদু মঙায়রে মীওইবগী পুন্সিদা নুংঙাইবা । পোকচবা মচা ফাওবা শেন্থী শাবীবা ঙমদ্রিঙে, মশুগী মঙ মঙবা হৌরক্লে ।

মমা মচা নোক-খেনা লাক্ল-ফানবদু উরগা মোমোন নোকচৈ অহলদু । অচাপোৎ পেকেৎতু ফুরিৎখাউদৈ লৌথোক্লুনা খিঙলগা মশু কৌই,

- ইমোমচা ! সে ! সে ! হাউবী, লাকও লৌররোসে ।

কাফে কাফে চঙশিল্লকই অঙাংদু । লৈশাবী ময়াম ইরাঙ লাঙনা চঙলকই । অমনা কৌবকই,

- ইমোমচা ! লাউহে, নেনেগা কোয়রুসি লাকও ।

- লৈশাবীশা ! ইশুসি ঙসিগী পমদ্রি ঐ । হল্লকপদ ঙায়রি ।

- হো ! হনুবা চাথোকওইএ নশুসে । অখোয় হিংচাবী নত্তে এ ।

মখোয মযাম ব্রা নোকই । অঙাংদু পমখৎলি । লৈশাবীদুনা হায়রকই,

- নোই নশুসে শিং নাম্বসিদা সুম নুংশিদুনা তৌবৈ ব্রানি । কো ! মোচা । মুন্না মুন্না পমদুনা পুখি । মপুদু য়েংদুনা লৈহৌরে ।

চহী অহুম ফজিল্লক্লবা, মরোন মরি শুবোই শুদবোই ঙাঙদুনা কোয়চেন চেন্দুনা শানজম্বা অঙাংদু হৈনিঙ শিংনিঙদবা নোংম নোংমগী ইতুক তুকথরকপগুম তৌরকপদুদা অহলদু মথব্রায় নুংঙাইতে । মমৌ কৌদুনা হায়,

- হাই রিতা ! করিনোনহে অঙাংসিবু মশাসি ইহে হৈনিঙদবগুম তৌইনে । দাক্তরদা পুদুনা অমুক্ত য়েংবীরুচোনে ।

- হোই ! হয়েং মোই বাবাগা দাক্তর চৎনবাইনা তান্নরিবা ।

- হো হোই । সে সে ! লুপা চামঙাসি পুরো খর ফজনা য়েংথোকপীরকউকো । দাক্তরদা কয়ারক য়েংলুরে । অদুবু হেন্না শোকচিল্লকপা নত্তনা ফগৎলকপগী ফিবম উরক্লবা মচাবু য়েংদুনা ফন্নিবা মপুরোইবদা রিতানা হায়ঞ্জে,

- মোই বাবা ! করমহায়না তৌদোইনো খঙদ্রে । পাবুঙ খঙহন্দনা সনাকা কায়থোক্লুনা ফনা কম্না হোৎনরসিফাও করিমত কান্নদবদৌনা তৌরিসিবু ঐদি তৌফম অমা খঙদ্রে ।

- হোৎনদুনা য়েংবা য়াবা য়েংবাইদুনি । ঐখোয়গী লাইবক্লরা খঙদে তৌরিসি

হিদাক লাংথক্কতু শীজ পীথক্তুনা হোৎনরম্মু । ঐ অসুব্রায় ফাওদা চথোকউগে ।

চেন চোংদুনা শান্নজবগী মহৎতা হিপ্তুনা লৈবনা হেন্না নুংঙাইজবগুম তৌরবা, থব্রায়নি খন্না নাউকোঞ্জরিবা মচাদুবু নিংঙমদনা য়েং, শিৎ শিৎ নানবী । মীৎলু পিরাং চোন্না থম্মোয় শোক্লা হংজে,

- ইমাই ইবুংঙো থোইথোইবা নঙবু করি তৌরগে ?

মখজায়দা চুপচৈ । মথম্মোয় নিক্লা পাউমৈঞ্জে,

- নত্তৌসি উরগা ইমাবু পোথাফম খঙলক্ত্রে । থব্রায়সে মপান থোক্কদৌরে । ইচানা নোক - খেদুনা কোয়না চেন্বদো কুইরেদা ইমানা উখিদবা । থুনা ফরোকো । নঙ নত্তনা ইমাবু কনানা কোম্বীনি হা ? কনানা কোম্বীগদগে ?

অয়ুক অঙম্বদুদা মমীৎ ফাওবা নীংথি নুংঙায়না পাঙজদ্রবা মশুদু মতম্বাক্ত পম খঞ্জে,

- করিনো হৌজিক তৌদৌসি ! ফরে অদুমঙায়রে, ফৎত্রে অদুমঙাইরে; ঐনা চিংনরিবসিদদি কোক্লবা তৌরগে । কনা খঙহন্দনা হোস্পিতালদা পুদুনা চৎলগে । দাক্তরনা পীরক্লিবা ঈগী রিজল্ট অদু হেক উবদা কোকচাওবী কায় । খল্লি,

- ইস ! পীকখ্রবা অঙাংসিদা ঐইচ, আই, ভি, পোজিতিভ !

-দাক্তরগী পাউতাক্তগী মসিমসু খঙলে অঙাং অদু থা অহুম ফানা হিংবগী থাজবা লৈত্রে । অঙাওবগুম মুরুম মুরুম শোল্লি ,

- তাইবঙ মীরোল খঙজদ্রিবা ইশুসিবু পোকপিরকপা, মমা মপানা তম্বিরকপা ঈগী খুদোলনা মীৎয়েংগী ব্রাঙমদা পুবীখিদৌরবকো । মরালদি ইশুগী নত্তে । অদুবু কনাগীনো মরালসিবো ? তাইবঙপানবগী মপু মঙোন্দা করি মরাল লঙজখিদুনা মরাইবক থীরবী ইমৌসিদা অশুক শাথীবা থম্মোয়গী চৈনাসি পীবীগদৌরিবা । ইচীনসিনা করম্না তমলুনি ? ব্রারীসিনা থৌদোক্লিনা মরাল লৈজদ্রবা মরাইবক থীরবা নব্রা কয়াগী চঙজফম কক্কদৌরি । অমরোমদনা নিঙবা কায়রবী নাউয়োকচবী কয়াগী থম্মোয়গী লায়না ওইহনগদৌরি । ❑

# করিনোনে মিংদাদুবো

অনোয়বা অকঙবা নুপা নুপী, শান্নরোয়শিং কয়া চৎনৈ চেম্নৈ, অয়ুক অঙম্বদা। য়ুরাই চুরবা পুম্সিবু মীরায়থোক্লুরবা কয়াসু থাজদনা অচৌ অশাং ফম থিন্দোক্লকপদগী মরেক মহাও খর থোক্লকপদুদা পেন্সন মতম নক্সিল্লকপগা পুম্সি নুংশাংনবা অয়ুক্কী অইঙবা নুংশিৎলক্ত শাজেন ওইনা চৎনরি। রিক্সো থৌবা কয়াসু শেন্দাল-শাজেন ওইনা য়াঙনা য়াঙনা পার্কিং তম্না অরাপ্পদা চৎথিগদবা পেসেঞ্জরশিং পুদুনা থৌনরি। অসুম্না শেন্লিবা সহরগী নাচোমলক্তুদা লৈচল অমা ওইনা ঐসু লৈত লাইরনা মৈবা চিংলিবা কোক্সি খরদং ইঙহম্বা ঙম্ব্রা য়েংগে খন, অয়ুক খুদিং অইঙবা নুংশিৎ য়ৈহম্নবা য়াওরিবনি। পুম্সিগী হকচাংগীদমক্তি থোইনবু খল্লুদরে, মঙলানগুম শাংলবা চহী কয়া অৱা নুংঙাই খঙদনা লেম্থোক্লুরবা পুম্সিসিনা মীকপ থংথোক থোক্লকপদা মং খূৎনা লাম্বা ফংলবগুম্না লৈরম্বসিদদি। হোল্লিবা শোরসিনা হেক লেপখিবদা পুম্সিসিসু অদুম লোইরনি। মসিদং লেপত্রিঙৈসিদা করি তৌরমসিগে ইচাগী ইশুগী অমদি মীয়ামগী হায়বা ৱাখলগী শাজেলনি ঐনা চৎচরিবদু। মদুসু মহয়নি ঐনা তৌরকখিবা থবক্কী অদুগা মীরায়দুনা তৌহৌদবা কয়াগীসু। চৎনরিবদু মা মাগী তোঙান তোঙানবা ৱাখল্লোন্দা ওইরমগনি।

লাপ্তক্লা, অচৎ-অওকশিং ওমশিন্দুনা য়েংনরি কংলাপাক্তি নাকন্দুদা।

- কয়াবু মথোং চারমগবনো ? শিজখিসনু কৈকায়ো মালেম লূম্নবা। অসিগুম্বা ইচা পোক্তুনবু করিবু তৌদোইনো ?

কনা কনানা ঙাঙনা ঙাঙনা চৎনখি। খরনা নুংশিনা শোম্নদুনা য়েংনরি,

- নুংঙাইখিদ্রে। কমদৌরিজাৎনো ? নহা ওইরিপোৎনিনে।

লোয়না ঙাঙনরিবশিংদু ঙাইহাক্কীনি উরিঙে। কনাসু পুক্লিঙ চঙবদি ওইরমদৌ মান্দে। কৈদৌরবজাৎনো খন, ঐসু চঙশিন্দুনা য়েংলুই। নকশিল্লবদুদদি নিঙথিনা উরে, ঙাংনা লাংবা ফুরিৎ লিৎপা অমসুং ব্লাউথাংনরবা জিনগী খোঙগ্রাও শেৎপা, ঙৌনা তাইরবা মশা পাবা নহাদুনা লোংনা নিংঙাইদনা তাদুনা লৈরিবদু। য়াম্না নুংঙাইতনা চঙশিন্দুনা মাগী চপচাবা মায়থোংদু মুম্না য়েংই। পুক্লিঙদা থুকলাউবা নুংঙাইতবা ফাওরকপগা লোয়ননা নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা ঐনা উখিবশিং অদু খংনিঙ নিঙশিংলকই।

নুমিৎতু ঐনা তঙাইফদবা অমগীদমক উনদবা য়াদবা ইনাও অমা কোইথিথিবনি ইম্ফাল কৈথেল মনুঙদা। অয়ুক্কী পুঙ তরামাথোই খর হেল্লকপদা উচিন নাচিম্না উসা সিনেমা মমাঙদা থেংনরে। হেক উবদা শাউনিঙ ঐনা চৈ,

- হৈস ! মসি অঙাংসিদি, থবক অমা চৎসি হায়রগা নঙনা থোক-থাক তৌদুনা লৈরিদুবু কৈদৌরিনো ? কয়া কুইরে নঙবু থিরকইসে।

মুরবা কুচুদুদা ঙৌরোক ঙৌবাময়াদু ইহি হিগৎ, নোক্মি নোক্মি খুন্নকই,

- তাচৌ ! ঐ পৈশামত পায়দ্রে, থবক্কুবুদি চৎসি। ঐ কৈনোমত তৌখিগে।

কোয়য়েং য়েংলগা অমুক শমথরকই,

- হুম ! কান্নদে। রিক্সো অমা ফারগা থবক অমত্ত হান্না চৎলুখিসি।

- য়ারেনে কৈদৌগে নঙবো। পৈশাদু ঐঙোন্দা য়াওরিনে, চৎলসি লাকওনে। কান্নদবদা মতম মাঙহনগনু।

চরাংননা কোয়য়েং য়েংলগা লাউরকই,

- হৈ! রিক্সো ! অসুব্রাইফাওবদা চৎসি।

রিক্সোদুদা তোংখৎলগা মানা হায়রকই,

- লাকও তাচৌ। থেঙখিনবনি। কুইরোই ঙাইহাক্তনি।

মেন মান ইতা তাদনা ঐসু তোংখৎলে। কদায়দা চৎকদৌরিনো কৈদৌদৌরিনো ঐ করিমত খঙদে। মানা হায়,

- হৈ ! রিক্সো ! মিনুথোংলোমদা থৌ।

মিনুথোং য়ৌফাৎত্রিঙে, কৈথেল মচাদুগী মাপাদা খাল্লে। কুমথরে। মানা মাঙ থারগা চঙশিল্লি। লৈখোম-লৈনাং ইথোক-থোকপা লম্বীদুদা থারিবা নুঙপাকশিংদুদা কান কান্দুনা নেৎ। ফত্ত হৌদিগী মনম-মহা মরক্তুদা ঐনা চাউরাক্লা কোয়না য়েংথোক্লুই। অরাপ্পা চিঙদগী লাকপা হিংনবগী লল্লোন ইতিকচবা

মীওইশিংনা শান্দুনা লৈবা মাল্লি । পাকখল ওই করি ওই তৌই, মওং তাব য়ূম য়াওদে । কৈথেল নংনবা উপাক্লা পংয়ৈ য়েশিন্না ফক্লাংঙাক ওইনা উই । খর চঙশিল্লগা হোত্তেল মচা অমদা ঐখোয় চঙশিল্লি । পাখঙ মচা মরি চাউরপ তৌবা তেবলশিংদুগী ব্রাংমা ব্রাংমদা মখোয় অনী অনী মমায় ওনশিন ওনশিন ফন্নম্মি ।

ইনাওদু হেক উবদা মখোয়দু ফূক ফূক হৌগৎনৈ লাউনরকই,

- তামো ! লেঙশিল্লকউ ।

কোম্বু কোম্বা- ও, খূৎপু শোকপও হরাওনৈ; অমনা ঐঙোন্দা হায়রকই,

- অখোয় তামো অহলসু অমুক্তা লেঙশিন্নীয়ু ।

মখোয় অনী অমগা ঐখোয় অনীগা তেবল ব্রাংমা ব্রাংমা মায় ওনশিন্দুনা ফম্মিন্নরি । লাংবন থাগী য়াক্লপ তৌরিঙৈ নুশাগী মৈশাদুদা তগোম তগোম শেৎ-চারি । ঐগা মায় ওনশিন্নরিবা পাখঙদুনা হংলকই,

- তামোখোয় ! করি তৌসিগে ? অতিঙবা অশাবা অপাম্বা অদুম তৌবীয়ু ।

ইনাওদুনা থবাক্কী ফুরিৎ হাইদোক্কুনা শোর কাম্না কাম্না হায়,

- নুংশা য়াম্না শাইসে । ওমচাক্লে । কান্নদে তাচৌ অতিঙবা ওইনা তৌরসি ।

- অতিঙবা মক অনী পিরকউ, চানবা অতাওবরা করিনো খরগা ।

হায়খি পাখঙদুনা । থীন্দে । এনামেলগী মক অঙৌবা অচৌবদু নিক নিক লাউনা পূথোরকই । চানবা অতাওবকাসু মাঙদা শৎ শৎ থন্নে । ঐনা হংলুই,

- ইনাওশিংগীদি ?

- ঐখোয়গীদি য়ারে তামো !

পূথোক্লক্লিবা চান-থক্লবদুদা ঐ থোইদোক্লনা পুক্লিঙ থিংজিল্লুদে। মীৎসিনা উরিবশিংদুগী মরমদা ব্রাখল থন্না থন্না য়েংথোক্লুই । মায়োক্লনা লম্বীদুগী ব্রাংমদা লৈরিবা য়ূমশাংদুগী কাশিংদা লৈরিবা হোতেলশিং মথং মথং য়েংলুবনি । হেক মায়োক্লনা, কা অমগী লময়ায়দা মোরা থাদুনা তথোৎ তথোৎলিবী ঙৌনা শকহেল্লবী অনী, থবাক্কী ফুরিৎ মখূৎনা চিংথোক্লগা মখূৎ নাম্মনা হুম্নাই হুমদুনা ওলাং মৈশা খাঙলিবদু খংউ উরকই । খোইরুম মোমোন্ননা অমুক অমুক হূনা য়েংলকপদু ঐখোয়বু তরাম্না ওকনিঙবগুমহল্লি । ঙাকশেন কাঙবুগী মীওই খরসু অফবা খূৎলাই য়ান য়ান্দুনা মানা মানা নিঙদুনা লাকপা মফমদু তম্না অদুম চঙনখি, থৌব্রা ইশা শাদনা ।

- কায়দে তামো ! পুলিসে করিমত কায়ম্রে। ঐখোয় বাবা ওফিসার অচৌবদুনা শারিবা য়ূম অদুনা ঐবু পোথাহল্লা ওমদে অদুগা নুংঙাইহল্লসু ।

মায়োক্লনা ফম্মিন্নরিবা পাখঙদুনা চুরুট মচৈ অমা চন্নগা মৈখু শাংনা কামথোকপগা লোয়ননা হায়রকই । মাগী ওইদা ফল্লিবদুনা মরৌলৈনা নোক্লদুনা শমথরকই,

- মখোয়না চাউরে হায়না ফংজরিবা তলবতুনা কৈদৌনি ? মখোয়না ঐখোয়গী খরচ পীবা ওমপোন্তে । নোংমদা লুপা লিশিং অমদৈ তাবা য়াদে । কোন্নদবসু য়াওই । অ-হা হা ! ঐখোয়বু মখোয়গী মচা । মখোয়বু ঐখোয়গী ইপা ইমা । ব্রাব্রীগী ব্রানি তামো ।

ঐনা খল্লকই,

- মখোয়সি লৈত-লায়র ইমুঙগী মচা মশুদি মান্দে । অদুগা পুলিসিবু অসুম্না মীরায়থোক্লিবসি করিগীনো ?

খঙনিঙনা হংলুই,

- ইনাওশা ! অসিগুম্বা কাচিন কোয়াগী হোতেল অসিদা মতম লেন্দৌ শরুক মপান্দা লাইরিক লাইশু তমদুনা মালেমগী মীয়াম্না কমদৌনা হিংনরিবগে খঙদোক্লবা হোৎনবনা হেন্না নুংঙাইবা পুন্সি মহিং অমা ওইরোইদ্রনে ?

- মতম হেনগ্রে তামো ।

মায়োক্লরিবদুনা খুন্নকই । মখা তারকই,

- অঙাং ওইরিঙৈদগী ইমানা পীবিবা মতেংনা নুংঙাইজরকপা , মদুদৈ হৈনজরকপা নুংঙাইজবসে লাপথোক্লবা হৈনদৌ মান্দ্রে । ঙসিদি নুংশিরবী ইমাদুকাও য়েক্লবা ওইরক্লে ।

মখোয়না ঙাঙলি-শক্লিবশিংদু তারগা ব্রাখলসি লৈতাদে । পুক্লিঙসি লাঙতক্লরকই । অমুক খম্থরুই, অহল লমনশিংনা হোৎনবা ঙন্নক্লদুনা কাও থারবজাৎলা । য়েংবদা নহা অমা ওইবগী খীং খীং লাউবা, পাজরবসু চুঙ ফিরান চাবদি অমত্তা নৎত্রে । নাকন্দা তোঙান্না ফল্লিবা অদুদৈ অমনা লাউরপ্না হায়রকই,

- পায়শিন্নীয় তামো । অশাবরা করিনো অপাম অপান্বা । ঐখোয় নুমিদাংগী খরচ তান্না মতম য়ৌরকএ ।

ঐনা চৎকে খল্লব্বা থবক্তা পুমকাউ কাউদ্রে। কাদুগী কাচিন ওইনা মতেক অমা উপাক্লা খাজিব্বা পানদুকান অমসু লৈ। লম্বীরোমদা ওম্মোকপা মপানগী থোঙদুদি লোনহৌই, মনুঙগী খজিক্তং কাথোকপা থোঙদুগী থোঙবাদা য়েংথংবা থবাক্কী শরুক্তা ঙাথরগা ঙাঙনা লাংবা ফুরিৎ লিংপা পাখঙ অমা মোল্লুং শান্নবগুম মরক মরক্তা মখূৎ ওইনা চপ্লিবা চুরুট, অমুক অমুক চিংলগা ব্রা-লান অমত্তা ঙাঙদনা তুমিন লুকথদুনা বেঞ্চ নাকল অমদা ফম্লি। পুক্লিঙসিদা ইচিং চিংনবা অমা ফাওরকপগুম তৌরকপদুনা য়াম্না খঙনিঙবা পোকহল্লকই। দুকান্দুগী ফক্লাং নকশিল্লগা ঙারপ্না ঐহাক ফদ্রে। উপাক্লা য়ুংনা য়ুংনা খারিবা ফক্লাংদুগী লাউতক তৌবা তাইনফম অহোবদুদা য়েংশিল্লুই। উরকই কোম্না খ্বাংদা শিখদুনা শেংলিবা ফনেক অমদি পারবা, তৌরুনবা ইন্নফি নত্তনা মশাদা অতোপ্পা ফি থোংদনা তথোৎলিবী অমা থোঙ মনাক্তা খূ শুপকত্তুনা ফক্লাংদা ঙাথরগা ফম্লি। মপান্দা থোঙবাদা ঙাদুনা ফম্লিবা পাখঙ অদুগী খূৎশাশিংদুনা ইনখৎলক্লিবীদুগী হকচাংগী কয়াৎশিংদা মনিংতম্না শান্নজবদুদা মথোৎ কারকপগী ফাওরকপা পুক্লিঙগী ইথিল খাঙজবদা ব্রাজরবীদু লুখয়া ফক্লাংদা অমুক তক, মখূ অনীদা মরাইবক্লা অমুক তক ফম্লি, কনাসু নাচুংদনা। হেক উরুবদা থুক লাউনা তু চুংখিবা খঙহৌদে।

মথোৎ কারকপগী পুক্লিঙ ঈথিন লাকপদা করিসু নাচুংদনা হকচাংগী কয়াৎশিংনা ঈরাং হৌনা মনিঙ তন্নকপদা তমথীরবা লায়নাগী মহিক্লা য়াম্না লায়না ঈগী ঈচেন্দা তিনখিদুনা নৌরিবা পুন্সি কয়াসু খাঙত্থক্তা কেমহল্লিবনিকো খল্লুবদা লৈতাফম খঙলক্তে। ঐ য়াম্না থুনা মফমদু থাদোক্লিঙলকই। হেক য়েংলুবদা ইব্রাৎ ব্রাৎতে। চুঙ ফিরাল চানা ফিবম ফরবী হোতেল মপুদু ইরুজরুবগী মশম কন কন্দুনা চঙলকই। ফিদোন চিংখৎত্নুনা শেংলিবদু নত্তনা অতোপ্পা ফি অমা মশাদা থোংদবৈ থোইদোক্লা মঙোন্দা ঈকাই হঙোইবা ফাওবা উদে। পাখঙশিংদুগা য়াম্না লোন্দিন্নবগী মওংদা পঙাঙ ঙাঙনৈ। শেল পীবা পীদবৈ ব্রা অমত্ত পম্নদে।

ওমচাক্লরম্বা নুংশাসু মেংথরক্লে । মোরাদা ফমদুনা মৈশা খাঙলম্বীশিংদু নুমিদাংগীদমক থোং থাকপা হৌনথ্রে । পাখঙশিংদুসু ফূক ফূক হৌগৎনরকই । মশেল হায়নরকই,

- ঐখোয় থোক্লবা তৌরসি ।

- য়ারে তামো ! লেঙথোক্লবা তৌরসি ।

মখা তানদে । ঐখোয় তুংথ মাঙথ থোরক্লে । রিক্সো অমদা ঐখোয় অনী অনী তোংদুনা কৈথেল তম্মা থৌনরক্লে । রিক্সো মথক্তা ফম্মিন্নরিবা ইনাওদুদা পুক্লিঙসি লাঙতক্লনা ঐনা হংই,

- নঙনা ঙসাই মফমদুগী মমিং হায়খিবদু করি, করি নমথীরোক হায়বা নৎত্রা ?

- মানি । অদু কৈদৌরগে তাচৌ ?

- উম ! মিংদু মফমদুগা চানৈ । ঐনা নঙোন্দা হায়নিঙলিবসি নমথীরবা লোক অদুদগী থাবল্লেগী নুংশিবা লৈনম থোক্লক্কনি থাজদে । নঙ য়াম্মা নহা ওইরি অদুগা নংগী নুপীসু। পীক্লিবা, নুংশিপ্পবা নচাশিংদু মী ওইনবা শেম্বী শাবীবদা নখোয় অনীগী অচৌবা থৌদাং লৈফম থোকই। নঙ ব্রাখল খর খম্নবা চুমগদৌবা মাল্লিনে ।

- ঐ খঙই তাচৌ ! অঙাংশিংসি পুলিসনকা ফা-খোৎ তৌরসু ঐনা হেক হেক লৌথোক- খোৎতোক তৌবীবদুদা মখোয়না সুম লুনা তৌজবদুনিদা ।

- হোই ! মীওইবগী মীনুংশিগী মথাদা মখোয়বু লুনা-চান্না তৌবীবা অমদি পুলিসকী কষ্টদিদগী লৌথোকপীবা করিসু কায়দে । অদুবু নঙনা তৌবীরিবা থবক্তনা মখোয়না খোঙদারিবা লম্বীদুদা হেন্না পুক্লিঙ থৌগৎপা ওইনা থোক্লবদি মদু চুমগদ্রা ?

- উম ! তাচৌ ! ঐ ভাব তারে । মতুংদা ঐ করিমত তৌররোই । অদুবু ঙসিগীদি মখোয়না তৌরিবসি ফজনা য়েংসি তাচৌ ।

এসেমব্লী রোদ ফাওজিল্লে । লপ্রোং মরি ফাংবদুদা রিক্সোদে কুমথরে । চেং হন্নাই, আলুনচিংবা য়োল্লিবা দুকানশিংদুগী মমাঙদা লৈরিবা পাক্তক তৌবা লম্লোন-ইতিকপশিংনা কৃক কৃক ঈম্নরিবা লম্বীদুগী মতাইদা ঙাইহাক লেপ্লে। মশেল কুইরু কুইরু য়েংনরগা মকোক্তা অমদি মখাংদা য়েৎনরিবা ফিশিংদু লৌথোক্লরগা ফিদা হেক্ত থাই । ঙাঙনা লাংবা ফুরিৎ লিৎপা নহাদুনা ষ্ট্রাইগরশিং পুথোক্তুনা খাওগৎলকই । মখোয় অমা অনীনা শেল থাবা হৌই । অমা লাক, অনী লাক হৈ-শিংলবা মখুৎ অনীদুনা তৌরিবদু ওমশিন্দুনা য়েংনৈ । শেল পংথাদা থানৈ । পুঙ অমা ফাদে । ফৃক ফৃক হৌগৎতুনা চৎনখি , মাঙনখি । কোয়য়েং য়েংই, অমত্ত উদে । আলু গলিরোমদা ঐসু তপ্না তপ্না লাক্লে । কদোমদগীনো খঙদে । ইনাওদু ঐগী নাক্ত ফূৎ ফাওদোক্লকই।

- সে ! তাচৌ ! পায়সিল্লু ।

ঐগী নাকন্দা চৎনা চৎনা য়াংখৈ চৎপী খর ঐঙোন্দা পীরকই ।

- হুম ! হুম ! নঙ অদুম হাপচিল্লো । ঐগীদি পৈশা য়াওরে ।

ঈকাইনা পৈশাদু হাপচিনখ্রে । ঐদি পাখঙ অদুনা তৌখিবশিংদু চৎনা চৎনা শংশঙ উবগুম তৌরি ।

- কৈদৌরিনো তৌরিদুবো ?

লেঙজুমদা নোমদুনা মরুপ অমনা হায়রকই, চৎসি লাকওনে । কান্নপোৎ নত্তে । ঐখোয়না মশক মুম্না খঙবা কৈথেল কাওনে ভুরিদো । হিদাক দোজ হেন্না কাপসিন তৌরি ওইরম্মি । মহিক্লে, মহিক ।

মফম মরাং ইখঙ খঙদ, মানা তৌখিবদু নিঙশিং নিঙশিং অদুম হল্লক্লে । □

# শিদৌ মান্দৈহে

... কেন্দ্র অসিনদি পাক চাউখিবা, মীখলগী মতম্গা নকশিল্লকপগা অমরোমদা ওজা থম্বালজাউনদি মশা মরোমদোম ওইজখিবা, মসিনা মরম ওইদুনা অৱাৎ-অপাতনা থল্লবা কেন্দ্রসিগী মরমদা য়ূমথোঙ খুদিং চঙজদুনা অহল-লমন ইমা ইবেল অমদি মহৈরোয় ইচা ইনাওশিং পূম্নমক্না খম্ন-নৈনমিন্নবগী তাঞ্জা অমা লৌজহৌবা ঙমজখিদবা পূম্নমক ঙাকপিহৈবা খ্বাই খিবিক্না ঙাকপিয়ু নোঙ্গুচরি । খ্বাই পূম্নমক্না নুংশি থৌজালগী মীৎয়েং থম্বীদুনা ওজা থম্বালজাউগী চফূ য়েকপা মার্কাসিবু কাউবীদনা অদোমগী মমল নাইদ্রবা ভোটকী খুদম পীনবীদুনা মীয়ামগী পাউখোল্লোয় ওইহনবীয়ু .... ।

অহিংগী অচিকপৈ খুদোংচাবা লৌদুনা খোইথুম্নবা খোঞ্জেলনা ভোটরশিংগী নাপদা মীখলগী পাউজেল য়েল্লরি ।

থেঙলবা অহিংদুদা মখূৎ অনীনা লূখমদা পুন সোফাদা ফমদুনা ৱাখল তৌরি ওজা থম্বালজাউ । লোয়নবী থারিক শঙ্গোম গ্লাস অমা পুরক্লুনা ওজাদা পী । মখোয় অনীদদি অহিং নুংথিল খেন্নবা লৈত্রে । গ্লাসতু লৌবগা লোয়ননা শোর মপী শাংনা হোল্লি । হায়রকই,

- ফম্মুনহে থারিক ! ঐবু ৱাখল অমা ইথোক থোক্লেনে তৌরিসে । ইচা ইনাও ময়ামসিনা হোৎনবীরিবা অসিগী হায়রুরবদি কাফমদি থোকপনি ।

শঙ্গোম গ্লাসতু তেবলদা থম্মী । মখূবাক অনীনা মমায় নাম্বুরগা মখা তারকই,

- মতমগী চাউথ্রবা কুম্মৈরা নৎত্রগা ডিমোক্রেসিগী মীখল হায়দুরা থেংনগদৌরিসি ? ঐ ভাব অমা ইতা তারক্লে । খর লাপ্লিঙৈদদি মীখলনি খল্লম্বনি। নকশিন নকশিল্লরুগা ওক্সনগী শেল হুম্নবগুম তৌরকইসিব, কমদৌসিগে খঙদ্রে ।

- ঐদি মমাগুদা কয়ারক হায়জগ্নবদুনি ।

থারিক্লা পাউমৈঞ্জে । মখা তারকই,

- মোই বাবাগী ব্রাখল্লোন অমদি পামজরিবদুগা মতমসিগী ফিবমগা চানবা ব্রাৎলি । পুম্নমক্তি শেলদা হেক্ত তারক্লনি । ঐখোয়না মতিক চানা শেল পুথোকপা গুত্নোইদবনা মায় পাক্লনি হায়বা থাজবা ব্রাই । অদুই শরুক ইচাশিং মীমায়নবা শেম শাবদা পুক্লিঙ চঙবনা ফনি হায়জবদুনি ।

- অদুবু তৌশিল্লুরবনিনা কমদৌনি । চেনবা য়াপোৎসু নত্তে । য়েং তাবনি ।

- হোই ! হন্দক্তীসিমদি লাইবক য়েংবা হায়দুনি । মতুংদদি তৌবীরনু । অস ! সুমহায়না ব্রারদি ঐদি কুইনা পুলিদৌ মান্দ্রে ।

অয়ুক্তদা ওজাগী শঙোয়দা নহা ময়াম ফমদুনা খম্নরি । মানা মানা নিঙবা ফোঙদোক্লরি । অমনা হায়,

- কমদৌসি হায়রিনো ভোটসিবো ময়াম ? হৌদোং চিক্লবা ফাওবা মাই মাইনা ঙমহন্নিঙই হায়নরিবনি । শেলদা লোয়না ঙানরকপগুম তৌনরকপসিদদি ঐগী ওইনদি হায়ফম অমা খঙদ্রেবো ।

ওজাদু তপ্নি তপ্নি থোরকই । ময়াম মরক্তদা ফমথে । হায়রকই,

- ইনাওশা ! হয়েং হংচিত্তসু ঙায়শিল্লক্রে । অদু করি করি তৌসিগে ?

- খঙদ্রেদা ওজা !

নহা অমনা খুন্নকই,

- ওজাগী লৈতবসি উরগা হায়বদি হেক্ত ঙমদে। অদুবু পৈশাসি খিত্তং মরাং কায়রবদি ভোটকিদি কানিংঙাই লৈরবনি ।

অমনা মথম্মোয় শোক্লা হায়রকই,

- অস ! ওজা ! ব্রাৎলিদা, য়াম্না ব্রাৎলিদা ঐখোয় লমদমসিদা অশেংবা মীখল অদুগা অফবা মীহৎ লাক্তদবা । মতম খর ব্রাৎলিঙৈদদি কয়াম নুংঙাই, ইমা ইবেলশিংদুসু চা গ্লাস অমনা পেনবীদৌবোই নিঙই। মৈতাল বোরা , মৈফুগী তুংদা টোর্চ লাইট, কনাই কম্বল, কানিঙবদে পীজরিবনি ইঙ্গ ইঙবদুদা । অমুক্তা খন্নসি খুল লৈকায় ময়ামসিগী থুংনবা য়েন্নদা লুপা কয়ানো চঙশ্রিবসি ।

অমনা অমুক শমথরকই,

- অ ! অদুদা নত্তেনে । শান্ন - থোৎনবসু ভোট মন্নাদনা খীৎ মহেল্লে । কিরোম, ভোল্লী কনাই শত্রং-উত্রং পংশান্দা শান্নখৎলকই ।

- অদুবু ফরে ইনাওশা !

ওজানা পাউমেঞ্জরকই,

- অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু তৌনি হায়দুনা তৌরুরবনিনা য়েংবা য়াবা য়েং' তারেদনা হা-? হোৎনবা য়াবা হোৎনবা তাইদনা । ঐখোয়না *মীখলদা শেল কা হেন্না থাদবা হায়বসি শেঙ্গা-থুমজাগী লম্বী য়াংপনি হায়বসি ঐখোয় পূন্না অমুক্তং খঙমিন্ননবা হোৎনবা ঙন্নরোইদ্রা ?*

ময়াম তুমিন তুমিন লৈনে । য়াম্না থাজদনা মঙক হাইনে । ওজানা মখা শমথরকই,

- মসিগী হৈন-চৎনবীসিনা লাইরবনা মেজোরিতি ওইরিবা লমদমসিদা লাইরবা কনানা মীয়ামগীদমক অচুম্বা, অফবা অমদি চাওখৎ-থৌরাংগী থবক কয়া তৌজনিঙলবসু ঙমহন্দ্রে । মরম অসিমক্কা শেঙ্গাও পায়বশিংনা লাইরবশিংবু য়াম্না হন্থনা য়েংনবৈ অচৌবা মচাক অমা ওইহল্লে ।

- ভোট কাগে কাসনু, কারোই তোক্সনু ওজা ! খঙমিন্ননবা হোৎনবদি লেপ্পা য়াদে ।

নহা অমনা য়াম্না পেন্দনা ঙাঙলকই ।

শেন্থুমগী অন্নাৎপদুনা মীখলদা মায় পাক্লনি হায়বগী থাজবা ঙমজদ্রবী থারিক তুমিন ফমদুনা মওন মওন খল্লি । শোঞ্জে,

- করিনো হৌজিক তৌদৌরিসিবো ? নুংশিবীদুনা লাকপিরিবশিংসিগী চা গ্লাস অমত্তং পুথোক্লবা হোৎনবদা ব্রারবা অসিদবু কমদৌনা মীখল থেংনগদোইনো ?

ইমা ইবেলশিং খর চঙলকপা উবদা তরাম তরাম ওকচৈ থারিক ,

- লেঙশিন্নীরকউ ইমা ইবেলশিং ।

ফম্মিন্নে । হংজৈ,

- করি করম তৌসিগে ? ময়ামসু পংব্রা ব্রাবীরে তৌরিসে ।

খর অহল ওইবী অমনা নিংঙমদনা পাউখুন্নকই,

- করি তৌনি ইবেম্মা ! ইবুংঙোসু শেলবুদি পংচঙ চঙঙম্মনি ।

ফিবম শেন্নগা মখূৎ নাম্মনা অমদা য়ৈরগা মখা তারকই,

- অদুদনহৈ, ঐখোয়না লাম্বা তৌনরিবসিদি ইবেম্মনসু অদুম খঙলিদুনি । শেলগী ব্রাসিদি লুপা লাখ তরা কুনকা হায়সিদি মঙোন্দদি খুরাইদৈ তুহাউ খর তৎপগুম্বনিদো । নহালখৈদি মনা মনিলবু ইনাই নাইরমদে । হয়েংদ ঙায়শিল্লক্লবসিদদি মী অমদা লুপা চাম্মা চাম্মনা অতোম্বা ওইনা য়েনখৎলকপসিদদি ইচেখোয় লৈ য়াদদুনা চেপ্লকইনিনে । য়াম্মসু য়ামদ্রসু, মীনা

তৌনরক্লবনিনা ঐখোয়গীসু য়াংখে য়াংখেদ ওইরবসু য়েল্লবদি কমদৌনি অসুক য়ানা হোৎনরকঅগা ?

- অদুনিনে ইনম্মা ।

অমনা পাংশিল্লকই । মথা তারকই,

- ঐখোয়সু মীচঙ হায়দু ওইরুবনিনা ঐখোয়গীনা ঙমহল্লিঙইদো । অখোয় ওজানা শেলগী অয়াবা খিত্তং লৈরম' তৌনি । নৎত্রদি মোইনা তৌজশারিদুদি পেনাওম্বনি ।

- ইমা ইবেলশিংনা তাকপিরিসি অচুম্বা ঙাক্তনি । খূৎ ফৎতবদা সেনাপতি ওইরুবাইদু হেক থোকপ্লে ময়ামসু । ওজা হেক হল্লকপগা নিঙথিনা অমুক্তা তানজখিগে । তৌরুরবনিনা খরদি তৌবা তাবনি, লৈ লৈতবা ।

থাজবদি য়ারবী থারিক্লা ময়ামদুবু পেন্নবা হায়জে ।

লফু-লতং য়ুংদুনা ঈশিং থল্লা হৈরবা সনাবুল খিন, হৈরুক পানা কৎ থুপ থাউমৈ থাদুনা মা মাগী মীরেপকী মায় পাক্লবা ইরাৎ থৌনি পাঙথোক্লরি । ভোট থাদবা হৌগদবা অয়ুক্কী পুঙ তরেৎ তাবা ঙাইনৈ । খোঙবাল চেম্বা কাঙবুশিং উ-য়া কোয়চেন চৈম্নে, অরোইবা নুমিৎনি নংহৌরোই মতাগুম অরাপ্পা অনকপদা কনা কনা চিংথ-নাম্বুবা লৈরি ভোটরলিষ্ট ফাক ফাকুনা য়েংনৈ । চৈম্নে ।

ঙল্লি নুংথিলদু , মচানুপা অহলদু খোয়দৌ য়াম্না শাউগৎনা য়ূমদা হঞ্জিল্লকই । মতৌদুদা মমানা হংই,

- কৈদৌরে নঙনা ওন্থা হল্লকঅদি ?

- কাম্নদে কাম্নদে, ঐখোয়গী বাবাদি ভোট কাবদি লায়রদনা ভোটপু ফংদৌ মান্দে ।

- কৈদৌরগে হায়মি ?

- কদায়দৈ ফ্লাইংগী ফ্লাইংঙাক্ত । ঐখোয়সিদা নুমিৎ খুদিংগী কিরোম শত্রং শায়দুনা লৈরম্বশিং অদু ফাওবা ফ্লাইংদা লোইনা লৈহৌই । অস ! শেঙ্গাও পায়বনা লৈ লৈদুনা লোয়না থাদহনপ্লে । কৈদৌরুনি ? ঐখোয়গীদি লৈনিংঙাই শেলসু লৈতবনিনা অদুম তোকপা তাবা ।

- করিমতা য়ারুনু ইচাসিদি । লাইনা তম্বা অমা লৈজরম্মি ।

- কনাই লাইনোদা ভোটত্তবু ?

- অদুবু করিদি তৌনি হা ? করি উপায় লৈগে ?

- হন্দক কাদ্রদি মতুংদকা অমুক লেম্মীরনু হায়য়ু । অখোয় মীমাম্নবা অমুক্ত হোৎনজগে ।

য়ুম্ন্রোম্নবগী ব্রাংলবা য়ুমগী মথোন্দে তারসনু মতাগুম কন্নক পেন্নবৈ মওংদা লাউ খোংবা তাবদা ওজা থম্বালজাউগী মায়কৈদদি তাশোন্না থিন্নগুম থোক্লরে। কয়ারক মায়থীদুনতা লাক্লবা ওজাদি থোইনবু ব্রাবা উব্রে। নিগুবা কায়না ফম্নরিবা ময়ামদুদা মানা খোঞ্জেল ব্রাংনা হায়রকই,

- ইচিল ইনাওশা ! ব্রাই ব্রাই এগেন হায়বদো মীখলগদি চান্নবা খর ব্রাংপা জাংনিকো। মাই শেল হায়বসিদং য়াওনরমন্ত্রদি তিগু থোক্লা থেক্লরসু য়াবনি। অদুবু উপায় লৈতে। ঐখোয় পুম্বা খর ব্রামিন্নখিবা তারি শেঙ্গা-থুমজা মরক্সিদা।

নুমিৎ থা হৌখি খগুহৌদ। মীগী শেন্দোন্দি সুম ব্রাংখৎলকই। য়ুমগী পোৎলুম পুবা ব্রাজরবী থারিক্লা নুমিদাং অমা হায়জে,

- মোই বাবা ! রাজনিতিদুদা পোথারসিবা। করি করিনো শূ- নোমদুনা হিংনবা হোৎনরসি।

- নগুনদি খগুদ্রিবা থারিক ! পোথাখ্রে হেক তাবদা শেল থৌবা হেনগৎলক্কদৌরিনি। অমুক্তি কারকপা য়াই হায়দুনা ময়ামদুনা খর ঈকাই খুন্নরিবনিনে। নখোয় ব্রারে হায়বা ঐ খগুদবা নত্তে। ফিবম্না য়াদবনি। খর খাগুমিন্নবা তাবনি।

নোংমা নুমিদাংব্রাই ওজানা ঙা অচৌবা অমা য়াল্লগা চগুলকপা উবদা থারিক গুক্লা য়েং হায়রকই,

- এ ! করি নুমিৎনো, মোই বাবানা ঙাকা লৈরকইসিবো। হাই বেমবেম ! বেমবেম ! কৈনোম য়েংজরো লাউনহে।

করিমত থৌশা- ব্রাশাদনা খুন্নকই ওজানা,

- ইবেম্মা ! গুসিদি খূৎশিৎ - খূৎনাম্থোক্তগী ঙা চাও, তন্নন্নমানে, ইনাও নুংশিন্নবা অমনা লৈবীরম্বনি।

মচানুপী বেমবেম থোরকপা উবদা মখা তারকই,

- হাই হাই ! থোইবী ফজনা থোংদোকউসে। ঐখোয় ময়াম হাউনা চাথোক্সি। কুইরেহৈ চাদবা।

চাকশগুদুদা মখোয় ময়াম ঙা শেম্বা য়াও, কৈদৌবা য়াও ব্রারী শানা শানা থোং থাক্লবা হোৎনরি। য়েঙ্গাং-নাপী শেম্ন শেম্না মচানুপীনা হায়,

- ইমা ! বাবাসে ভোট লেপ্পা তোকওকা হায়বীরুনু।

ইগুক গুক্লা চাকখুমদে।মমানা হংলকই,

- হাই ! করিগীনো ইবেম্মা ?
- ভোট লেপ্লসে বাবাগীদি হকচাং শাজেন্নি।
- করিনোনহে , অঙাওবী নঙনা ঙাঙলিদুবো ?
- হৈমা ! অখোয় ইমাসিদি ! অশেংবনে । ভোট লেপ্লদগী মীগী পৈশা ভারী অমা তোনশিল্লে । তোল্লা ? পৈশা থৌবা লাকপশিংদুগা থেংনদনবা অয়ুক ঙন্তা ঙন্তা হৌগৎতুনা চৎপদো, মদুনা শাজেন ওইদুনা বাবা মশা ফরিসিনি।
- ইচা থোইবীগী ব্রাসিদি ।

মোরাদা ফমদুনা য়েংলিবা ওজা ফাক ফাক নোক্লই। মখা তারকই,

- ভোটকা অমত্ত হেক লেপচনিঙদ্রেহে ।

ময়ামদু কোইরু কোইরু য়েংনরগা ব্রা নোকই । নোকপৈ খোঞ্জেল তৎফাৎত্রিঙৈ , য়ুল্লোম্নবে য়ুম মথোন্দে ওজানা য়াম্না হৈনজখিদ্রবা অয়াকপা খোঞ্জেন্দুনা ময়ামদুগী চীন্বান লেঙহন্দে । তুমিন তুমিন তানৈ,

- হাই ! হাই ! ইবেম্মা ! চিঙঙা অয়ায়বদো নোই বাবাগী খর পুথোরকউ। অদুগা ফ্রিজদগী ঙারেন্দো কাউনিকো ।

খল্লি ওজা,

- ওস্থোক্লা হৈনরোইদৌরিদা ।

নহা খরগা ব্রানোম্বা চৎলিঙৈ, অয়ুক্কী চারাসু নাম্থোকখ্রে । ফনা থেঙলে নুমিদাংদু । ওজানা হঞ্জিল্লকপদা ইমুঙগী মী অয়াম্বা তুম্নরম্রে । মফি-মরোল শৎ-শৎ হোংদোক্লে । চাকখুম তম্না চঙশিল্লি । কনামতদা য়েৎলরোই খন, মখুৎ-মশা শেংনা হামদোক্লে । শমুক তম্না চঙশিল্লি । মোরেগী চাক উপ্লবা চীন্দুম্বীদুনা ফজনা উপ্লিবদু উরগা য়েঞ্জাংকাসু পংশোয় শোয়রমদৌ মান্দে । তপ্না হাংদোকই । উরকই অহাঙবা পুখমগী মথক্ত অহাঙবা তেঙ্গোৎ । মদুনা বল্বকী থক্তোক্লকপা অরংবা মঙালনা মীৎতা খংয়ৈ য়ৈ । নিঙবা কায়না ঙাইহাক মঙল মঙল খল্লি । তপ্না মখুমদু অমুক খুমজিল্লি । মখাদা লৈরিবা ঈশিং চাইশেলদু খূৎ ওইনা পায়রগা শুমাঙলোমদা থোকখিবদু থারিক কাংখল মনুঙদগী উই । শুমাঙ মচিদুদা ইনাকখুম্বে য়ুম্নোমদা ওনশিন্দুনা চীন-খা ফজনা ভেংথোক্লে । অহৌবা খোঞ্জেন্দা খৌদেন্নগা হায়রকই,

- আহ হম ! সুম হায়নবু চারিথক্লি'খৈদি শিদৌ মান্দেহৈ ।

ইমুঙদা পরপ পরপ চঙশিল্লি । চাইশেন্দু হান্নগী মফমদা থনল্লগা ব্রা মচেৎ অমত্ত ঙাঙলমদ, ফমুঙদা কাখৎলগা পোথাপ্লে ওজা থম্বালজাউ ।

# অসি ওইরেকো নুংশিবা

থেঙম্রে । ঈশে হৌবা নংহৌরোই খন্ন, উফুলনা কুপ্লবা ফৎত্রবা লম্বীদুদা অশিৎ-অৱাম্বাগী নুংশিংকী ইপোম থুগায়দুনা ওমজবী থাদুনা থৌরক্লিবনি স্কুটরদু ঐখোয় অনী তোং । পাক্তক তৌবা, কাম্তো খুলবু তংখায় খায়দোক্তুনা ইম্ফাল তুরেল তম্না ঈচেল তন্নক্লিবী তুরেলদু লাম্থোক্লবা খোঙনুংদুদা থেক্কোই-নাকোই নুঙচাক লৈঙোই লৌথোকখিবগী কোমজাউশিংদু থৈ থৈদুনা গাড়ীদু থৌরি । তুংদা তোংলিবা ইনাওদুনা হায়রকই,

- তামো ! য়াম্না তপ্না চৎসিকো । শোয়দুনা কোমসিদা তাশিল্লদি শোরাৎ তোকএ ।

- এ :এ ! হায়দুনা হি লুপ্লে ফিবম তৌরক্তনু । কৈসু তৌরোই । য়াম্না ব্রাখল তৌনা থৌরিপোৎনি ।

কুম্বী কালেন অমদি অইঙ অশা থিদনা নুঙচাক নিক্লিবী ইচে ইচল ময়ামদু লাক্লরিবশিংদুদা য়েংজরবসু মথৌদি অমত্ত লেপ্লদে । খুদোম্বী থিন থিন্দুনা ঐখোয়গী লম্বীসু হেক হেক তাকপিরি । অঙৌবা ফিজোল শেত্তুনা লাক্লরিবশিংদু ঐখোয়না য়াওবা লাক্লিবা শোরাৎ মফমদুদা মরী মরী চঙনপ্রি । লৈরক মচীন্দু তম্না থৌজিল্লে । থোঙালদুদা গাড়ী খান্নগা উফুল-ব্রাইফুল কম্থোকপা হোৎনরিঙৈ ইনাওশিং ময়াম অমসু লাক্লে । য়ূম্রোম্নবা য়ূম অমদা চঙদুনা ঐখোয় ময়াম ফৈজোম শেৎনরি । ঐখোয় অনীদি ফৈজোম শেৎপা লোইরে । ঐনা ইনাওদুদা খোঙ্গ্রাও ফুরিৎকাদু লোইশিন খমজিম্না হায়,

- ইনাও ইবুংঙো ! ঈশে হৌপ্রনি । অমুক্ত য়ৌশিন্নবা তৌসিসে ।

- ফনি তামো ! ঐ লোইশিঞ্জরে ।

ঐখোয় অনী পরপ পরপ চৎনবা হোৎনরকপদুদা নহা অমনা মখ্বাংদা ফৈজোমদু কোয়শিল্লগা তুং মাঙ হন্না য়েং লাউরকই,

- অমুক্ত ঙাইবীখোও অহল অনী ! ফৈজোমসে অমুক্ত য়েংবীরমখো । মখোয় ময়াম য়েংনা য়েংনা লোকই । অমনা অমুক হায়রকই,

- অসুক ব্রানা হোৎনজরিসিবু হাইফেৎতসু য়েংবীরম্বা য়াই । ফৎতেদা অহলশিংসে ।

মখোয় ব্রা নোকই । ঐনা শাউনিঙবোই করিবোই চৈ,

- নখোয়বু য়াম্না নৌরিবা মীওইসু অমত্ত নৎত্রে । কৈদৌগে নশাগী ফৈজোমদু ফাউদা শেৎচবা হৈত্রদি কমদৌদোইনো ?

- ফনা য়াম্না শেত্তুনা য়েংলপোৎনি । অদু মওং অমা তাউ হায়বা ইয়া য়াদবা ।

হৌরবা মোইবুং খোঞ্জেল অমগা লোয়ননা ঈশৈ হৌখ্রে । ঐনা য়াম্না পেন্দনা শোঞ্জে,

- ঈশৈ হৌবসিদা নংনবা হায়দুনা ওম্ফোক্লা ব্রানা লাকচব্রপোৎনি । অঙাং য়োং ময়ামসিগী মকে হেক শেন্নিঙৈদা নংহৌদ্রেদো ।

রাগ তাদ্রি । চঙবা য়াদ্রি । থোঙ্গান্দা লেপ্লম্লিবা ময়ামদুগী মরক্তা ঐখোয়সু অরাকপা খঙন চান্নবশিং ওকপোইনা খুৎ শোক্লদুনা লেপ্লি । উনবগী রারী-ব্রাতায় অমগা অমগা ঙাইহাক শানরিঙৈ হৌখিবা খঙহৌদে । অহল ওইরবী অমনা লেপ্লিবা মৌনহা ময়ামদুদা হায়রকই,

- ইচাশা ! লাকও লাকও চঙলসি ।

তুংথ মাঙথ মরী মরী চঙনৈ । সংকৃত্তন খুরুম্নগা মমাঙ শঙ্গোয় যুম্ফমদুদা মায় মনিঙ ওম্না ফম্রে । য়েংবদা পুঙ য়ৈবা ঈশৈ শকপশিংদু চহী হুম্ফুতরাগী মথক অমদি ঙকয়া ওইনা তৌই । অহল ওইজরবসু ঈশৈ শকপদুগী খোইথুম্নরবা খোঞ্জেলনা তিল্লিবা পূম্নমকপু ইশুম শুম্বগুমই । চহীনা নম্বোনরবা শমু পাঙ্গল ময়েং তারক্লবা, হিংবগী মহাও খঙলক্লবা অমদি মচা মমৌগী পাম্বোম মখা থানা পুন্সি চেংজেল লোম্বা ঙাইনা হিংবগুম্নবা কোয়না ফম্লিবা অহলশিং, লৈখিদ্রবা অহলদুগী মচা মমৌশিংনা তেংথা- নাওইরকপদা মীৎলু পিরাং ঈহৌনরি । মরক মরক্ত পীরকপা মোইবুংগী হরি ধ্বনি খোজেলনা পুক্নিঙ তয়াং তশোইহল্লি ।

নৌরিবা পুন্সিগী ঋজিদা
চেৎনা কিশিল্লু
হরে রাম হরে কৃষ্ণ

নিরুদনা পীনবনি
হায়রুদনা চাম্বীবনি
মমল য়াওদনা লৌহৌয়ো
পূম্নমক অরেম্বনি
মাতনা অথোইবনি
চঙবা শিবা অনীমক্ত
লেঙদবদি মাতনি ....

মেওলবা খোঞ্জেলনা নাপচিক্লা য়েশিল্লকপা ময়েকশিং তারগা পূম্নমক অরেম্বনি খল্লকই। ব্রাখলসি তাইবঙপাম্ববু শেম্বী শাবীরিবা মপু মঙোল্লোমদা নকশিল্লকপগুম তৌরকই। হৌনশা ওইরমানে মীওইপোক্কী অরেপ্পা হায়বসি ইরৈ হেক লৈতবা। উরু তারুবা অমসুং থেংনরুবদুদা পূক্নিঙ ঙাইহাক লুপ্পা। ময়ায় চঙ চঙদুনা হরি ভক্ত অহল-লমনশিং ও খোংনা কপ্তুনা খুরুম্নে। পূম্নমক্তু উর তারগা খল্লকই,

- অস ! পুন্সিসে লোম্বা নাইবনিকো।

ঙাইহাক্কী তুংদদি ফনা চাউবা শুমাঙদু অরেপ্পা লৈতনা চঙলকপা থক খা অনীগী মী তিল্লকপদা পিশক পীকপগুম তৌপ্রে। লাকমিন্নরিবা ইনাওদুদা ঐনা পাউমৈঞ্জে,

- ইনাও ইবুংঙো ! পংকুইদি কুইনা পম্পুরগুমসি লম্না শাংবনে। লম্বী মতাদুগা য়াম্না থেঙখিনি। তঙাইফদবা লুহোংবা অমসু লৈহৌরি।

- হোই তামো ! অদুবু ময়ায়দি অমুমুক্তং চঙলম্বনা ফরোইদ্রা ?

- এ ! করি ব্রানো ? অদুবুদি তঙাইফদবনি।

ব্রারী শানা শানা মখা শঙ্গোয়রোমদা য়েংথোকখিবদা উরকই অঙৌবা ফিজোল শেক্তুনা ফম্লিবা, মাঙদা খুদৈ অমদি দক্ষিনা তারিবা অহল লমনশিং অদুগী মরক্ত অশংবা মচুগী য়োংতুপী উপ্পা, চিঙফি ইম্বা অমসুং কাংচেৎ মচুগী খোঙ্গ্রাও শেৎপা অহল অমা। মানা শেৎ চারিবা ফিজোল, মফমদুদা মরিং মরাংজরবসু মাগীদমক্তি খ্বাইদগী মমল লৈনা শেৎ-চারকপা ওইরমগনি। উবদা মহাক্তু থোইদোক্লা থৌশা-ব্রাশাদে। অহলশিংনা খুরুম-খারম্নরিবদুসু য়াওদে। চৎনবীদু খঙদবনরা নৎত্রগা মাগী লাইনিঙদুগী ব্রাংমা লাম্বা থবক্তি খম্বনরা অমদি ওইরমগনি।

ময়ায় চঙদুনা ঐখোয়গীসু হৌনবী মথং মথং পাঙখোক্লরে । লৈখিদ্রবা অহলদুগী মচানুপা ঐখোয়গা তিন্নবদু উনদুনা ঙমজ ঙমজবা থর শোৎয়েং-চৈয়েং পীনরে । ঐনা মঙোন্দা পাউমেঞ্জরে,

- ইনাও ইবুংঙো ! ঐখোয় পংকুই কুইনা পঙ্করয়োই ।

- চৎলগে হায়রিরা ? ঙাইহাক ফম্নখিসি কৈনো ঙনসু ঙল্লিদা ।

- হোই ! য়াববুদি য়াবনি । লমসি লাপ্লিনে, লম্বী মতাসিগা । লুহোংবা অমসু লৈহৌরি । ঙসিগীদি ব্রারৌনবা য়াদ্রে । ফিবম য়েংলগা ঐখোয় চৎনবা তৌগে । তাকঅম্মি তাকঅমদে ব্রারৌনররোইসি ।

- হোই ! ফরে । লুহোংবসু লৈহৌরি হায়বনিনা ময়াম্না অপাম্বদু অদুম তৌবীরো । ঐ করিমত ব্রারৌজররোই । ময়াম লাপিরিবসিনা পেঞ্জরে ।

ঙাইহাক্কী তুং, ঐখোয়না চৎননবা শেম শানরকপা মতমদুদা চিঙফি ইম্বা অহলদু হৌগৎতুনা চৎনবা শেম শারকই । ময়াম্না চঙন থোক্লরিবদুগী ওম তৈননা থর হাঙবা মফমদোমদা নাকোয়ননা থোকক্রে ।

মানা থোঙ্গাল লম্বীদু য়ৌরমদাইদা কদোমদগীনো খঙহৌদে, লৈখিদ্রবা অহলদুগী মচানুপী লৈশাবীদু পরপ পরপ চেঙ্খোরকই । অহলদুগী ফিজি তাপ পায় । মমাঙদা থৎলগা পিরোইননা ওইনরকই,

- পাবা নঙ চৎলগেরা ?

- উম ! ইপা চৎলগেনে থোইবী ।

- নতাউগা উনররা ? করি ব্রারী শাম্নরে ? কদায়দা ফমহৌই পাবদো ?

য়া মচেৎ অমত্ত ঙাঙদ, তুমিন চপ লেপ্পি অহলদু । মমীৎত ঈরা চেল্লকই । লৈশাবীদুনা মথা তারকই,

- নহালমখৈদি ঐনা লোম্বা চা থক্লিখৈ চৎলোই হায়রগা ঙসিনা চৎলমদাইদা করিগী ঐঙোন্দা তাক্লমদবা, হা ! করিগীনো হায়য়ো ?

মখূৎ অনীনা অহলদুগী ফিজিদু পায়দুনা নোম্মি । মীৎলুদগী ঈহৌরকপা পিরাংনা খজাই তম্না ঈচেল তম্লকই । থোঙ্গেল থোক্ল হিক্লা হিক্লা কণ্ডুনা হায়রকই,

- য়ারোইয়ে । চৎখিবা য়ারোই । ঐনা লোম্বা চা নতাউগা থকমিন্নখোঁ । কদায়দা লৈহৌই নভাউদো মফম তাক্লমখো লাকও ।

ফিজি পায়দুনা চিংই । খাঙবা ঙল্লক্লমানে অহলদু মমীৎতা মপি তরং তরং

শিন্থরকই । মথূৎনা লৈশাবীদুগী মকোক্তা নাম্বীদুনা হিক্লবা খোঞ্জেলনা নাউথেমজরকই,

- ইবেম্মা, ইচা থোইবী ! চৎখ্রেদো ইতাউদি ঐখোয় পূম্নমকপু থাদোক্তুনা । তাইবঙগী অন্না- মৈশা কোকখ্রে । অদুবু ইপাদি লাইবক ফত্তবনিনা মৈশা লাংহৌরিদো ।

ফিজিনা মপি তৈথোক্লিঙৈ, মচানুপা ময়াম থোরক্তুনা অহলদুবু কোন্দুনা কপ্লরকই । অহলদুনা মখোয় পূম্নমকপু থেমজিল্লকই,

- ইচাশা ! নখোয় করিসু ৱাগনু । মীওইপোক্কী হৌনশানি পোকপা শিবসিদি । নিংথম মতমগা ওইবনে, লম্বীনগা শাংবগা অদুগী মথক্ত অহলগী মতমগা ওইবনে য়াম্না ৱাখরে । ঙসিগীদি ইপা হল্লগে । নখোয় পুক্লিঙ নুংঙাইতবা তৌগনু ইচাশিংবু য়েংবা ঐ তৎতনা লাক্কনি । ঐনা পোকপা ইচানা করম্বা, নখোয়না করম্বা খেন্নবা অমত্তসু ঐগী পূক্ত থমদে ।

লৈশাবীদুনা ৱারৌ নিংঙমদনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই,

- পাবা ! ঐগীদি পাবা হায়না কৌফম লৈত্রে । ঐনা লোম্বা চা থকপিনবসু লৈত্রে । পাবা নঙ নুমিৎ খুদিংগী চা থকপা লাকও । 'পাবা ' হায়না পেন্নবা কৌজহৌগে ।

- লাক্কনি, লাক্কনি ইচা থোইবী । ইপা লাক্কনি ইচাগী নাক্ত ঐনা হেক ঙম্রিবমখৈ ।

ঙসাইমখৈ অদুক হকচিম্না খল্লুদবনি । অদুবু মতৌদু উরগা ঙাঙন - শক্লরিবদু তারগা থম্মোয়সিদা মফম মরাং খঙদবা ঈথক অমা হৌরকই । পিরাংনা মীৎলু চোল্লকই । ফুরিৎখাউদগী রুমান লৌথোক্তুনা তৈথোকচৈ হায়বদুঙাই লেপত্রবা পিগী ঈফুৎ অদুনা কান্নবা লৈহন্দে । খল্লি,

- অস ! নুংশিবা অঙকপনিকো নঙসে । লোইবা নাইদ্রবা নঙগী লংলানা খেন্নবা লৈতনা পূম্নমক পুনশিন্দুনা তাইবংপাম্বগী নক্লবা মরী-মতা ওইহল্লিবনিকো । থল্লায় পাম্বশিংগী খ্বাইদগী নক্লবা মরী মতা হায়বদুদি নঙনা ওইরেকো ।

চান-থক্লবা ময়াম য়োমদুনা হাম্লিরে । চৈগুদুনা অহমগুবা মখোঙ ওই, মথূৎ নাম্মনা ফিজি পায়দুনা মপি তৈথোক তৈথোক্লা তুংথ মাঙথ ঐখোয়গা থোকমিন্নরক্রে অহলদু । ☐

# কুয়োমদুনা

চেক্কী চাউরবা য়ুমজাওদুগী শুমাঙদা অমোম্বা চৌকি অমমমদা মমায় ওনশিন্নবা ফম্লি, চহী কয়া য়ুম্বালমিন্নরবা অহল অনীদু। মচা মশুগী কুম্মে ঙাইহাক য়েং, ফাগী অমুক তৌনা পুন্সি চেংজেন লোম্বা ঙাইমিন্নরি। অহলদুনা নোম্বি নোম্বি হায়রকই,

- হুম! নুপী নঙদি য়াম্না শাথীনা হনু ওইখ্রেদা। নমায়দুসু য়োংগুম্রেনহে।

- হোয়দা!

তাম্লোয়দুনা খুম্লকই,

- শবীসু মমাবুদি অদুম নোক্লে হায়বনি। ওজাসু মিংশেল য়েংদবা কুইখ্রমানে। য়াম্না অঙাং ওইবমাম্লেকো, শমসু ফজনা হৌদ্রিনে।

ওনশিন্নদুনা ইশি শিনা নোম্বিম্নে। পিশক পীক্লিঙৈ মমা মপাগী ছুমদা নাহোংদা চিঙগী অকা অকুম য়াওজরক্লবসু পুংকক চাউরকপদগী ইম্ফালদা লাইরিক- লাইশু তম্লক্লে। নোংমা ফাদোক অহল-লমনগী নাক্ত চংলুবদা চিঙগী অকা-অকুম য়াওরুবা থোইনবু অম্রাবনি খল্লুদ্রে; মমাম্নবশিংগা শাম্নমিন্নবগী নুংঙাইবগুম থোক্লে। ঙসিদি, ম্রারী ওইনা খঙবা নত্তনা চিঙগী অম্রাবা, ইখঙ খঙহৌদনা অহলগী মতম ওইরক্লে। মমৌনুপীনা পীরম্বা চা গ্লাসতু পায়রগা ব্রাখল খম্না মাগী নুপীদা হায়রকই,

- হৌজিক করি অমুক তৌথিগনি? পাঙ্গল য়াওদ্রে, চখোক-চংশিন ম্রারক্লে। পামজরবসু রাজনিতিদু মীখলদি থেংনবা ঙমগনি থাজদ্রেদো। নুংশিরকই মীওইবগী মপোক্লে। ঐখোয়বু চিঙদা অমুক পানগদ্রা অদুবু ইচাশিংসিদি হৈনবসু লৈররোইদো।

- কদায়দগী !

মাগী নুপীনা খুম্নকই,

- নকখ্রবা কৈথেলসি চৎপা ফাওবা গাড়ী নৎত্রদি চৎনিঙদবা মখোয়না চিঙদা করম পানগদ্রা ?

- ইস ! নুপী পাঙ্গল লৌশিং ফরিঙৈগী শিন্দা অসুম অসুম লাগথোকখিবনা পোথাফমসু খঙদ্রেদা। ইচা ইশুশিংবু নুংশিবা, মখোয়গীদমক খৱদা ব্রাবা অসিনা পোথাবা ওইরক্লবা মতমসিদা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদো নিঙশিংলকই। ঐখোয়' খুন্দা ওজা ওইবা য়াম্না নুংশিবা তমগী ওজা অমনা হায়খি,

- অঙাংশা ! নখোয়না মতম পূম্বদা কাউরোইদবদি নখোয়গী ইমা ইপা অমদি অহল লমনশিংনা ঙমখ্রবা চিঙগী লম্বীদা অকা অকুম চৎতুনা নোংজু-নুংশা খঙদনা, অব্রা অনা থিদনা পামদা থবক শূরি। হকচাংগী ঈনা হুমাং ঈরিক ওইনা চেন্থ, নখোয়গীদমক হোৎনরি। প্রভু যিশুগী মশাদগী মীওইবা ঐখোয়গী পাপ কোকপিনবগীদমক ঈথেং শিন্থবীখি। খম্নুরগা ঐখোয়গী মীৎলূদগী শিরাং শিন্থে। মচাগীদমক মমা মপাগী হকচাংগী শিন্থরিবা হুমাংগী ঈরিক অদুবু মীরায়রবদি মহাক্না নখোয়বু কৈদৌঙৈদসু ঙাকপিরোই। প্রভুগী ঈদগী ইমা ইপাগী ঈনা তানা খক খল্লোইদবনি। নখোয়সু মহৈ-নশিং তম্বদা হুমাং তাবমখে হোৎনরবদি মতিকচাবা মী অমা ওইবা ঙমগনি। অদুনা ইমা ইপাগী মতেং পাংবা হায়বসি ইশাবু ইশানা তেংবাংজবনি হায়বা খক কাউরোইদবনি ''

মালংদা য়েংলগা নিংঙমদনা মাগী নুপীদা হায়,

- নুপী ! মতমদুদদি ওজানা পংহায় হায়বগুম খনখিবনি। করিসু থৌশাদনা ইম্ফালদা লাইরিক তম্রিবনি হায়দুনা নোংমতসু ইমা ইপাগী অব্রাবদো খল্লুদে; মহৌশাগী মহৌশানি অদুম খনখিবনি। অদুবু ঙসিদি ওজাগী ব্রাদু অচুম্বনি খঙলক্লে।

হনুবীদুনা তয়াং-তশোইনা খুম্নকই,

- চহীনা নঙ্গন্দা পোদুনা কোন্থরবা ফাওবা ঙাঙনবা অসুক শাথীবসিনদি কদায়দগী অঙাং ওইবা মতমদদি কনাগী ব্রাসু তাররোই।

- হাইস ! নুপী ! ব্রাগী ওইনা হায়বদবু নুংঙাইবগুম তৌবনি। নহা

ওইবা মতমদা থোকখিবশিংদুদি শাউনিঙবা, ঈকাইবা অদুগা পুক্নিঙ নুংশিবা ঙাক্না শিক থম্বনি। হিন্দু ধর্মগী অকন্বা চৎন পথাপ, নিংথৌগী য়াথং অহকপা চৈরাক তুংইন্না অমাং অশেংগী খুৎশেমগী কুয়োম অদুনা চিঙমী তম্মী ফনা নুংশিনজবা ওইরবসু পুক্নিঙগী অপেম্বদি ওইহন্দে। অহল লমন য়ানদবা লৈশা পাখঙ অনী লোন্না নুংশিনবগুম্বনি।

- হোইনে ওজা! ঐনা লৈশা ওইরকপা মতমদা অহলশিংগী মতুং ইন্দুনা ইম্ফাল' কৈথেলদা কুন্নকপা মতমদা ঐদি অঙকপা ওইনা য়েংবনি। চিঙগী মীশিংনা পুরকপা পোৎশিংদু মখোয় তম্মীশিংনা লৈদুনা অদুম পুইয়ে। লৈশা হন্দোকপসু অদুম লৌদুনা হাপচিল্লে। অদু, পোৎ-চৈশিংদু পুরকপা চিঙমীশিং অদুবুদি মাংই; মখোয়দা শোকনু হায়য়েনে। অদুদা ঐনদি খঙদবনিনা " মাংবা হায়বসি করিনো " হায়দুনা ইপাদা হংবনি। মানসু খঙদে অদুম হায়য়ে।

- ইস! নুপী।

নিংঙমদনা অহলদুনা মখা তারকই,

- ঐগীদমক ব্রাবদা নুংঙাইবা ফংখিদ্রবা ইপা ইমাবু নুংশিরকই। ঐনা রাজনিতিদা খোঙদারকপা মতমদা ইপাদু নোংমা ঐগী ইনাক, ইম্ফালদা লাকই। ঐবু হেক উবদা অব্রাবা পুম্বা কাউবগুম নুংশিনা কোম্বী। ফম্মিন্নদুনা ঐখোয় অনী ব্রারী শায়; ইপানা হংলকই,

- নঙদি হৌজিক করি তৌগে খল্লি?

- নোংমদি লমদম অসিগী লুচিংবা অমা ওইবা ঙম্নবা হোৎনগে খল্লি।

- হ-হ-হ মীনা অব্রাংবা থাবু লামগনি। হেক ফংবগা মদুবুদি করিসু খল্লরোই; হেম্না ব্রাংবা নুমিৎপু অমুক লামগনি।

- অদু নৎত্রবদি ইপা! করম্না মীওইবনা চাওখৎপা ঙমগনি? হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা তম্মীশিংনা চিঙমীশিংবু কয়া হন্থনা তাথীনা য়েংখিবা; মদুগী মতিকচাবা লমন ঐখোয়নসু খুমগদবনি।

- অঙাওবগী ব্রাখলদা থবক খক তৌরোইদবনি। নঙগুম্না নহা ওইবা মতমদা ঐসু পংথন খম্বনি। অদুবু হৌজিক অহল ওইরবা মতমসিদদি কনাগীসু মরাল নৎতে খঙলকপনি। মীনা পোকপা মতমদা কনাসু তাথীনদবনি। মতম মতমগী ওইনা লাকপা চৎনবীনা মীগা মীগা তাথীনহন্বনি।

- হৈস ! নুপী হৌজিক্ত পুক্লিঙসি নুংঙাইতবনি । ইশানা কয়া হায়রসু ঐগী পুক্লিঙনদি শুকয়া য়ানিঙখিদে। রাজনিতি দল খুদিংমক্তী চৎনা কাঙলোম্নি মীওইবা পুম্নমক অমত্তনি; কাঙলুপ লাইনিঙ, অনেম অরাং অমদি অরৈ লৈতগী খেম্নবা থমদবা । লুচিংবশিংনা খঙই, অচৌ মচা কাঙলুপ কয়ানা পূন্না খুন্দা লৈতাদুনা হিংমিন্নরিবা লমদমসিদা মাগী ঐগী নাইবা মীৎয়েং থন্নবদি মকোক থোংবা লুচিংবা ওইবা খক ঙম্রোই। অদুনা মা মাগী দল পুন্না পূন্না ফম্মিন্নদুনা খন্নরিবনি " চিঙমীনা কনানো তম্মী হায়বনা কনানো, ইমা অমত্তগী মচানি । মীতৈ,মৈতৈ, কুকি,নাগা অমদি অতৈ কনা কনাগী খেম্নবা লৈতনা ঐখোয় পূন্না নুংশি চান্নরা হিংমিন্নগদবনি " চীন্দা লাংবন খোইহী তৈবা হায়দুনা। ঙাঙথোক্লবগা পুক্লিঙগী অনিঙবগা অনীগী মরক্ত চিংবা লৈই অমনা কুয়োম ওইদুনা কাঙলুপশিংগী মরক্ত থম্মোয় তিংথোক্লবা ইঙম ঙমহন্দ্রি । নিংথৌ অমসুং মাগী লুনজবা অঙম অথৌ খরতগী ওইবা লৈঙাক অদুগী মতম লোইখ্রে । মীপুম খুদিং মান্নরা নিঙ তন্রে । চৎনরম্বা অমাং অশেং অমসুং অনেম অরাংগী ময়েং তাপ্রে । অদুবু কুয়োমদুনা রাজনিতিগী খূৎলায় ওইরক্লুনা মদুগী মমিদি হেন্না মশক থোক্লক্রে ।

"লৈশেম্রোয় অমনা মথংগী মীখল অদুগীদা খল্লি" হায়বসিবু করিদবু লান্দোইনো ? ইলেক্সনগী প্রোপেগন্দানি পঙাঙ ঙাঙনৈ, পঙলাউ লাউনৈ, ভোট কাহৌর' লোইরে খন্না । মদুনা তুংলমচৎতা করি ওইরক্কনি কনানবু খঙ্হন্দৌরিনো ? শউন্না য়োম্বা মীওইবগী পুক্লিঙ ব্রাখলবু কনানা উক্লনি । ঙাঙথোকখিবনা অমা, তৌথোক্লকপনা অতোপ্পা । নাচন মখীনা পাউহোমদুনা কাঙলুপ নাইবগী ব্রাঙাঙদা ভোট কানবা হোৎনবসু কোন্দাইনি । লেপ্পন্নিবা মীরেপশিং খূৎ থোক্লবদি মীয়াম্না কয়া থেংনা উনদে । চেল্লি চোংলিবা কাঙবুশিংগী মরক্ত লাউশিন খোংজিন্নবা অমসুং খূৎ থোক্লবদি তৎতনা অদুম উনৈ তানৈ । অদুম থোকই । করিনো হায়বদি কনানা খিজিন্নুনি ? নিঙশিংলকই নোংমা মাগী খুন্দা মীখলগী মীতিং অমদা মানা ঙাঙথোকখিবা ।"

- ঐনা নহা ওইবা মতমদা ইম্ফালদা লাইরিক তম্মি । তম্মী, হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা লাইরিক তম্মীন্নরিবশিংদুনা ঐবু মাংই হায়দুনা লৈবাক্ত কমহন্নি । মখোয়না ফালদা নুংঙাইনা ফম্বনি । ছুটি হেক থাবগা খুবাক খুদুনা ঐবু অমাংবনি

হায়দুনা মখোয় ময়াম লোকপনি। মসিগুম্বসি চিঙমী লাইরিক তম্বা খুদিংদা থোকপনি। মদুগী লমন খুমগে হায়বগীদমক ঐনা ঙসি ওইবা ফম অসি পায়বনি। কনাগুম্বনা ঐনা তৌবা মসিদগী হেন্না তৌবা ঙমগদবা লৈরবদি মঙোন্দা ঐসু মতেং পীগনি। লৈত্রবদি ঐঙোন্দা মতেং অদুম পীখো।

মতম কুইনা মফম অদুদা ওজা ওইরক্লবা তম্মী অমনা য়াম্না পেন্দনা হায়রকখিবা। নিঙশিংলকই,

- ওজাবু ভোট কাহয়বা ঐখোয়না অঙম্বা থাক্ত হোৎনজরি। অদুবু ওজাগুম্বা ষ্টেটসিগী শক্লাইরবা লুচিংবা অমনা ঙাঙথোক্লক্লিবা ব্রাহৈশিংসিদি তাবা নুংঙাইতে।

- হাইস ! ওজা তোম্বা ! রাজনিতি হায়বসিদি অসি ঙাক্লিদা।

- অদুবু ওজা ! লুচিংবশিংদি ভোট কাথ্রগা করিসু থৌশাদনা ইম্ফালদা নুংঙাইনা লৈথোকপ্রনি। সোমদদি মখোয়না ঙাঙথোক্লম্বা কয়াদুনা চমজরবা মীয়ামগী শিংলিদা হূ ওইনা চেলহৌরগনি। চিঙমী তম্মী অনীগী মরক্ত শাথীরবা শিঙচেপ ওইদুনা খা চিক্লহৌরনি।

লিম্না মখুন চঙলমদাইদা চুম্মী। মীনা শিরমদাইদা অচুম অরান অমসুং অক ফত্ত খঙলকই। নিংঙন্নক্তে, ফমুঙদা য়াতাদুনা লৈরবা মপাগা শানখিবা ব্রারী নিঙশিংলকপদা শং শংনা উরকই মপাবু। নিঙশিংলকই মানা হায়খিবা মতম খুদিংদা নঙনা অমাং অশেংগী পেনখিদবা অদুখক ঙাঙই। ঐনদি খঙই তম্মীশিংনা চৎনবী কুয়োমদুগী মনুঙদা কয়া ব্রানা খাঙজবা। নুংশিথ্রবা ঐগী তম্মী ইয়াম্বা অমবু মাগী ইমুঙ হপ্না ঐবু মাগী য়ুমদা চঙহল্লি হায়দুনা চিঙখোঙ চিঙয়াদা কনাগসু তোৎনা তিম্রবা য়াহন্দনা তাম্লোকপিখিবনি। ঐনদি মাগীদমক করিসু তৌবদি ঙমজদা, পুক্লিঙ অসি কয়াদা নুংঙাইখিদবা। থৌজিকসু মীৎসিনা উবগুম তৌরিবনি। ঐখোয় চিঙদদি অপাম্বা কনানা খৃষ্টান অদুম লৌই। পামদবা কনানা মশাগী ধর্ম্ম অদুম চৎলি। অদুবু তমদদি হিন্দু ধর্ম্ম লৌনিঙদবশিংবুসু অকম্বা চৈরাক্লা নমদুনা লৌহম্বনি। নঙসু লুচিংবা অমা ওইরবনিনা নচিন মনাও তম্মীশিংনা ব্রাজরিবদু মীনুংশিগা লোয়ননা কোক্লবা হোৎনবীফম থোক্তবরা ?

- ঐস ! ইপা ! মখোয়না মথক থংলগা চিঙমী ঐখোয়না মখা ঙাক থাদুনা লাকপসি কুইরেদা । মখোয়সু ঐখোয়গী ইখাদা লৈহল্লগা য়েংসনুদা ।

- নঙনা খল্লদুঙাক অচুম্বনি হায়রবদি চিঙগী লমীসিদা কয়ম্লা চুমরিং শেমগনি ? নুংশিবখল্লনা মীওইববু খুদুম চনগদৌবনি । তাথীবনা খুদুম চল্লবা হোৎনবদি অশি অনা থোকহল্লা অদুগা মূল্লিং-খুল্লিংবা ব্রানবা থৌরাংনি । উচি কল্লকুনা ময়ূম মৈ থাদোকপবু ব্রাখল লৈবা থবক্কি হায়সিরা ? লমজেন চেনমিল্লরগা মাঙদা চেল্লিবা অদুদগী কমদৌনা হেল্লনবা হোৎনবদি তৌদনা মখোঙ থুদেক্লগা মমাঙ থাগে খল্লবদি লমজেন অদু য়াওবগী কাল্লবা করিনো ?

- ইপানবুদি অদুম্লা হায়বা; ঐথক্কী ব্রা নত্তে । চিঙমী কাঙলুপ খুদিংমক্ত থোকপা ওইবনা পূল্লমক্কী ব্রাফম্নি । করি তৌগনি, পিকপ্রবা খুবাকমুক পাকপা লমদা লৈবা তম্মীশিংনা ? চিঙমী পূল্লমক্লা পূল্লগা মখোয়বু নমথবদি করিসু নত্তে । মখোয় শোয়দনা ঐখোয়দা চঙজরক্কদবনি ।

- হ - হ - হ নুমিৎকী মৈশাদগী ঙাকথোক্লবা ঐখোয়না করি করিনা খল্লগা শেম্মি। অদুবু মদুনা নুমিৎকী মৈশাবু পুম্মাঙ মাঙহন্বদি ঙমদে । চিঙমী কাঙলুপশিংগী মরক্তসু তম্মীশিংগী অব্রাবদু খঙবা মখোয়বু নুংশিবা অদুম লৈরমগনি । মীচা শিসনু খল্লগা ইচা শি হায়বগুম্লা মৈরীদুনা মৈল্লায়রকপদি চিঙদনা হানগনিদো । অশেংবা মৈরীদি অহিংগী লিক্লানসু মুৎলি । তাইবঙ মীগী পুক্লিঙদা হৌবা মৈদি মুৎপা ব্রাগনি । নুংশিবগী ঈরিকখক্লা মুৎকদবনি । ননিঙ তল্বা পাম্বা নঙদি মীনুংশি, কখোকপা ঙাকপিবা অসিগুম্বসু হৈগদৌবনি ।

ফিজিনা মপি তৈথোকই । তাংজবা মমিংনা ছাটিন খন, চিঙমীশিং পূনশিল্লবা হোৎনরকপদা মশাগী শক্তম ঙাক্লা হিংজনিঙবা কাঙলুপ কয়াগা অয়া-য়াদগী অঙম তাল্লরকপদা চাল্ল-চিল্লনা হিংমিল্লরম্বশিং য়েক্লবগী শক্তম লাঙনরক্লে। শংশংনা উরকই, মরাল লৈজদবা, চমজপ্পবা মীওই কয়াগী ময়ূম মৈ থাদোক্লখিবা; অউ-অউবা হাৎতোক্লখিবা পিক্লিবা অঙাংশিংনা মমা মপা হাৎতোকপীখিদুনা । তৌফম খঙদা তুফক তুফাই চন, মমীৎত ঈরা চেল্লা উখোঙ ব্রাখোঙদা ফমদুনা লৈহৌবা । খল্লকই, মথাদা মচা য়েপ, মীৎয়েং পনথে লাল্লদুনা, উখোক্তেন্দা ঙা য়ূমদা হঞ্জিল্লক্লবা মপুরোয়ববু ঙাইহৌরিবী পিক্লিবা মচা নাউরোয়হৌরিবী, তনৌ তনৌরিবীশিংদুগী তুংগী পুল্লিনা কমদৌহৌবা । □

# বাই বাই

চৎপ্ৰনিদো নঙদি অমুক হন্নক্রোইদবা মতমগী খোঙচত্তা, মালেম শীন্না নিন্নিবা বাই বাইগী খোঞ্জেল খোন্থাংগা লোয়নননা। তামপ্ৰনিদো ফত্ত হৌদি পূম্নমক নম্বোনা বাই বাইগী থৌদা কোকথোংন। লাক্লনি অনৌবা চহী মাসু ব্ৰাকৎ কয়া লেংথোংন। গীৰ্জাগী নুংশিরবা শরিক খোঞ্জেলনা লানপুঙ খোন্থাংনরক্লবা, কৃষ্ণগী মিরবা বাঁশিগী শুর, লানগী মোইবুং খোঞ্জেলগুম মীপাইনরক্লবা অমসুং পুক্লিঙ হূনা খোন্থাং য়ৈরবা "অল্লাহ ও আকবর" লানগী লানপাউ ওন্নক্লবা, থব্ৰায়গী পোথাফম হে মালেম ! করি ওইরগবা অনৌবা চহীনা লাকপদা ? লেপ্পা লৈত্রবা নঙদি চৎখিনিদো য়াওল কয়া থনম মথং মথং। অহৌবদৈ অরোইবা, মতমদুগী কংলৈরোল য়েক্লমগনিদো নঙনা মীওইবগী পাক্লবা ব্ৰাথলগী চেবাংথক্তা। মদুনা লাইথুং মথাক লাইমন মথাক ওই, নিঙশিং ঈপাক্ত তাউদুনা অনৌবা চহীবু মচু শঙবীহৌরনিদো।

চৎপ্ৰগদবা চহীবু কায়ন য়াথং পী, অনৌবা চহীবু হরাও তরাম্না ওকচনবা শেম শানরি মরুপ মপিজাশিং। নুমিদাংদুদা থোং থাকপা লোইরদুনা চহীদুগী য়ূম্বু ওইনা শরুক য়ারিবা মেরাজাউগী য়ূমগী কাদুদা ইকোয় কোয়না ফমিন্নরি। চহীগী বাই বাইগী নুমিদাং খুদিং পোৎ চৈ পূম্ন লৈদুনা মশেল খুদোল তয়্নে। অরোইবা পুঙফম ঙাইবা ওইনা নুমিত্তুগী মা মানা থেংনরুবা অথম্নবা থৌদোক ব্ৰারী লীনৈ। য়ুম্বুদুনা ব্ৰাহৌদোক পীরকই,

- ফম্মিন্নগদবা ঐখোয়গী মীশিঙ শুরবনিনা মহৌশা চৎনরকপৈ মতুং ইন্না থৌদোক ব্ৰারী হৌনবা তৌরসি। অহানবসিদি অঙৌপানবদৈ তামিন্নরসি।

- ব্ৰারী লীবগী থবকসি ঐগদি কয়া চানফাৎতবনি। অদুবু চৎনবীনিনা লীজবা হায়দুনি। হৌখিবা অহিংসি তূন্নমদাইদা ঐনা খঞ্জে, নোং হেক ঙানবগা বাই বাই নুমিৎনিনা ঙন্না হৌগৎলগা ইনাওশিং ইচলশিং হৌন্নগা য়ূম ইংখোল

শেংদোক শেংজিন তৌমিন্নগে । ব্রাখলদুনরা কৈনো মীৎসি ঙাইহাক হেক উইশিনবগা ঘড়ী হেক য়েংই । কোম্বুংদদি হৌগৎকদবা মতমদুদা নিঙথিনা তুমথরমানে । নীংঙাই কনশ্ত্রবা ইচানুপাদুনা হৌনা কপ্লকপগী খোঞ্জেলদুনা হৌদোক্লককপা ওইনা থোক্লে । মমানা অঙাংদু শুমাঙদা পংফূদা ফূই । মাসু ঙমজবী থাদুনা লাউ খোংনা কল্লি । ঐ পীং লাউই । ফূক হৌগৎলগা মাঙ্গোলদা লেপ্তুনা খংলাউ লাউই,

- কৈনোনহে ! নঙনা অঙাংদুবু মফম মরাং খঙদনা পংফূদা ফূরিদুবো ?

- হো কপচেৎপৈ মপা ইবুংঙো ! নচাসে অয়ুক য়াহৌরকপদা, য়াচংঙকপা মতমদা নুমিৎ খুদিংগী কপ্পা লাউবদা লাই তিনগা অমত্তা খুরুম-খারম য়াদ্রে হায়দুনা অহলশিংনা ঙাঙ-শকপদা তা-হৈ ঙমজদ্রে । ঐনা কপ্পু হায়দুনা ইনশিল্লুবসু নত্তবা ।

- অদুবু ফূরগা ফগদ্রাইবা ?

- ঙসি বাই বাই নুমিৎসিদা তপ-তাগৈ ফূদৎতুনা কপহল্লগা কপনিঙবদো বাই বাইদা শিন্নখ্রগে তৌবা, অনৌবা চহীসিনা লাকপদা অমুক কপ্তুনবাইনা ।

ঐ ব্রা ঙাঙদে । খল্লি,

- বা ! ফজে ! মাই ব্রাখলসিসু মতামনি ।

তপ্লি তপ্লি শুমাঙদা থোকই । হেক থংনবা শুমাঙদা য়াহৌরকপৈ লাই খুরুমলিবী ইমাদু অঙাংদা তাথী তাওইনা তৌবা কয়া হৈনেজদবনি । শাউনা ঙাঙলকই,

- হো ইবেম্মা ব্রাখল লৈবী ! নচাগী অকপ্পদো বাই বাইদা শিন্নখ্রো, কাউদনবা নচাদো মম্মিং বাই বাই কৌরো ঙসিদৈ কো ।

নুপীদু অঙাং ফূবা খংলেপ লেপ্লি । য়াহৌরকপৈ তিংলি য়াংলিদুনা লেপ্লবা বাজীনা লাউরকই,

- হাইস ! নোই ব্রাদুনা অচুম্বা ওইরবদি লাউনহৈ কনা কনানো । ঐগী অনোম্বা য়াশিংসি খরা শৎতোক্লিনে । বাই বাইদা শিন্নখিদৌবা পোৎয়োমদুদা হাপশ্লসি; অনৌবা চহী লাকপদা য়াশিংসি নোম্মঙনবা খরা হায়হৌসিনে ।

ঙাঙনরিবশিংদু তারগা নোক্তি নোক্লিঙ, নোকউরে ফরক তাবা তারে খন, তৌফম খঙদনা শুমাঙদা লৈরম্বা বাল্টিল অমা তাব পায়রগা পুথ্রি তম্মা চৎলি । ব্রাখল খল্লা, উল্লা খরেক কারিবা থোল্লা অদুদা হেক নেৎলুবদা খোঙফম অমা চাহৌদদুনা খোঙ নাম্মা খংচৎ চৎখি । ফাবা ঙমহৌদদুনা লুখ্রবা পুথ্রিদুদা জোম হেক তাশিল্লে । ব্রাকচীংগী উন মহীদা লুপ্পদা ইঙবনা চিক্লবোই নিঙই ।

কাখৎনবা কল্পা হোৎনরিঙৈ, মপান্দা লেপ্লিবী ইনাওনুপী মৌ অনৌবীনা শোম্থাংননা হায়খি,

- হাইমা ! অখোয় ইতে য়াইমনা ইঙখ্রসিদা পুম্রিদা চোংথদুনা লুপ্লিসিবু কৈদৌদোইনো ?

ঈকাই ঈকাইনা ব্রানা থোঙ্ম্রাদা কাখৎলে । পুমচোৎ চোৎনা থক থক নিক, শুমাঙদা ফিরোন লৌথোকপা হোৎনরি । ঐগী ইতৌদু শংত্রিক য়েংলগা কপ্লন্বা অঙাং কপখিদ্রে । নুপীনা হংলকই,

- কৈনো ইচোৎ চোৎলুরিদুনা ?

- মৈফৃদো অমুক্ত থাগৎলকউনহে । অস ! কৈনোম তৌখ্রেহে ।

ইপা পাখৎ, নুপীনা কম্বল অমা লৌথোক্লুনা পী । পরপ পরপ মৈফৃ থাগৎলকই । কম্বলদু ইনশিল্লগা শুমাঙদা থক থক নীক্লা ফমদুনা মৈ য়াইরি । হৌখিবা নুমিদাং থক্লুবৈ ময়ায় কোক্রিবা য়ুম্রোম্নবা ইনাও অমা ফাওজিল্লকই । ঐঙোন্দা চেপথদুনা য়েংলগা হায়রকই,

- এ ! তয়ায় ! নঙনা নীকইদু কৈদৌরগে ?

- অস ! ইরুজরুবৈনিনহে ।

নীক্লা নীক্লা খুমই। মানা মখা তারকই,

- বেস ! অখোই তয়ায়খোয়না বাই বাইদা থব্রায় লুপচবসিদি উন মহীদকা ইরুজরিপোৎনিকো।

- হাই ! লুনিঙদনা লুবা নত্তেনেসে । শোয়দুনা তৌরিনিনে । চৎখ্রো চৎলু, ইঙগ ইঙবসিদা ।

নোকফেৎ নোকফেৎ তৌ, তুরোই ঙাম্রোই মখোঙ থাং, ঐঙোনলোমদা হাইফেৎ ওনশিল্লগা হায়রম্মি,

- ও-হো ! অখোই তয়ায়গীসিদি জবর্দস ব্যাদিং হায়দুনিদনা ।

মীনা নিঙবনা অমা, লাইনা তম্বনা অমা, ঐনা নিঙজখিবা পূম্নমক পুমতোক তোক্লে।

- মথংগী ব্রারীসিদি —

য়ুম্বুনা ময়ামগী পুক্লিঙ চিংশিল্লকই,

- ইনাও নিংথেমজাউদৈ তামিম্নরসি ।

নিংথেমজাউ ফিব্বম শেন্মী । ব্রারী হৌরকই,

- ঙসিগী থৌরমসিগী ঙা লৈবগী থৌদাংসি ইনাও খোম্বগা ঐখোয়নী লৌরসি খয়দুনা নুংথিলদা কৈথেল তম্না হাইগৎলি । বোরাখাউ অমা পায়, মানা মাঙ থাদুনা বাই বাইগী পোৎ-চৈ লৈনরিবা, চিল্লবা কৈথেল পোৎলক্লুদা

ঙায়োনফম তম্না ঐখোয় চঙশিল্লি । ঙায়োনবী অহল ওইরকপীদুগী লুকমাইদা লৈরিবা ঙাশিংদু ফজরে । ঐনা হায়,

- কান্নদে খোম্বা ! কোয়চৎ চৎতনা । সিদৈসি হেক্তা লৌরসি ।

অহলদুদা ঐনা হংই,

- ইমা ! ঙাসিবু করম করম তৌরিবজাৎনো ?

- ইবুংঙো ! ইমাগীসে কিলোদা হুম্ফুতরাদনিসে য়োল্লিবা ।

অচৌ অচৌবা ঙা অমা অনী শৎ শৎ ঈথ্রোক্লকই ।

- ইমা ! অদু অদা য়াম্না ঙাঙনররোইসি । কিলো তরামুক লৌগে, হুম্ফু হুম্ফু শারসি ।

- এ ! ইবুংঙো ! মঙাদদি থোইরম্মু ।

- থোইহল্লনু ইমা ! য়ারগা ওম্বীরো ।

- লৌরো লৌরো । খূৎলাম খাংনিনা পীথোকঅবা হায়দুনি ।

ঙাদু ওল্লে । থোম্বদি ঙাঙনরিবাদু ইতা তাদনা কোয়য়েং য়েংলি । ঐনা মঙোন্দা হায়,

- খোম্বা ! ঙাশিংসি বোরাদা হাপচিল্লসি ।

ঐনা পৈশা থীবা কন্না হোৎনরি। মানা হাপ্লবা শেম শানা শানা

- তা -আ, তা - আ - ।

মরৈ তৎপগী হৌনবী ঙাঙনবা হোৎনরিঙৈ ঙায়োম্বীদুনা ঙাশিংদু শৎ শৎ চিংশিনখি । হায়রকই,

- এ এ ! তাবকাদি ঙমজপোৎ নৎত্রে ।

ঐ নোক্ল নোক্লা শেল কন্না থীরি । অমুকসু মানা,

- নৎ নৎ তেদা ।

মথা তাদ্রিঙৈ, নুপীদুনা খুন্নকই,

- করি নত্তনি ? নখূৎনা খন্দুনা ওল্লিবা ঙাবো , ঐনা ওম্থোকপ্রা ? হা - ? করি নুপানোনে ইহৈ হেক হৈরদনা ?

মচীন্নান খপ খপ চিং , হায়ফম তৌফম খঙদ, মখূৎ থেক্কুনা নুপীদুদা শংত্রিক য়েংদুনা লেপ্পি খোম্বা । পৈশাদু পীনা পীনা ওন্ন তৈনবা মতৌদুদা নুংঙাইতদুনা ঐনা হায়জরে,

- শাউবীনু ইমা ! মাগী মরৈসি খিত্তং তোঙাম্বনি । মানা হায়জবনা অমা, ইমানা তাবীবনা অমা, থর তৈনরে । অনীমক হেক ব্রারৌনরে ।

হেক থংননা ফন্নীবী মৌনহা ঙায়োম্বীদু ঐগী ব্রাহৈদু তানা তানা নোকফেৎ

তৌনা খোম্বদা য়েংই, নোকইনি খঙদে, ঈকাইরিনি খঙদে, মানা থিক্তং হিগৎলুবদা নুপীদুনা হায়রকই,

- নয়া খুফজদুগা, ইবুংঙো ! নরেদো অফবা অমত্ত শিন্দোকউ।

মখোয় ময়ামদু ওনশিন্নরগা ব্রা নোকই ।

বোরাদু নাকল নাকল পায়দুনা থোরক্লে ঐখোয়নী । কৈথেল মরক্কী নাগা তুরেলগী থোংদু ব্রানা চিন্না লাম্লোক্লে। লম্বীদুদা ঐখোয়গী মাঙমক্তদা চাউরপ তৌবা তেক্সি অমা কোকথোংনদুনা চৎলি নুপী অমা । খঙহৌদনা মাগী মাঙওইননা যণ অনী গ্রুং গ্রাং ব্রাইনরকই। পাখৎতুনা 'হা ইমা' লাউরগা ঐখোয়রোমদা মমায় শৎ ওনশিল্লগা চেনশিল্লকই । শোয়দনা তুশিনবা তারে খন্দুনা ঐনা নোম্বরগা বোরাদু থম্মি । বোরাদুদা লৌশিল্লগা তুশিল্লকই নুপীদু । তেক্সীদুনা ঐগী মায়দা উপথরম্রগা তুরিবা নুপীদুগী চুবাদা তাম্রে । মনম-মহা নিঙথিনা হাপ্লবা শঙোম খির, মায় মীৎ ফোং ফোং শানা হৈথরম্বদা নত্তনা কনাই থবাক্কী ফুরিংকসু পুমতে তৈরে । নাতোন্দা ফাওরিবা হাউনম থুম্নম, চীম্বান্দা তৈরিবদুনা পীরকপা লৈদা ফাওরিবা মহাও, ঐ চমম্লে । ওইরিবা ফিবমদুদা খোম্বদু য়েংবা নুংঙাইত্রমানে । কদায়দেনো পোলিথিন থাউ মচা অমদা মচু শেংদবা ঈশিং খর পুরকই । খূৎনা অমদি রুমাম্না তৈথোকপা য়াবা তৈথোক্লে ঈশিংদুনা কাবক কাবক চামথোকপোই হোৎনরে ।

নুপীদুনা মমায় মমীৎ খির পুমতে তৈনা হৌগৎলকপা উবদা অচৎ অওকশিং মচীন খুম খুমদুনা নোক চৎনরি । ঈকাইবোই করিবোই, বোরাদু তাপ পায়রগা ঐনা খোম্বদা হায়,

- চৎলসি লাকও খোম্বা ! নাতে ওম্লোক্লা চাখিদ্রেহে ।

- হেক্তা চৎপা য়াব্রা ?

নুপীদুনা মমায়দা তৈরিবদু মখূৎনা খেথ খেথ, ফৎ ফৎ কম্লোক্লা য়াম্না শাউনা মখা তারকই,

- করি নুপানো ? যণনা নেৎখায়তারেদনা চেম্লোকচবদা নোই বোরাদুনা খুরৌ থাংদুনা তুহল্লি নৎত্রা ? মাঙলিবা পোৎশিং শিংলমদনা চৎখিবা য়ারোই হায়রিবসিনি ।

তাবদা খংশাউ শাউনিঙলক্তুনা ঐনা খুম্মী,

- কৈনোনে হায়রিবদুবো ? নথৌ লৈতনা চেনশিন্দুনা থেংজিনবীরগা ওন্ন তৈনা তৌখৎলকইবো ?

- খঙদে খঙদে, নোই অদু অদাকা খঙদে । মাঙলিবা পোৎ শিংলমদনা চৎপা য়ারোই হায়রিবসিনি। কান্নদে, অরেম্বদা লান হৌজরক্তুনা তোক্তনি।

ঈকাইবোই শাউনিঙবোই ঐ তৌফম হায়ফম খঙলক্তে । মফি মরোলকাতু কন্না তৈথোক্লি নুপীদু । য়েংদুনা লেপ্লম্বা ত্রাফিক পুলিস অমনা মাপী হ্রাইহেদু তাবদা নুংঙাইত্রমানে, পায়রিবা লীচৈদুনা খোল্লাওদা ফৎ ফৎ কল্লগা হায়রকই,

- কৈনোনে ? শোয়বা হায়বসিদি শোয়রেদনা । অশুক নাম্না লাকচরিবা মীসিদা নঙনা থির হৈজিন্বীরগা শিংউ অমুক হায়জিন্নুরিদুবো ?

- কৈনোদহে ? লম্বী শোরোক ঙাকপে ঙাকপা নথৌদু অদুম তৌ । সোমদা অমুক ঙাকশিনবীরকনু । খোয়দৌনা খোয়দৌ শাউগৎপদা নঙোন্দা অইনরক্কুনা তোক্কনিকো ।

- ওস ! মতাম্লিহে । ঙাঙনবকা য়াবজাৎ নত্তে ।

মঙক্তা য়াল্লিবা হুইসলদু ফ্রি ফ্রি কামদুনা হুন্না হুন্না য়েং চৎলি । খামদুনা ভারা লৌরিবা রিক্সো অমগী মনীঙদা দং হেক থেংজিল্লি । শাউনা হুইসলদু হুন্না হুন্না খোঙৎলকই । লীচৈদুনা রিক্সো মনীঙদুদা শেৎ শেৎ কল্লি । লাউরকই,

- চৎখ্রো চৎলু । কৈদৌরিবা হায়দুনো নোইনা তৌরিসিবো ? নোই খামফম ভারা লৌফন্না সিদা ? চৎখ্রো চৎখ্রো ।

সুম ঈকাইরক্কুনা ফুরিৎথাউদৈ য়াথ্নে চৎপী অমা লৌথোক্কুনা পী,

- সে সে ! লুপা য়াথ্নেথক য়াওরিবসি লৌহৌরো ।

- ঙসাইনা সুমহাইনা ভাব তানরদি ফদৌবা ।

নুপীদুনা পৈশাদু লৌনা লৌনা খুন্নকই । ঙসাইমথে, কৈথেল শঙ মথক্কুদা পোৎ য়োল্লিবী নোইখ্রবী অহলদু কুম্মে য়েংলমজাৎনি । মশাদু থক থক চোংনা নোক্কদুনা হায়রকই,

- এহে হে ! ইবেমশা ! নঙদি ব্রাদনা পোৎ য়োম্ববু ওম্লেক্লা হৈরেদকো ।

থীদ্রে, ঐখোয়নী পরপ পরপ লাক্রে । খোঙাল মাপাদা গাড়ী খাম্রে । ঐনা খোম্বদা শিন্নরে,

- খোম্বা ! করি করিনো নঙন থোকপা তৌরম্মো । ঐ ফিক্কাসি অমুক্তা হোংদোকউখিগে ।

য়ুমদা পরপ পরপ চঙশিল্লি । মাঙোলদা ফিরোল লৌথোক্লবা হোৎনরি । ইচানুপী পুংকক চাউবীদু ইনাক্তা চঙশিল্লকই । মনম শুৎ শুৎ নল্লগা হায়রকই,

- বাবা ! নঙনা লৈরকই হাউবীদু হাউদৌ মাল্লি মনমসি ।

- কদায়দে হাউবীনোহে অঙাওবী !

ঙাঙনা ঙাঙনা ফিরোলদু লৌথোক্লগা লীফক্কুদা থাদে । ইচানুপীনা ফুরিৎতু পায়দুনা মনম নম্মি । অদুগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা হায়রকই,

- ই ইস ! মানা চাখে চাথোক্লগা অঙাংমচাদৌনা ফুরিৎত তৈশিল্লমানে । ঐ ঈকাইদুনা য়ূমদকা কুইনা পন্থরক্লে ।

য়ূম্বুনা মথংগী ব্রারী শীল্লকই,

- মথংসিদি ইবুংঙো মংলেমদা শিন্নজরে ।

- নহালমখে অমুক্তা থেংনদবা থৌদোকসে নংহৌররোই মতাগুম ঙস্লিসিদা পরপ পরপ থোকচিল্লকইনি তৌরিসি ।

মংলেমনা ব্রারী হৌরকই,

- অনৌবা চহীগী ওইনবা অঙাংশিংগী ফিরোল খর লৈবীরুসি খম্নদুনা নুপীগা ঐখোয়নী ঙসি নুংথিল হাইগৎলি । ঐনা অঙাং মচাদু পম, মানা লেমতক্লা খর চাউবদু মখূৎ শম্বী, তপ্পা তপ্পা পাউনা বজারগী লম্বীদা চৎলি । পোৎ লৈনিঙবা দুকান য়েং-য়েংদুনা হোল মনাক্কী ঐনা তোয়না কা হেক হেক চাবা পান দুকান অমগী মনাক য়ৌরকপদা লৈশাবী জিন খোঙগ্রাও শেৎপী মরি দুকান মনাক্তা লেপ্লিবদু উই । হান্না শকখঙনবা ঙাক্লি । মাপা হেক য়ৌবদা মরেপ ব্রাংবীদুনা হায়রকই,

- তামো মংলেম ! কদোমদনো ? ঐখোয়বু হুন্দোকঅগা চৎলগে হায়রিরো ?

- ইচলশা !

ঐনা ইচম চম্না খুমখি,

- নোইবু কৈদৌগে, য়ূম পাল্লবনিনে ঐসে । ঐগা লাক্সিন্নরিসে ঐগী নুপীনে।

অমনা ফন ফন চোং, খুবাক তাক তাক খুদুনা হায়জিল্লকই,

- য়ূম পানবা, নুপী থীবা ঙম্বা নুপাদুনে ঐখোয়না অসুক কুইনা ঙাইজরকইসে।

- আস ! ওস্লোকপনিহে! ঐনা পন্নিবা অদুগা মানা মখূৎ শন্নিবসে ঐখোয়নীগী ইচানেমি ।

- অদুনে অদু, ঐখোয়না পামজরিসু, মচা পোকপা ঙম্বা নুপা ।

- নোই ফাগীসে ফরক তানিকো ।

মখোয় মশেল য়েংনৈ নোকফেৎ তৌনরগা অব্রাংবীদুনা মখা শাংথরকই,

- হৈমা ! অখোয়না অসুক ব্রানা থব্রায় য়াওনা হায়জরিসিবু ফাগীনেবা ?

মখোয় মরি ওনশিন্নদুনা ব্রা নোকই। ঙাইহাক লেপ্তুনা ঙাওনরিঙৈ, ঐগী নুপী, অঙাং অনীগী মমাদু ঐঙোন্দা মমায় শৎ ওনশিল্লকই, ঐনা পন্নিবা অঙাংদু ফৎ মুল্লি । নাকন্দা য়েপশল্লি । শাউরপ্না হায়রকই,

- সিগুম্বসি উহন তাহনবীগেদনা ঐবু কৈথেল চৎপা হৌরিবোইরে ?

অঙাং অমদু মখূৎ তাপ পায় নাক য়েৎ হাইকেৎ য়েংলম্লগা মখা তারকই,

- চৎসি লাকও ইবোমচা ।

মচাদু চিংদুনা হম্না য়েংলমদ ঐনা হায়বকা তাদনা চৎগ্রে। লৈশাবীশিংদু মখূৎ থিংজিন থিংজিন ক্বা মতপ অমমম লৌরগা মরী মরী চৎনরকই । অমনা হায়রম্মি,

- তামো ! ক্বাগী পৈশা পীরমদবনিকো ।

মখূৎ হাইরম্লগা চৎনখি । খল্লি,

- কদায়দগী থেংনরুরিনো খঙদে।

চঙশিন্দুনা হংই দুকান্দুদা,

- পৈশা কয়া তারে ?

- য়ামদেদা কুম্লামঙাদনি।

ফনা কুইনা উরু উরু লৈদুনা চৎখিবা মমা মচাশিংদু কোয়থি থি। ফংদে । থেংনদে । খোইদৌ শাউগৎ শাউগৎ পোৎ লৈবা চৎনখিবা ময়ামদুদুম থিরগা য়াওশিল্লুবনা ফরনি খন্দুনা লাক্লে । কস্তুরি থোং মথক হেক য়ৌবদা থেংদি থেংনগ্রবা মুম্না খঙনবদি নত্তবা, লেঙ্গা ওইনা তৌবা নুপা অমা খাউজাও অমা য়াল্লগা কেলেন্দর চবুন অমা কোন্দুনা লেপ্লম্মী। ঐবু হেক উবদা মানা লাউরকই,

- ভায় সাহেব ! ঙাইখো কৈনোনে পরপ পরপ হেক্তা চৎনবা হোৎনরিদুবো ? কদোমদনো ?

- ভায় সাহেব ! করি করি খিত্ত য়েংলুগে তৌনি।

- সে! সিমত লৈবীখো।

কেলেন্দর অমা পীরকই। ঐসু শৎ ফাক্তোক্লুনা য়েংই।

- অস ! কদায়দৈনোদা। সিবু য়ূমদা নুপী অঙাং মমাঙদা কমাইনা থেৎলুদৌরিনো ?

- কৈনোনে ভায় সাহেব ? অনৌবা চহীনা মথং মথং লাকপদা সিগুম্বসি ঙাক্ত লোয়নরকঅদৌনিনে । মসি থেৎপদা নুংঙাইরোই খম্বীরদি হান্নগীসি হোংদনবা বাই বাইকা য়াওবীরুনুকো ।

ঐখোয় অনীনা ঙাঙনরিবদু তাবোইনা মীয়ায় চল্লবী নুপী অমা, ওজাগুম্বা ওইরমদৌ মাল্লি ফিবমদু নক্লা লেপ্তুনা সুম য়েংই । ঐনা মখা তাই,

- মসি ঐ কয়া হৈনদৌ মান্দেদা ।

- হেরা ! ওম্বোকপা ! স্কুলদফাও লোইনা হাইদোক্লুনা অঙাংশিংদা

খঙননবা তাকপিরক্লবসিদবু সিবু কৈদৌইগে ? শেল পাম্মুবৈ ব্রাদি খঙজদ্রেকো।

হায়ফম তৌফম খঙলক্লদুনা দুকান্দে হল্লকপা পৈশাদু পায়রগা হংই,

- কয়া পীরম্মু হায়রিনো ?

- কুন কুনদি অদুম য়োম্বনি ।

- সে ! লুপা তরামঙাখক য়াওরিসি লৌহৌরো।

- করম্বা লৌদোইনো ?

- অমা হেক্ত য়াইদা কৈকান্নবা।

অমা কোনশিন কোনশিন চৎকে হেক তৌরকপদুদা নুপীদু চঙশিল্লকই । হায়রকই,

- ভায় সাহেব ! কেলেন্দরদু অমত্তা য়েংজগেদনা।

- য়ানি, য়ানি। অপাম্বা হেক্ত খম্বীয়ু।

হাইফেৎ য়েংলগা খুন্নকই । পৈশা হাপচিন্নবা হোৎনবগা লোয়ননা কেলেন্দরদু পী । ইচীং চীংননা লকক তৌ, লেপ্তুনা য়েংই ঐসু। নুপীদুনা পুল্লপ পায়শিল্লগা অমা হাংদোক্তুনা য়েংই । হংলকই,

- নুপী ফি শেৎতবীশিংসি নত্তবা নুপা ফি থোংদবৈদি য়াওবীদ্রা ?

করিসু নাচুংবা মান্দে নুপীদু। মায়থোং হাইফেৎ লাংশিন্না নুপাদুনা খুন্নকই,

- মদুদি আদৈ থারক্তবনিনা য়াওজদ্রে ।

- য়াওদেবা ? নহাক্লা কৈথেল ময়ায়সিদা নুপীমখৈ ফি শেৎহন্দ্রগা নঙনা ফি শেৎতুনা লেপ্লিবদি করিগীনো ? নঙসু ঐখোয় নুপী ময়ান্না ফি থোংহন্দবা তাই ।

- এ ! কৈনোনে হায়রিদুবো ? কাইদৈনোদা ! সিদবু দুকান্দা লৈরম্বে য়োনবৈ ব্রানি । লৈতববু কদায়দৈ লৌরুনেগে ?

- ইমা ইবেলশা !

নুপীদুনা লাউরকই,

- নুপীবু ফি থোংহন্দ্রিবা নুপাসি, মাসু মফি লৌথোক্লি লাও ।

- হৈ ! কৈনোনে তৌরকইসিবো ?

হন্না হন্না য়েং চেনখ্রে নুপাদু । ঐসু মফমদু থুনা থাদোক্লম্রে ।

গাড়ী মচাদু শঙ্গোয়দা থৌজিল্লে । কেলেন্দরদু পায়রে । মদু নুপীদা উৎলগা লক্লগে খন্না য়ূম তমশিল্লি । মাঙ্গোলদা ফম্বা য়াও, লেপ্পা য়াও অঙাং ময়ামদুনা

হুইসল খোংবা কনাই করি করিনো পি পা, বো বা, ক্রিং ক্রাং খোংবগা খিনবগা পুম্নিন নীল্লি। "করিনোনে তৌরিসিবো" খন মাঙোলদা কাখৎলগা ঙক্লা কোয়য়েং য়েংই। ঐঙোন্দা হাইফেৎ য়েংলগা নুপীনা হায়রকই,

- এ! ঐদি হেল্লোয়শিংদুনা চেনগ্রব্রা হায়বু হন্দি হখীরকইপোৎনিদনা। য়াম্না থৌশা-ব্রাশাদনা হান্নগুম মখূৎ নামনা মনাকোং অনী মেন, নোক্সি নোক্সি মোরাদুদা অদুম ফমদুনা অঙাংশিংদুই কুম্মে য়েংলি। লেপ্তে, খোংই, থিল্লী অঙাংশিংদুসু।

- অঙাংসি সিনা লোইরব্রা? অতৈ লৈত্রব্রা?

শাউনিঙবোই করিবোই খংলাউ লাউই। মোং হাদনা খুন্নকই,

- লৈরি লাকখিনি। খোংনবকসু য়াম্না লৈরি। ঐনা পুন্না দুকান অমা হেক্তা লৈশিল্লকপনি।

ঐনা পায়রিবা পোৎ-চৈশিংদু মমাঙদা বোপ থাদরগা খোন কল্লপ্পা মখা তাই,

- করিনো নুপী নঙনা তৌরিসিবো? হা - ?

- মোই বাবাদি হোয়েন বাই বাই তৌবা লেঙপ্রনিদো।

মোং হাদনা নোক্সি নোক্সি খোয়দৌ শিক্লা মখা তারকই,

- হয়েং অয়ুক অনৌবা চহীগা লোয়ননা য়ূমদা লেঙবীরকপদা ওক্লবাইনা রিয়ারসেল তৌরিবনি অঙাংশিংসে।

ঐ তন্দুনা ব্রা ঙাঙদ্রে। ইমুঙদা চঙশিল্লি। গ্রেৎ কোৎতু পায়রগা চৎনা চৎনা লিৎশিন,

- হৈ হৈ! তৌদুনা তৌরদি চোপ্তনবা হোৎনৌকো।

হায়রন্নগা অদুম থোরক্লে।

- ঐখোয় ব্রারী অহম তামিন্নরে। মরক থৎনা চাক চারাসিমদি হাউ-হাউতবা পূন্না চামিন্নবা অমুক হোৎনরসি।

য়ূম্নুনা চাক তাক্লকই। □

# ইমৌগী মতেং পাংগে

- ইমা ! ইমা ! হৌগৎলসি । ঈশিং মাইশিংকা লৈরে । হকচাং শেংদোক্লসি । চা কাসু লোইরে ।

ফম্মাওদা লেপ্তুনা মেমথোইনা মনেম্বু হৌদোকই, মনেম্মা মপুক্লিঙ নুংশিনা খুন্নকই,

- হৈ ! হৈ ! মেমথোই ! চানুংকা লায়রি । ইবোচৌবদো হৌদোকউ । ঙসিদি অ-হ-হম ব্রা খর ঙাঙনদবা য়াদ্রে ।

- হোই ! হোই ! ইমা । অদু ব্রারী শানবা খর কম্নবা, চা কাসে হান্না থক্তোকখিসে ।

নান্না শিক্তক-চেংতকপা মাঙোলদুদা মোরা অমদা ফম, ব্রাখল খন্না খন্না চা থক্লি মনেম । লৈমায়দা মীৎয়েং থম, মচা মমৌ অনী কৌরকই,

- হাই ! হাই ! ইবোচৌবা ! হৌগৎলকউ । মেমথোই নঙসু থোরকউ লাও । ঙসিদি অরেপ্পা অমা হায়নসিকো । সুম হায়না য়ুম পানবসে মীগী মমাঙদা ঐ য়াম্না ঈকাইশিল্লকএ ।

মচা মমৌ অনীদু হৈনিঙদনা থোরক্তুনা ফম্মি । মনেম্মা মথা তারকই,

- ঐ নহালমখৈ ঙাঙলোয়-শক্লোই, নশা নশা লাইরিক লাইগু হৈনরবা ঙাক্তনি, নোংমা মরাইনা ফজরক্কনি খন্দুনা লৈরকপনি । অদুবু হায়দবা য়ারক্তে ।

নাকোয়ননা মরাল লৈজদ্রবী মমৌদা মচানুপাগী মরাল থংজিন্দুনা ঙাঙবা হৌরকই,

- করিগীনো মেমথোই নঙনা নঙগী নুপাসি থাসি থানৌ হৌবা য়ুরাইচুবা অঙাওবনি খঙনা খঙনা চীন্দা-পৌদানদুনা খৎনরিবদি ?

- কৈনোনে, ইমানা ঐবু থাসি থানৌ হৌবা অঙাওবা হায়রিবসিবু ইমাদা কন্নানা হায়রক্তে ?

মচানুপানা ইঙক ঙক্লা হংলকই। মমানা মথা তারকই,

- মী কনানা হায়দ্রবসু মচাগী মওং-মতৌ খঙফম থোকপা মমা ঐনা হায়রিবসিনি । ঙাওদ্রগবু ঈ মতুমদৈ চাউনবা য়োক্লকপা, কদায়দা শোয়খিদগে হায়দুনা থব্রায় খুবাক্তা হাপ্তুনা য়োকচরকপী মমাদবু অদুক তমথীবা ব্রাঙাং-শঙাঙ ঙাঙবা হৌনব্রা ? নঙগী নুপীনি হায়দুনা লৈরিবা, চাবা, তুম্বা মচেৎ নঙগী অমসুং নচাশিংগী হোৎনজরিবা ইমৌসিবু শা ষণ ফূবদৌনা নুপানি ঙস্মি মতাঙম ঈহিং -নাইহিং শাখে ফূবা ঙল্লিবা অদুগীসু মথক্ত, পিক্লিবা নচাশিংসিনা হিংচা য়াইতম্বগী মতৌদুদা কি পাখৎতুনা কপ-লাউনা কোয়চেন চেনখিবা ।

নুংহিক্লনা মখা তারকই ।

- মদুদা মীনুংশি হায়বদো মচেৎ অমত্ত পোকখিদ্রবা নঙবু কনানা ঙাওদে হায়দৌরি ? হা- ?

- তোকঅসিসে ইমা ! মসি ব্রাসি । মী তাপ্রগা ঈকাইজে ।

মচানুপানা তৌফম খঙদনা খুদৈ কুঞ্জানা মমায় তৈথোক তৈথোক্লা খুম্নকই ।

- করি ? মী তপ্রগা ঈকাইজে হায়বা ? আ-হা-য়ো নোক্তুম নোক্লিঙইনে । নঙনা ঙরাং ঙাঙখি-শকখিবা, ইমৌগী অউন কোল্লিক লংখায় থুগায়খিবদো য়ুম্নোম্নবশিং তারম্মোইদ্রা ? হা ! তারম্মোইদ্রাইবা ? অদুদৈ হেন্দোক্লনা লৈকায়গী মৈরা পায়বী ইচে ইচল, ইচা ইমৌশিং ময়ামদুনা চুম্নদগী খামজবা অদুফাওবা নঙনা কয়া থীনা হায়খি । ঙাওরবনিনা নঙদি নিঙশিংলম্মোইনেকো ? ঐগী মায় য়েংদুনা নঙবু খোঙ্গোয়নবীরমদবনি । কয়ারক ঐগী মায় য়েংবীখিবনি !

- ফরেসে ইমা ! তোক্লসি । ঐ তৌফম অমা খঙলক্রে । ঙসিদৈ য়ুকা অমত্ত থকচররোইসে ।

মপুরোয়বনা য়ু থক্লরোই হায়রকপদুদা নুংঙাইজবনা মমীৎতা ঈরা চেম্নকই, মেমথোই । ব্রা-লান অমত্ত ঙাঙদা লুকথদুনা ফম্নি । মনেম্মা মখা শমথরকই,

- নঙনা য়ু থক্লরোই হায়বসে কয়ারক শুম্রে ? মশিঙ পন্দুনা ব্রাশক্লবা লাইবু লৈরিব্রা ?

মীৎলু পিরাং ঈহৌনা নিংঙমদনা মখা তারকই,

- নঙবু নহে-নশিং তমহল্লকএ । সরকারগী থবক মচা অমা তৌজরে । নয়ূম পান্দুনা নচা নাউরোন অনী কারে । হৌজিক্তি নঙনা করি তৌফম থোকই হায়বদু নশানা খঙফম থোকপনি । অদুবু ঙাওরবনিনা খঙজদ্রে নৎত্রা ? য়ারে । ঐ করিসু ব্রারৌদে ।

- ইমা ! ঐ তাবা য়াম্না ব্রারে । চঙজপ্রগে ।

মমৌনা ফিজিনা মপি তৈথোক তৈথোক্লা হায়জে । মনেম্মা মখা তারকই ,

- হম ! ঙাইখো ! সে, সে ! ঐ রা হায়গে । ইমৌ নঙসু য়ূম অসিদা লৈবদা নপূন্সিদো পুক্লিঙ লৈতানা হিংবা ঙম্লরোই । শেম্বা ঙম্মি হায়রগা নচাশিংসে পুরগা নপামদা লৈরুরো । অদুগা ইবোচৌবা ! নঙনা নচা য়াওনর য়াওদনরা, সরকারগী কাতরদরা নৎত্রগা ভারাদরা ঙসিদগী লৈরুরো ।

শিরোইননা মখা তারকই,

- ঐগীদমক্তি করিমত খল্লুনু । ইমানি হায়দুনা নঙনা পুন্সি লোমগদৌরবী ঐবু সেবা তৌবীবদো ইমা খুয়া তুশিংকদবা মান্দ্রে । শাংলবা পুন্সিসিদি লেল্লকপা ঙম্নগা তেনখ্রবা শিবা মতমখক ঙাইবদি কৈসু নৎত্রে ।

নিংঙমদবা মনেমগী রাহে তারগা কনাদা করি রাকৎচনবগী পাঙ্গল লৈজদ্রবী মমৌনুপীদু হিক হিক কপ্লকই । হায়রকই,

- ঐ চৎলোই । ঐ, ঐ কদায়দসু চৎলোই । ইমাগী সেবা তৌখিনিয়ে।

মমায় লুকথদুনা লৈমায়দা খুদোম্বীনা খোৎ, পিগী ঈরা চেম্ন ফম্লম্বা ইবোচৌ ফুক হৌগৎতুনা মমাদা খুরুমই । হায়জরকই,

- ইমা তশেংনা ঐ লানগ্রে । মতুংদা অমুক তৌজররোই হন্দকমুক্তদি ঙাকপীয়ু ।

- ঙাকপীবা ! অদুদি নঙনা হায়জদ্রবসু মমাগীদি মথৌনি ।মমানা মচাবু ঙাপীদুনত লৈ হায়দুনা হম্না হম্না লঙজররুগদি খাঙবা ঙম্বা হৌনদে । ঐ মমানি নুপীনি । ইশাগী ইথৌদি তৌদবা য়াদে । নখোয় অনী তোঙান তোঙান লৈগেরা পূনগেরা মদু নোই অপাম্বনি । মদুদা ঐনা খূৎ থিংজিনফম থোক্তে । অদুগা য়ূমসিদা নখোয়গা পূম্না লৈবদি ঐ পামজদ্রে । ঐ ইশাগী ঈকায়খুম্নবা ঙাক্না শিজনিঙই ।

তপ্না শৌদুনা হৌগৎলগা মাগী কা তম্না চৎখি । অফ ফত্ত মশক খঙজদ্রিবা মশুনুপা নুপী অনীদু চঙলকই । মবোক্কী ফম্মাঙদা ক্রোং ক্রাং থাদরে । মবোক্ত হায়,

- বোবোক ! বোবোক ! য়েংউনেসে ! অখোয় বাবানা ঙরাং য়ু ঙাওরগা থুগায়রিনিনে সে ।

অঙাংশিংদুগী মতৌদুদা নোকসু নোক্লিঙ, খল্লুরগা শাউসু শাউনিঙ মবোক্না লাউরকই,

- পুপ্রো চৎলু, নপাদা পীরু । য়ুগা শিন্নরগা থকউ হায়রু ।

অঙাং অনীদু কোল্লিক অকায় অতোয়দু পরপ পরপ অমূক খুজিন য়োমশিন্নে ফিজিদা। মাঙোলদা উংদুনা ফন্নিবা মপাগী মনাক্ত থাদরগা হায়,

- বাবা ! তু, হোরেন য়ুগা শিন্নরগা থকউ'য়ে বোবোক্লা।

মখূৎ মশা ফৎ ফৎ কল্লোক্লে। মপাদা মুনা মনা য়েংই। নুপামচাদুনা মচমুপীদুগী মখূৎ পায়দুনা চিংলগা হায়রকই,

- চঙলসি লাকও চনচন চাক চারুরসি। লাইরিক তমচৎ থেঙখিনি।

মথব্রায় নুংঙাইতনা ফমুঙদা হিপ্লিবী মনেমদা মমৌনা হায়জে,

- ইমা ! চাকসি শারিঙৈদা খিত্তং চাথোক্লবা তৌরসি।

- অঙাংশিংদি ?

- চারগা স্কুল চৎখ্রে।

- মপা ইবুংঙোদি ?

- চাখ্রে। ওফিস চৎখ্রে।

- নঙোন্দদি করি করিদি হায়রম্মি হা ?

- ব্রা মচেৎ অমত্ত ঙাওলমদে।

- ইবেম্মা ঐদি চাকপু চানিঙদেদা।

- অশাবসে চখোম অমত্ত ওইরবসু চানবা তৌসি ইমা। ঈশিং মাইশিংকা লোইনা লৈহৌরবনি। চাইথরসি। ঐ ইমাগী ঙা মচা অমনীদা তাওরুখিগে।

চাকশঙলোমদা চঙখি মেমথোই। মনেম্মা শোঙ্গে,

- মরাইবক থীখ্রেদকো ইমৌসে। য়ুম পাম্বগী নুংঙাইবা হায়বদু মচেৎ অমত্ত হেক ফংজদেদকো। মাই মশাসিদা অশাউবা মচেৎ অমত্ত হেক উদে। ফৎতে। ইচানেদুঙাই ফৎতে।

চাক চানা চানা মনি মমৌ ব্রারী শান্নরী। মনেম্মা হায়,

- ইবেম্মা ! ইনেম ব্রা অমা হায়গে। নঙনা খাঙলিবা অব্রাসে উবদা খন্নুবদা ঐ লৈফম চাফম খঙদ্রে। নবুং নৌপ্পা হায়রা অব্রাৎপা মী হায়দু অমত্ত নৎতে। ইচানি হায়দুনা য়ুরাই চুবসিগা লৈমিন্নদনা নঙ পুক্নিঙ লৈতানা য়ুম পাম্বা ঙম্মি থাজদ্রে। মাসু মানা থোকপা তৌরসনু ঙাওগেরা ফৈগেরা নপামদা নুংঙাইনা লৈথোক্লুরো ইবেম্মা কান্নররোই।

- ইমা ! য়ু থক্কুবদি য়াম্না ফৈয়ে ।

মনেমগী পুক্কিঙ ফাথনবা হায়রকই মমৌনা,

- অদুবু কমদৌনা থকপ্নিবা য়ুনো খঙদে । ইমানা তাকপরিদো য়াম্নবুদি ফবা, অদুদা—।

- অদুদা কৈদৌরবা ?

- য়ুম পাম্নি হায়দুনা লাকঅগা নুপা ফংত্রেদনা ইপামদা চেন্নসি ইমা,

- নঙ পামদে, নংত্রা ?

- হোই ইমা । ইরায়বক্লা থোকঅরবনিনা মায়োক্লগে খঞ্জরিবা ।

- অদুবু ইবেম্মা । নশাদু ঈহিং-নাইহিং শারেনে । ফজরমখ্রবা ইমৌগী শক্তো কৈনোম তৌখ্রেনে । নোংমা শোয়দনা মাগী খুত্তা নঙবু শিবা তারেনে । ঐসু নুপীনি । নুপীগী অস্রাবদো মুম্না খঙই ।

- ইমা ! শিন্নগা শিবা হায়দুনি ।

মোমোন্নদা মমৌনা খুন্নকই । মথা তারকই,

- কমদৌরুনি ? ঐনা ঙম্মগা মাবু য়ু পীথক্কবা হোৎনবা ; সিনি ঐনা লাইনিঙ ওইরিসি ইমা !

- ফরে ফরে । ইমৌনবু অদু য়ৌরদি ।

মনেম্মা থৌনা হাপ্তুনা পাউখুন্নকই,

- থম্নায়সি হেক থারফাও ঐনা ঙম্বা নতেং পাংগে । কন্নি করম্বা লৌশিংনো তৌ, য়েংসি ।

- ঙসিদি ইমা ! ম্রারসু ম্রানা অঙাংশিংসি খর য়েংবীরম্মু । ইবুং দাক্তরদুগা কৈনোমত তায়রুগে; য়ু থকপসি খংতোক তোকপসি পুস্নিগন্দেয়ে ।

- তৌ তৌ । নশাগী নপোৎ চেকশিঞ্জবা, ফননবা হোৎনবা নশাগী নথৌনি । ঐসু নুপীনিদনা পাংগে; অঙম্বা ইমৌগী মতেং পাংগে ।

মথম্মোয় শোক্লা হিক্লা হিক্লা মথা শমথরকই,

- ইবেম্মা ! অমত্ত ঙায়জবা ইচানুপা মানা অসুম্না য়ুরাই চুদুনা লৈবসে থম্মোয় পুবা য়াবপোৎ নত্তেনে ।

নোংমা নিনীদু য়ুকা অমত্ত থক্লক্তে ইবোচৌ । মনি মমৌ চিবোন চিবোন নুংঙাই ম্রারী শানৈ । মমাদি শাউশিন্নদুনা মচাদা কৌদে ঙাঙদে । নোম্নি নোম্নি মমৌদা হায়,

- ইবেম্মা ! সুমহায়না তৌরদি মীবু খর মাল্লেনে । য়ুরাই চুদুনা কনাই মশক্কসি অমত্ত য়েংবা য়াদ্রে হায়মি । করিদবু হাউদুনা করিদবু নুংঙাইদুনা থক্করিবা য়ুনো খঙদে । য়ুমগী নুপী পুম্নমক্নে য়ুনা থম্মোয়দা য়ূনরপোৎনিনে ।

নুংথিলগী পুঙ মরি তারকপা , ওফিসকী কাশিংদা মথুম মরাঙ হৌনরকই । ইবোচৌগী তেবল মনাক্ত কেরানি অমা চঙলক্লগা হায়রে,

- ইবোচৌ সাহেব ! কৈনো ঙসি নিনী হম্নিসিবু পার্টিকা ইপূন পূনখিদ্রে । অমা হোংবীরজাৎলো ?

- মনি সাহেব ! হকচাংসি কয়া নুংঙাইতবগা ইমানগা য়াম্না নুংঙাইতনা ঙাঙ শকপদুদা মসি পোথারসিরা খল্লে ।

- এ ! খরদি চেকশিন্নীয়ু সাহেব । ইন্দ্রবাবুদুসু হিদাক খংতোক তোকপদে মশাদু কামখৎতুনা অদুম চৎখিকো ।

মমাঙমক্তদা থোকখিবদু নিঙশিংলগা খংচিং চিংনরকই । অমদুনা মথন্নায় য়াওনা মখা তারকই,

- পোথাবীগে খন্নীরসু চাং নাইনা খর খর হস্থবীরগা লেপ্লিয়ু সাহেব ।

থোকখিবদা ঙায়রি । অমা অমুক চঙলক্তুনা হায়রে,

- কৈদৌবীখ্রগে সাহেব ? ময়াম পূন্নকসি ইয়াও য়াওবীখিদ্রে । তোকপিগে হায়রসু খংথাদি থাদোকপিনুকো । সুম পূল্লম্বনিনা লাকখিদৌবোইদা নিঙনবদুনিদা ।

- খঙদ্রেদা সাহেব ! ঐনা তৌরিসি । নুঙলক্কী হা তারেদা । চাসি মরু, হন্দোক্লি মতোং হায়দু চপচানা তারে ।

য়ু থক্লক্তবগী খরগীমখৈ নুংঙাইজরবসু মেমথোইগী মপুক্লিঙদদি “ খংতোক তোকপা ফৎতে ” হায়বগী ব্রাখলনা ইচিং চিংনজে । নুমিদাং ফনা থেংল ফাওবা ইবোচৌ য়ুমদা হল্লিল্লক্লি । মনেম্না হায়রকই,

- ফনা থেঙলেদা ইবেমশা ! হৌজিকফাও হল্লক্লিসিনদি শোয়দনা থকচিল্লগা লাকঅনিনে ।

হায়নরিঙৈ থোঙ্গালদা লৈয়েং ফাইনা ঙাঙ ঙাঙদুনা চঙলকই,

- মরল্লা থকপসু নত্তবা ইরম্না থকচবা ; মোইনা শিবীদৌসু নত্তবা ইতোমত শিজদৌবা; মসিদা ব্রাবীরিনি কাইনা তৌরিনে । হা-হা কাম্নদবদা

পোদোন খর পায়রগা মরু কোকথোকএগা, হা লিক্রি য়ানশিন্নেকাইনা তৌরিবা। তৌগে হায়রগনা থিংদৌ শরুক থক্তনবা তৌগে তৌ।

মমানা খৌদেন্নকপা তাবদগী খর হেক নেমথে। মেমথোইনা পরপ পরপ চেঙ্গোক্তুনা থেমজে,

- মোই বাবা ! তুমিন্না য়ুমদা চঙগগা অমুক্ত পোথাসি। ঐখোয় লৈকায়সে সেক্যুরিত্তিনা পুমকোয় কোয়শিনখ্রবনি।

- মোইসু মোই মথৌ তৌজবনি কৈনো।

- ইমাসুনে মাঙ্গোলদা ফমদুনা মোইবাবা ঙাইরিবনি।

- হোই ! ইমাই ব্রা ওইরবদি ফবা।

থেমদুনা পুশিল্লি।

শেৎলিবা ফিজোলদু তুং মাঙ য়েংলগা মাঙ্গোলদা ফমদুনা য়েংলিবী মনেমদা হংজে,

- ঐনা শেৎলি চারিবসি ইমা ! মোই ওফিসতুদা চঙখিবদা চোপ্পরোইকো ?

- কৈদৌনা চোপচরুনেগে। ইমৌমুক ফজবা অমত্তবু য়াওরল্লোই।

- অদু ইমা ! ঙসিদি অঙাংশিংগা চাক্তো ঙন্তা চাথোকপিরম্মো।ঐনা হায়জবদো কাউনিকো।

নোকফেৎ তৌনা, মমৌনা কেনা থোকখিবদু য়েংহৌই। শোঙ্গহৌই,

- মানা তৌদৌরিসিবু করিনোনে ?

হংলগা মপুরোইবনা ফল্লিবা ওফিস কাদুদা চঙশিল্লি। ময়ামদু য়েংনৈ। হেক উবদা ইবোচৌনা ইঙক ঙক্লা হংলকই,

- হৈ ! নঙদি কৈদৌবা লাকইনো ? কৈদৌবা য়াওরে ?

- ইমাদো মশা নুংঙাইতে হায়হৌই অদুদা কমদৌসিগে খন্নবা কৌ লাকইনে।

- এ ! ইমাবো ? অদুদি চৎ তারেদনা।

মমাঙদৈ চে-চাংকাতু লোইশিন খমজিল্লি। ময়ামদুদা হায়রকই,

- ঙসিদি ময়াম ব্রারৌবীবা য়াদ্রে। ইমাদু মশা ঙমদেদনা কৌবা লাকএ। ঐ খিত্তং হাঞ্জরম তারে।

কেরানি নুপীশিংদু চিবোন চিবোন ঙাঙনৈ। খর মচীন য়াংবী লৈশাবীদুনা হংলকই,

- তামোচৌখোয় ইনস্মরা লাকইসিবো ?

- হোই ! মানি হায় তারে ঈকাই ঈকাই ।

- শক্কাদি শেৎলিকো ।

মাঙ থারগা ইবোচৌ পরপ পরপ মমাগী কাদা চঙশিল্লি। ফম্মাঙদা লেপ্তুনা কৌই,

- ইমা ! ইমা !

শোম্থাংননা মমানা খুন্নকই,

- হাউনে ! কনানো ?

- ঐনে ইমা ! ইবোচৌ ।

- করিনো ?

- হকচাং ঙমদে হায়বু করম হায়না তৌরিনো ?

- হকচাং ঙমদববু করম হায়না তৌরিনো হায়সিবু করি মতৌনোনে ?

য়াওন্নবা হোৎনৈ,

- অয়ো ইমা ! ঙমদবুদি ঙমদবনিদনা ।

- অদু দাক্তর অমা কৌনবা তৌসিরা ?

- কৌরুনু কৈকায়ো । মরাইনা ফজখিনি ।

- অদুদি হিদাক লাংথক্তি কমহায়না তৌনি ?

- হিদাক্কা ফগদবা অনাবা নৎতে । করিমত চানিঙ থক্লিঙদে । ব্রারৈনি, পোথাজরুরো ।

মমাগী লাইবক অমদি মখোঙকা পায়দুনা য়েংই । মমাগী ব্রাহৈশিংদু তারগা খঙ্জে,

- ইমানা ব্রারৌবসি হৌজিকফাও ফৎত্রিমানে ।

হায়জরকই,

- ইমা ! ঐ ফিকা হোংদোকউখিগে । অদুগা করি করিনো তৌবাইদুনি ।

মাগী কাদা ফি হোংদোক্লবা কম্না হোৎনরি। থোঙজিন্দা লেপ্তুনা মেমথোইনা হ্যনরকই,

- মোই বাবা ! ফি-রোল হোংদোকপিরদি ঈশিং অশাবকা লৈহৌরবনি , মায় মীৎকা শেংনা তাথোকপিরগা চঙবীরকখোকো ।

" কৈদৌরজাৎনো খন " মমায় মমীৎ তৈথোক তৈথোক্লা চঙলকই। তৌরম্মিবদু হেক উবদা ইঙক ঙক্লা হংলকই,

- হৈ ! করিনো তৌরিসিদি মেমথোইবী ? হোতেলকা মাপ্লে ।

- আগী হোতেলদুগী মহাওগা ঐগীসিগা করম্বনা হেনগে য়েংবীয়ু ।

সাইদ তেবলদা থম্লিবা প্লেত অদুদা হাপ্লিবকদু মুন্না য়েংই ইবোচৌ । হংলকই,

- করিনো সিবো ? হাউদৌদি মাল্লিহে ।

- মারি চগেম্লে । চারগা য়েংবীয়ু মারি য়াম্রাইনা ।

চামচ অদুনা কোৎলগা চাদুনা য়েংই । হায়,

- হৈ ! মেমথোই ! মসিদি মহাও অমনিহে ।

থারিবা মোরাদুদা ফমথৈ । কোৎ কোৎতুনা খর চাথোকই । মোমোম্লনা মেমথোইনা হায়জিল্লি,

- খরগা চাশিন্বীয়ু, ফিগা থানবা ।

মাসু মোরা অমদা ফমথৈ । নাকন্দে অচেপ্পা লিক্লিদু পায়রগা মখুম হাংদোকই, গ্লাসতা হৈরগা লানশিল্লি । মখূৎ ওইনা লৌন লৌনা ইবোচৌনা হংলকই ,

- কৈনো মেমথোই নঙনা তৌরিসিবো ? চগেম পোম্বসিসু য়েন ওইরমানেনে ?

- পৈশাসে মীনা অসুম লৌথিদৌ শরুক, ঐবুসু ইমানা হোতেল তৌরো হায়রে । অদুগুম্বা য়েন খূৎথোং অমুক্ত চারমথিরোই । ঐগীসিদি চাকখাউ নাবসু অদুম ফরদৌনি ।

- ঐনা খর খরা থকপসিফাও লৈকায় ব্রাথোক ওইরিসিদা, নঙনা য়ু হোতেল অমুক তৌথৎলকঅদি, অস ! শোয়দনা তাম্লোক্লকঅনি ।

- ঐগী হোতেলসিদি অতোপ্পা কনামত চঙ য়াপোন্তেদা ।

গ্লাস্তু থাঙৎতুনা চিংই । মঙৈ নিক্লা হায়রকই,

- অস ! নঙগী হিদাকসিদি কৈহে । কদায়দে লৌরুরিনো ?

- ঐগীসু খূৎফা লৈ । মচীন ঙাক্তনি ঐগীদি ।

খঙলে মেমথোই, চগেমপোম্বদুনা পূক থনগৎলকপগা, অফবা য়ু ওইবগা পেক অহুম মরিদৈ হেল্লা থকপা ব্লায়ে । হংজিল্লি,

- মোই বাবা ! খর হৈরকখোরা ? নতোমত সুম থকপদু নুংঙাইত্রগা ঐসু চিংবা য়াওরকওরা ।

- আইস ! মসি হিদাক্লিদি শাথীনা ফৈহে ।

লৈয়েং ফাইনা মখা তারকই,

- চানবসিসু খুফ অমনি । য়ারে । পেগ মচামত্তং পায়খিগে অরোইবা ওইনা । হৈ ! নুপী নুংশিবী ! নঙদি চিংবকাতি য়াওশিল্লক্কনুহৈ। কদায়দৈ ! নঙনা অদুম হায়নকা তৌরদি লৈকায় ব্লাথোক, ইমুঙ পুমচায়, লোইরেহৈ ।

- অদো চাক্তি ? খর পুথোরকঅগে ?

- হুম ! চাক য়ারে । নঙগী মারি চগেমসিনা সুম য়ারে । দার্লিং ! সুম হায়না পীজ পীথকঅদবু কৈদৌবৈ ভেন্দর চঙ্ঙুনেগে ফি মোৎনবা ।

- ঙসিগীদি য়ারবনিনা মোই বাবা ! নিঙথিনা পোথারসি ।

মঙক নোম্মি । মখূৎ মশা হামদোকপিরে । শৌদুনা ফমুঙদা থিনজিন্বী মেমথোইনা থেম্মি,

- সিয়ৌরদি পোথাবীরোকো । ইমাখোয়কাতু অমুক্ত য়েংশিল্লুখিগে ।

- হৈস ! ঙাইখোনহৈ, অঙাওবীসিদি !

- ঐ খঙঙেবা । ঙাইহাক লৈরগা লাক্লে । পোথারম্মো ।

নুমিৎ হুম্নি মানা থকপা চাং অদুদগী হেল্লা পীথক্লে । মতুংদগীদি অচৌবা লিক্লি অনীদুদগী লৌথোক্লিবা চাং অদুগা চপ মান্ন মান্ননা অরুম্বা অরূবা ঈশিং হৈজিল্লি । পীথকই । অয়ুক অঙম্বদুদা মেমথোইনা হায়জৈ,

- মোইবাবা ! খর ঙম্না হৌগৎসি । ঈশিং অশাবকা লৈহৌরবনি । ইরু মাইথজথোকপিরো হকচাংদু খর তেকখৎনবা । অঙাংশিংসে থাগী চাংয়েং অমা তৌনি লাইরিক খর তাকপিয়ু হায়য়ে । ইমুঙগী কুপ্নোম ময়াম হোৎন হোৎননা ঐনা তাকপিবদু মনিঙ থুংদ্রে । ফার্ষ্ট তাবা ঙম্মদি থাগী ফি হুল্লোইদৌরিনি । মোইবানা নিঙথিনা অমুক্ত তাকপিয়ু ।

- অস ! মেমথোই ।

তন্দে-মান্দে হৌগৎলগা ফমুঙদা ফম্মি । হায়,

- নঙগীসি বী, পি য়াওবা ব্রাহে ময়ামদুগী খুদোংচাবা লৌরগা পাখোক্সি ফজনা হেক্ত তকখৎলক্কদৌরিবো ।

- হৈমা ! কৈনোনে হায়বীরিদুবো ?

- হুম ! ঐনা হায়দি অউবা অতাবশিংনা ঐসি পুরা নঙনা শান্নবা মাল্লনেবা ।

- এ ! অদুই, ব্রাদিনে, তারি উরিবা ময়ামদো কমদৌগে হায়দু লোইনা খঙ উরবনি । অয়ুক ঙন্না ঙন্না অঙাং লাইরিক তাকপিবোইনা মাঙ্গোলদা অমুক্ত ফম্বিয়ুসে ।

শৎ লৈথরগা পাউমেঞ্জরকই,

- ইমা হায়র মশা ঙমদদুনা লৈরে । ঐ ইতোমতনা পূম্নমক শিন থুংনবা হোৎনবসিদি মতম্না হেক্ত হানখি। ঈশিং সনাবুল অমত্তং ফংনবা হোৎনবদা অয়ুক নৎত্রগা নুংথিন অমা কোন্নবা য়াওই । মোই বাবাসু মীৎ উইশিন্দুনা অমুক্তং খন্থবীয়ু । অঙম অঙম্বা খর পাংনদ্রদি কনাদনো মাঙজদোইসিবো ?

নুমিৎ খুদিং মপুরোয়বনু লৌবা চৎলি মেমথোই । রিক্সোদা হনমিন্নরকপদা মানা হায়জে,

- মোইবাবা ! ঐনা লুপা লিশিং কুম্ভা খর হেন্না তাবা মরুপ অমা য়াওবনি । মদু মথং থাদদি ফংলনি । ওফিস চৎপদা গাড়ী মচা অমফাও তোংদবসি নুংঙাইতদুনা ফরসু ফৎত্রসু অমত্তং লৈনবাইনা তৌবনে । লৈরদি অঙাংশিং থিন্দোক থিঞ্জিন্দসু খরদি শাফরনিদনা ।

মপুক্লিঙদদি নুংঙাইবা ফাওনা ইবোচৌনা করেম্নরকই,

- অওইরনে ? কায়দৈ পৈশানা য়াওরিবা মরুপ্নো ? নঙসি নবুক অমা ইশেং শেংদ্রজাৎলা ?

- কৈনোদা অসিবু ব্রানি কাইনা । নোংমা নাংমগী শীজিন্নগদবা শেলদুদৈ য়াম্না ব্রানা খপথরগা হোৎনজরিপোৎনি ।

- হোয়দহে ! মীসু পংতোংদা মতোংই । ঐখোয়সু অহম্ব'মা লৈরগা থৌগায়বাইসিনি ।

- অদু মোইবাবা ! গাড়ী অহন্বা অমা থৌগায়রেকাইনা হায়নগী ভেন্দর অমম্বীদুদা থৌজিনখিদৌজাংলা ? অদুম হায়নবু তৌরদি ঐখোয় অনীসে পুমতং অদুম তংনরে ।

- তৌররোইদা । অশেংবা ! য়ু থক্তবা য়াদৌ মাল্লকএ । কনামত ঐঙোন্দা হৌরক্লে, নঙ উবদা ঈকাইনরমানে ।

- লৈকায়গী মীনা মোইবাবাসে য়ুকা থকখিদ্রে হায়নরে । অদুগা ক্লবভকা মতেং পাংবীদুনা তৌবদো নহারোলশিং কয়াম হরাওই । মোইবাগী ৱারী ঙাক ঙায়দ্রে লৈকায়সে ।

য়ুগী ময়াক্তু হৈজল্লিবা ঈশিংগী চাং য়ামখংলকপদগী চমহল্লক্লে । অশেংবা মহাও মাওদ্রে । মনমদা মঙায়রক্লে । ময়াক য়াওদ্রবা, মম্মিংদা ঙায়রবা মহীদু থকপদা থুক লাওবা ওনিঙবা পোক্লক্লে । মনাতোন শুগংলগা মাগী নুপীদা হায়রকই,

- অস ! নুপী হিদাক্কসি শুকথক থকচনিঙদ্রে ঐ । মনম তাবদা পূক মথক মথা ওল্লকএদা ।

মোমোন নোক্লা মেমথোইনা খুম্নরকই,

- তোকঅসু য়ারনিদা । কুচু কুমেনকাতু নহালৱাই ঐগী তুং কোয়না ইম্নরিঙৈগীদু মাল্লকএ ।

- হৈমা ! ইমা তানিনহৈ ।

- ও ! ইবুংঙো ! সাহেবকী কুচু কুমেন্দু উবদা ইমাদো নাবকা পুম্ফ ফরে । থাজদ্রগা ইমাদা অমুক্ত হংবীরো ।

- হো ! ইবেম্মা ।

শোম্ফাংননা হায়রকই ইবোচৌনা,

- নঙসুনে অদুঙৈ লৈশারিঙৈগীদো হজিল্লকপসিদা ঐদি নুংশাবু থীজরকএ ।

ইশি শিনা নোম্নিমৈ । ☐

# ইনম্মা

য়ূমজাওদুগী দারীদা নিংঙাইদনা ফল্লি বীনা । মাঙ্গোলদা লেপ্লগা মপুরোইবনা হায়রকই,

- ফনা থেঙলম্মনিনে বীনা অহিংসে । কনাই ব্রাখম্নো নৌহৌনা উংখৎলকইদুবো ?

- ঐনা উংজরিসে তেংবাংবিগে খল্বীরদি ইনাক্সিদা অমুক্তং ফমথবীরকউ ।

- কৈনোনে হায়রিসিবু, উংনবসিসু তেংবাংনবা চৎনরকঅজাৎলা ?

- হুম !

থিক থিক নোকই । মখা তারকই,

- ঐগীসিদি উংম্মিন্নবদা করিম কায়রোইদবা । অদুনা হায়জরিনে । অমুক্ত ফজনা য়েংবীয়ুনে ।

মখূৎ পায়দুনা চিংথরগা নমদুনা মনাক্ত ফমহল্লি । মহৌশাবু শিংথারকই,

- ইঙনা, পুক্লিঙ হূরবা থাজগী মায়থোংসে, ঙৌরুনবা লৈচিলসিনা অমুক ফিরুক খুম্বীরিসে ।

- হোইনে ! থাজনা থাজ, লৈচিল্লা লৈচিল, অসুক পাক চাউখ্রবা, ঙমখৈ নাইদবা মালংসিদা মা মাগী লম্বীদা অদুম চৎচখিনি । অমত্ত থেঙ্গায়নরোই । কান্নদে থেঙলে । দোলাই তোংবীগীদমক ব্রাইকূপ পুবীনা ব্রাবীবগী ব্রাসি তোক্সি । পোথানবা তৌরসি লাকও ।

- তাইবঙ পাম্বসিবু মশক খঙহন্বীরক্লিবা নুংশিন্নবা অপোকপা অপোকপী অনীবু থাদোক্লক্নগা লম্লাম্বা যূমসিদা ব্রায়থুঙলরিবনিকো । মুন্না খল্লুরদি তামো ! নুপীগী পুল্লিসে নুংশিদ্রা ?

- নুংশি । নুংশিমন্দুনা ইনাক্তা থল্লিসিনি ।

নুমিদাংব্রায়রম, ঙাইহাক উনজহৌনবগী চেন্নবদা ইনখৎলক্লিবী শাবী শানৌশিং অব্রাবা অমা ওইনরি । মকে শেন্নদুনা মথন্ত য়াওজবী মচম্নুপী মেমসনা মাঙ্গোলদা লেপ্লগা মনম্মা কৌরকই,

- ইনম্মা ! ইনম্মা !

- করি হায়গে ইবেম্মা ?

- লুপা তরা কুন্দা পীয়ুদনা । অম্বাইফাউদা সুম চথোক্লুগে ।

- ঙাইখো ইবেম্মা ।

মথূৎ-মশা ফদিনা তৈথোক তৈথোক্লা চঙশিন্দুনা মচলগী মনাক্ত লেপ্লগা হায়রকই,

- নঙগী পৈশা হায়বদুবুদি ইনম্মা পীগে । নঙনে শেংনদি হায়য়ুকো । নহাক্কী থোঙনাউ মাপাগী য়েন্নখাদা তারিবা তলব মকু ময়ামসে নঙনা চাবগীরা ? অদুগা নঙগী কা হেক য়ৌবদা নন্নিবা জর্দা মনম; নহাক জর্দা ক্লাসু ফজনা শীজিন্নরব্রা ?

- হোই ইনম্মা ।

য়াম্না থৌশা-ব্রাশাদনা খুন্নকই,

- মতমগী চৎনবীনিনা মীসু পংচা চানবদুদা ঐসু অদুম খর শীজিন্নরে হায় তারে ।

- ইনম্মনা নঙবু য়াম্না নুংশি । ফহন্নিঙ্ঙি । ঐ কৈনোমত হায়গে । নহাক ব্রারৌবদি তৌগনু ।

য়াম্না তানিঙদবগী মওংদা মমায় লৈথোক লৈথোক্লুনা লেপ্লি । মনম্মনা মখা তারকই,

- তলব অমদি জর্দা শীজিন্নবনা হকচাংগী ঈচেলসি পঙথহল্লি। মদুনা শিংলী নাউরীশিং তন্দে-মান্দেনহল্লি । লোয়ননা থোপসে হৈনিঙহন্দে । মরম

ময়ামসিনা ইশাগী ইথৌ মীরায়রক্কুনা পুন্সি ঈচেল নাথেরক্কবগী অচৌবা মচাক অমা ওইরোই হায়নিঙ্ঙাই লৈতে । হকচাংদা কায়বসু নত্তবদুবু থাদোক্কবা হোৎনসিবা ইবেম্মা ।

- কৈনোদা ইনম্মা ? লৈশারিঙৈ ইপামদা নিঙোল ওইনা লৈরিঙৈদা খর কেথোকচবা অদুগা নিঙ-তমজবসিবু কয়াম কায়রগে ? হয়েং মী ময়ুমদা তৌরু' য়াদ্রা ? মী কনা কনাদা ফত্তবা ওইরসু ঐখোয়দদি কৈসু তৌবীরোই ।

মনম্মনা মোমোন্নমা পাউখুন্নকই ,

- ইবেম্মা ! ফত্তবা হায়বসিমক্তবু নুংঙাইথোকপা হৈনবা ঐখোয় মীওইবদদি য়াম্না চুশিন্নে । হৈনগ্রবা শাজৎ লীচৎ হায়বসি ফৎতে খঙলবসু লাপথোক্কবা য়াম্না ব্রানা থোকই । নুপা নহানা পংতৌ তৌই হায়দুনা নুপী ঐখোয়সু হেক্তা তৌগনি হায়বা ব্রাখল্লোনসে খর থাদোক্লি । নুপা অমসুং নুপীগী হকচাংগী খেন্নবদু খর খঙজিন্না চুমগনি । মহৌশানা নুপীগী হকচাংসি অথোৎপা অমেঙবথক্লা শেম্বীরম্মি । লাইবক থীবা অমনা মমা ওইনবগী থৌদাং অমা পীরম্বসিনি । অদুনা নুপী ঐখোয়সে তঙাইফদনা হকচাং ফনা লৈবা য়াম্না মথৌ তাই । ইচন্না কেথোকচবা অমদি নিঙ-তমজবদা ঐনা অথিংবা অয়েৎপা অমত্ত পীনিঙদে । পীসু পীরোই । অদুবু ঐনা পীগদৌরিবা য়ামদ্রবা লুপা খরসিনা নহাক্কী শাজৎ-লীচৎ ফৈরেংনবরোমদা পুক্লিঙ থৌগৎপদি পামজদবা অদুথক্কী ব্রানি ।

- হেরা ইনম্মা !

শাউনা মমায় লৈথোক্লগা খুন্নকই,

- তাগেনা তাবনি । কনা নত্তেনা হায়বৈ ব্রানি । অদুক কোইনা তাকপিদ্রবসু পীনিঙদ্রগা পীনিঙদে কোক হায়র' লোইরদুবু ।

ফৎ লৈথোক্কুনা চৎখি ।

- ঙাইখোনে ইবেম্মা নঙবো । ইসে ! চৎগ্রেনে । ওম্ভোকপনিদা । কয়াদ লাম্না লৌগ্রবনো ?

ঙাঙনা ঙাঙনা ইমুঙলোমদা মমায় হেক ওনশিন্নকপদা থোঙজিন্দা ঙসাইমখৈ তা- য়েংদুনা লৈরম্বী মনেম্না ব্রারৌনা ঙাঙলকই,

- হো ! কৈদৌরগে ইবেম্মহোই ? নচম্নেনা অনীগুবসু নত্তবা, লুপা তন্না কুন্দা পীয়ু হায়জবদুবু কয়াম পাম্মুরজাৎনো ? থম্মোয়নসি য়াম্না কন্নরকএদকো ।

ফেৎ লাউনা ইমুঙদা চঙখি । খুম্বা নংহৌদা, বীনা হায়ফম তৌফম খঙদনা শোঞ্জহৌই,

- ঐনা লাল্লদ্রনে ?

ওফিস চৎলমদায়গী মপুরোয়বনা ফি-রোল শেৎপদু মতেং পাংনা পাংনা বীনানা হংজে ,

- তামো ! কৈদৌঙেনো ত্রেন্নিং অমা চৎকনি হায়দুবো, করি লমদনো ?

- হন্দক থাগী তরামঙাদা খোঙশানগদবনি । রাজস্থান্দনি ।

- করি ত্রেন্নিংনো ? কয়া কুইনা চৎতোইনো ?

- লৈনুঙগী ঈশিংগী মরমদনি । কুইরোইদা চহী অমরোমদনিদা ।

- হোই ! চহী অমা হায়বসি অমরোমদবুদি কৈসু নত্তেকো । ইমানা ঐবু কয়া য়ানিঙদবগুম তৌই । নোংমত হরাও হরাওনা তৌবীদবসিদা চহী অমা খাঙগদবসি অস !

- বা ! মদুদা অদুক য়াম্না ব্রাথরিদুবু ঈকাইদ্রা ? বাবাগা তৎতনা পাউ ফাউদোক্লৌ । ঐগী ইথক্ত বাবা লৈরিবনি । নঙ নশানা নশাগী থৌদাং অমদি নথৌ খঙফম থোকই । নঙগী অচুম্বা অমদি অফবা থবক্তো বাবাদা মরীক চুম্না খঙহল্লু । ইমা মতোমত ব্রাখল লাকচনি । চানিঙঙি হায়দুনসু খূৎ অনী থাবা য়াদে’দো চুম্মবনি ।

ব্রা-লান অমত্ত ঙাঙদ, তুমিল ফন্রি অহলদু ফম্মেন ফক্তদা । লোয়নবীদু থোক্লকই । মখূৎও-মশাও হায়রে,

- কমদৌসিগে মোই বাবা ! ইমুঙসিবো ?

তপ্পা অহলদুনা হংলকই,

- ইমুঙ করি তৌরগেনে মমা ?

- নমৌনুপীনেনা চহী ওন্দ্রি । লাইরিক হৈবীরা, হৈতবীরা খঙজদে ।

শুম শুপচিল্লক, ইমাইপেমা ! চহীকা ফারদি ইমুঙসি মাই মখাদা লোয়না লৈ তারিনে ।

- হোইনে ! ইমৌনুপীনা নখোয়দা করি তৌরবগেনে হা- ? থবক পোথারমদাইগী পুক্নিঙসে লৈতাদবা মতমসিদা ঘ্রাখলসি হেন্না চফক্লনবা তৌগনুদা মমা ।

- ইচা নিঙোল অমখক্তং য়াওবসিগা, অমুক্তোইবা লোয়বী নুপী য়েংশিন্নবদুমঙাই তৌরিবা ।

মখূৎ য়ান্দুনা মখা তারকই,

- মপামদগী করিবু হেন্না পুরক্তুনা তৌজ-শারিবা ! ইমাই ইমাই ! হৌজিক কানগী মৌশিংসিবু সুমহাইনা লোইনা তৌরমগদ্রা ? ইচানুপাসু মপান্দা ত্রেনিঙনেনা চৎখ্রে । থা থাগী তলবতি ফংফম থোক্লা ? মদুসু কদায়দা থন্নিবনো খঙদে । পৈশামসু উজদে । নত্তে ! নমৌসিনা তৌরিসি মোইবাদি করিমত হায়বীদ্রেনেকো ?

- ঙাইখোনে নুপী নঙবো, নঙনা ঙাঙলি-শক্লিবা ময়ামদুবু ঐবু ভাব অমা ইতা তাদ্রিনে । মৌসিনা নচা নুপীদা করি হায়রে হায়বগেনে ?

- নিঙোলনবু মপামদা লৈরিঙেদা খর নুংঙাইজহৌদনবু হয়েং মীগী ময়ূমদা তৌরু য়াগদ্রা ? তলব, জর্দা খর চাজবসু হেক তুকা থি থিদুনা য়েংশিল্লিবা, করি কৈদানো খঙজদ্রে ।

- হৈমা ! মহৈ মশিং তম্বদা পুক্নিঙ চঙনা হোৎনদুনা মতিক চাবী নুপী অমা ওইনবা হোৎনগেদি হায়দ্রদুনা মাদি তলব, জর্দা চাদুনা মশাবু ময়ায় কাবা চিঙ্গাক্ত লায়চুনবা তৌরিবদি করিগীনি হায়গে হা-?মদুনা মশাদা অমদি খুন্নাইসিদা করি অফব মহয় পীগনি হায়দুনা তৌরিবনি হায়গে ?

মোং-হাদনা অহলদুনা হংলকই । তাবদা ফ্রং শাউগৎতুনা মমানা ঙাঙলকই,

- ঐদি নহালথে খঙবু খঙজদে, ইমুঙসিদি মীচঙকা য়াম্না ফজনা খোম্নরম্মজাৎনিনা । নত্তে, ইচাসে লৈশাবীনে লৈশাবী; ক্না মতপ অমা চাদুনা মচীন্বান তঙাং তঙাং লৈবদো ঐদি মীৎ পেঞ্জখ্রে । চীন্বান তাইফেৎ তাই, করিগী ইচাবু মঙ্গারকপদৌনা লৈহঞ্জরুনেগে ?

- চপ হেক মায়েদা নোই নমা নচাসে । ময়ায় কাবা পোৎকী অফ ফত্তসিবু নঙবু খঙদ্রজাংলা ? নঙগী চহী মতাংদুদা পাউতাক অমুক পীনখিদ্রা ?

- য়ারে য়ারে, মোইবাবা ! য়ারে । শাংলবা চহীসে ইমুঙসিদা অসুম্না অমুক্তসু ঙাঙনজরক্তি । ইমা ইচানা ফত্তবাইদো তারে । মোই বাবাগী থাগী তলবতগী খর খর থাইবীগেরা থাইবীরোইরা, শিবদি হেক য়াদবনিনা ঙম্নবা হোৎনজবাইদু তারে । ঙসিদৈনিনে তোঙান চানরসি । মদুনা ইমুঙসি মহী লাঙলরোই ।

ইল্লিবা ফিগী ফিজিনা মকোক কুপ, বীনা থোক্লকই, হায়জে,

- বাবা ! পুঙ মাপন তারকএ । চাইথরসি, ঈশিং-মায়শিংকা থমজরম্মবনি ।

মনেমদা ওনশিন্দুনা অমুক হায়জে,

- ইমাসু লোইশিন্নীরো ।

- য়ারে, য়ারে ! মকুনা চান্নী ইবেম্মা ! মীচঙ লৈজদবা ইমা ইচাদি সোমদা সুম হোৎনজরগে ।

লকক তৌরম্নগা বীনা ব্রা মচেৎ অমত্ত খুম্নমদনা চঙখি । মপুরোয়বদা শৎ ওনশিন্দুনা মনেম্না ঙাঙলকই,

- মোই বাবা ! ঐনে ইচানুপাগী মপুক্লিঙ নুংঙাইখিরোই হায়দুনা করিমত ঙাঙজরক্তবনিকো । করি ! মফম মরাং খঙদবী মাগুম্বীনসু " অফবা মৌ ফংনবা ইচা নিঙোল নিঙথিনা শেমসি " কাইনা । ঐগী ইচানুপী কৈদৌরদনা ?

- হ - হা -, নঙদি অচুম্বা ব্রাফমদুদা ওম্মোক্লা থীনা শাউজিল্লুরেদা ইবেমশা ।

অচাকপা মৈদা থাউ হৈগুম্মি । শাউগৎলকই । ব্রাকৎচরকই মথন্ত,

- হৈখ্রেদকো করি লাইব্রাবু পুবনো ? মীচঙ খোম্বকসি হৈখ্রেদা । লাইব্রা হৈজদবা ঐখোয়দি নাইতোম তাজবাইদুনি ।

শৎ ওনশিন্দুনা ব্রারৌনা হায়রকই,

- মকু ইবুংঙো ! নমৌ 'বেম্মনা চাক তাক্লরে ; থৌরাং তৌবিরুরো ।

ফেৎ লাউনা ইমুঙলোমদা চঙখি । অহলদু পেন্দনা শোঞ্জথৌই,

- ওম্মোকপনিদা তৌরিসে !

পুন্সিগী ইহান হান্না হোৎনজমন ফংবদা বীনা হায়কম খঙদনা নুংঙাইবগী ব্রাখলদা ময়ূম পাংলকই। অহলদু ওফিস চৎলুবগী ফি-মরোল অমত্ত হোংদোক্তনা লৈ পরেংনা ঙকশম চোন, পিরাং ঈহৌনা ফস্মেন ফক্তুদা নুংবংননা ফল্লিবদু হেক উরুবদা বীনা মপুক্লিঙদা থূক লাউই। দারী ময়াদুদা লকক তৌনা খল্লি,

- বাবানা তৌরল্লিবসিদি করিনো ? উম ! থবক্তগী পোত্থাবা নুমিৎ ওইরম তারে।

সিড়ী মথাদা শেন্দলদু লৌথোক্লে। ফিজিনা মকোক কুপ, খঙশিন্নদনা পরপ পরপ চঙশিল্লি। অহলদুগী মাঙদা, মাগী তলবকী শেনফমদু থম্মি। হায়জে,

- বাবা ! ঐগী পুন্সিগী ইহান হান্না ফংবা তলবনি।

অব্রাবা নুংঙাইতবা পুম্নমক কাউথোক, মখুৎনা পিরাং তৈথোক, মোমোন্ননা অহলদুনা হায়রকই,

- হা- ? ইচাগী অহান্না তলব - ?

- হোই বাবা !

- ফরে ফরে ইপানা ঙসি থবক্তগী পোত্থাবা নুমিৎসিদা ইচাগী অহান্না তলব ফংলে। হোইদা সিমঙায়দহে মীওই পুন্সি।

- বাবা ! অহান্না ফংবা তলবসে,

পৈশাদু লৌখৎলগা মশিঙ থী, পায়রগা মথা তারকই,

- সিনা ইমাদা শীন্নজরগে। শরুকসিমনা ঐবু লাঙোঙ্গরকপী ইমাদা খুদোল তমজনিঙই। অদুগা সিমনা ইচলগী অব্রাৎ অপা মেন্নবা।

- এ ! য়ারে য়ারে।

মনেম্মা ব্রারৌনা খুন্নকই ,

- ঐথোয়গীদি থাবীরুনু। ঐ করিমত পামজদে। লৌসু লৌজরোই। পৈথোক্তনা লৈ। অহলদু ব্রা অমত্ত ঙাঙদা মাগী নুপীদা শংত্রিক য়েংই।

- বাবা ! ঐগী থবক্সি ওইনবা হোৎনবদা শেল খর চঙপ্রে।

বীনানা মকু মনেমগী পুক্নিঙ চিংশিঙ্গরকই,

- বাবাদা নাখোঙ শাহল্লরোইসি খন্নদুনা মোইদাদানা মীঙোন্দগী খর লৌরুবনি । মদু শিংদোক্লবা হোৎনবদা মাগী তলবতু করিসু লেমদে । অদুবু বাবা ! শিংবা লোইশিল্লক্লে ।

মনেমদা ওনশিন্দুনা পাউমেল্লকই,

- ইমা বাবা অহল ওইশিল্লক্লে । ইমুঙসিগী পোৎলুম মোইদাদা ঐখোয় অনীগী থৌদাংনি । ইচল্লুপীসি ঐনা য়াম্না নুংশিজে । অদুবু ইমানা ঐবু অসুম্না ব্রারৌ-পুক্রৌবীদুনা সুম লৈবীবসিদা মাবু মী অমা ওইনবা শেম শাবদা ঐখোয়না লৌফম থোকপা থৌদাংদুদা খুৎ থিংজিন্না ঙম্রোইদৌরে ।

মমীৎ ঈরা চেন্না বীনানা হায়জরকই,

- অশোয়বদদা খোঙ থাংবা মীওইপোক্লিনা ঐনা খঙদদুনা ইমা বাবাদা লঙজখিবশিংদু নচামক্লি খন্না অমুক্ত ঙাকপীয়ু ।

বীনানা মকু মনেম অনী মথং মথং মপি তানা খুরুম্মি । থম্মোয়গী অমকপা থম্মোয়না চান্নকপদা খাঙবা ঙন্নক্রমানে মনেমদু মীৎলু পিরাং চোল্লকই । ব্রা মচেৎ অমত্ত ঙাঙদনা মপি তৈথোক্লে ।

- ইবেম্মা ! মেমসনা ! ইচলগী অব্রাৎ অপা লৈননবা পৈশাসে লৌশিল্লরো লাকও ।

বীনানা মচলবু কৌথোকই । ঙসাইমখে থোঙজিন মরুমদা তা য়েংদুনা লৈরম্বী লৈশাবীদু মকোক খুমদুনা থোক্লকই, বীনানা খুন্নিবা ফিদু হাইদোকই । হংলকই,

- নমায় নমীৎকা ইপোম পোন্নিবসিদি করিগীনো ?

পাক খুমদে । মীৎলু পিরাংনা থুন্নকই । মচীম্বান থক থক চিংলকই । অমুকসু মানা হংলকই,

- কৈদৌরগেম্মি নঙবো ? ইনম্মদা শেংনা হায়রো ।

- দুকান্দা, মী ময়াম মমাঙদা তলব, জর্দা চাবেনেনা মোই অনী-অহম্না খুজল্লকইচীনে । ইনম্মা -!

মনম্মদা কোন্দুনা ব্রা ব্রা কপ্নকই । ☐

আগষ্ট /২০০০






# লাইশ্রমচা তোতো

অনীতবা মালেমগী লান্নাও লোইশিন্নকপা ১৯৪৫ ইংগী জানুৱারী তাং ১৯, ইরাই নুমিত্তা লাঙ্গেনকম হাওরং কৈরেল খুঙ্গংদা লাইশ্রম ইবোপীশক অইবগী মিং ওইনা লাইশ্রমচা তোতো অইবডদা খোঙদারকখি। লাইশ্রম কালি অমদি সনাতোম্বী অনীগী ইচান তোনবা মচানুপানি। অইবঙ মীরোন তারকপা মতমদা লান হঞ্জিল্লকুনা কৈশাম্পাৎ কৈশাম লৈকাইদা লৈরম্রে। ১৯৪৯ ইংগী অদুৱাইদা অপোকপদি মপুগী খুৱাদা চঙজরে। সেগা রোড এলঃ পিঃ স্কুলদা মহে মশিং তম্বা হৌখি। ক্লাস থ্রী তম্বা হৌরকপদা অপোকপীনা হন্দোপিরম্বগী হাওরং কৈরেলদা লৌউ শিংউদুনা লৈরিবা মপু-মবেন অনীগী মাতা লৈদুনা সনাম এলঃ পিঃ স্কুলদা মখা তমখে। মথংগী চহীদা হাওরং কৈরেলদা এলঃ পিঃ স্কুল অমা লিংখত্তুনা ক্লাস টু তম্মী।

মপুবোক্তী অকনবা ৱারক লমজিং মখাদা লাইরিক তম্লকখিবা অইবসি, ১৯৬০ ইংদা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা মেট্রিক পাস তৌরে। জেনেরেল লাইন তম্বা লোক্লগা অতিমজাতি তেক্নিকেল ইনষ্টিট্যুত্তা ইঞ্জিনিয়ারিং. ডিপ্লোমা তম্মী। শাথীবা অপোম্বগী লায়না অমনা মহে তম্বদগী পোথাখি। হৌজিক সোসিয়েল ৱার্কর অমসুং নোহাখোলগী মেম্বর অমা ওইনা সাহিত্যগী তাইবঙদা খোঙদারি।

অইবগী ফোঙলবা লাইরিকশিং ঃ-

১। ফোঙদোকপা (নোভেল, ১৯৭১)
২। খোঙথাং -১ (ৱারেং, ১৯৯৫)
৩। খোঙথাং - ২ (ৱারেং, ১৯৯৭)
৪। অতুম্বা মৈগী চীঙ (শৈরেং, ১৯৯৭)
৫। খোঙথাং -৩ (ৱারেং, ২০০০)
৬। য়েলিঙ থাগী চীঙথাং (নোভেল, ২০০০)
৭। অদি ওইরেক্কো নুংশিবা (ৱারী মচা, ২০০৬)

- নোহাখোল